


অইবা

ডাক্তর এমঃ কীর্ত্তি সিংহ

বিঃ এঃ (ওনস), এমঃ এঃ, এলঃ এলঃ বিঃ,

পিএইচঃ ডিঃ।


৭শুবা লাইব্রিক (মৈতৈলোন্দা)

# শ্রীঅরবিন্দ অমসুং শ্রীমাগী দর্শন বিচার


অফোঙবা—শ্রীপাওম্নম ইবোপিশক সিংহ

বিঃ এসসিঃ (ডিষ্টিংশন)

# শ্রীঅরবিন্দ অমসুং শ্রীমাগী দর্শন বিচার

( বিজ্ঞান, মানবিকী অমসুং কলাদা তম্নীরম্নশিংগী মথক্তা অইবনা চাংদম্নদুনা ইখিবা অমসুং ভাগুখিবশিংগা কোন্ননা ফোঙবা )

অইবা -

ডাক্তর এম, কীর্ত্তি সিংহ, বিঃ এঃ (ওনস), এমঃ এঃ এলঃ এলঃ বিঃ, পিএইচঃ ডিঃ, সিঃ টিঃ ডিঃ এসঃ (ডাণ্টন), জ্যোতিষ রত্ন, বাইবল কোর্স মথামগী ডিপ্লোমা, বাহাই-ফেট, ক্রিয়েটিভ রাইটিং, হেলথ কোর্সনচিংবগী সার্টি-ফিকেট পায়রবা ;

লেকচরর ডি: এমঃ কোলেজ ওফ আর্টস এণ্ড কর্ম্মস, ইম্ফাল ; লাইফ মেম্বর আই. পি. কুয়াঃ ( পুনা ). বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পাঞ্জিকা (কলিকতা), মণিপুর আয়ুর্বেদ সম্মেলনগী প্রাইমারী মেম্বর, ইণ্ডিয়ান ফিলোসোফিকেল কংগ্রেস, ওল ইণ্ডিয়া ওরিয়েণ্টেল কনফরেন্স অমসুং ইণ্ডিয়ান সাইনস কংগ্রেস এসোসিয়েসনচিংবগী সেসন মেম্বর ওইরিবা ;

"Collected Essays in Philosophy and Religion, Vol I," "Aspects of Aurobindo's Thought", "Religious Developments in Manipur in the 18th and 19th Centuries," "মণিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা মমসুং চাওখৎলকপা", দর্শনগা মিৎয়েংদা মফম অমসুং তম", "ময়াম মমাংদা রা ভাওবগী আর্ট" নচিংবগী লাই-রিক ইদুনা ফোঙলবা ; চে কয়া ইণ্টনেশনেল কনফরেনস চয়াদা পারবা।


অহানবা ফোঙবা | মমল লুপা ১২.০০
জুনে তাং ২০, ১৯৭৯

Printed at—Nimai & Sons Printing Works, Paona Rd. Imphal.

# খুদোল তৌজবা

১। ৺কোন্সম কাহ্নাই সিংহ,

২। ৺কোন্সম নিঙেঙ্বান নোংমাইথেম ঙংবী ইবেমহল দেবী,

৩। ৺নোংমাইথেম মণি সিংহ।

লাইরিবাক্কী লৈশ্রবা ঐগী মামহল, ইমাবোক অমসুং পাবুং—গুরুজনশিংনা ঐগী ফনবা শিনবিরম্বা অমসুং পাঙ্তাক কয়া পীবিরম্বগীদমক্তা মখোইবু মতম কুইনা নীংশিংহৌনবা লাইরিক মচা অসি নোল্লক্তা কৎখোকচরি।

কৎচবিবা
শ্রীএমঃ কীর্ত্তি সিংহ

মণিপুর সরকারনা লাইরিকশি নম্দা চংলক্লিবা চে পুম্বা মমল অহোংবদা ফংহনবি।

অফোঙবা
শ্রীপাওম্বম ইবোপিশক সিংহ বিঃ এস সিঃ (ডিস্টিংসন) না
অইবগী মায়কৈদগী লাইরিক ফোঙদোকপা।

# ৱাহৌদোক

শ্রীঅববিন্দ অমসুং শ্রীমা (Mother) গী দর্শন বিচার কৌবা লাইরিকশিংদা মখোইনা তশ্নীরম্বা বিজ্ঞান অমসুং হ্যামেনীতিজ (মীওইবগী মরমদা নৈনবা) গী মচাক খরা মৈতৈলোন্দা য়াউরি। দর্শন হায়বা ৱাহৈসি কলা অমসুং ফজবগী নৈনবা মখল কয়া-মুকসু চনহন্দুনা পাক্লা থমলি। মখোইনা হায়রিবম্বা পাউজেল নৈনবগী মথক্তা চাংদমুত্নুনা নৈনবা— অরবিন্দগা মহাত্মা গান্ধীগা, সর্বদয়গা অববিন্দগী নীতিগা, শিবগী মতাংদা অরবিন্দগীগা তৈল হউকীগা নৈনবদা হাপচিনলি। খৃঃ ১৯৭২ দা অরবিন্দগী চহি ১০০ শুরকপা কুমওন তৌখিবা অমসুং খৃঃ ১০০ শুরকপা উপলক্ষশিংদা ইংরেজী অমসুং মৈতৈলোন্দা আর্টিকল কয়া ইদুনা ফোঙদোকখি। মণিপুরদা লেংবিবক্তুনা সেমিনার হাঙদোকপিবা অমসুং সভাপতি ওইবিদুনা অরবিন্দগী পাউজেল অদু খঙহন-বিরম্বশিংদা মমিং চৎলবা সাধকশিং—কবি সুন্দরাম অমসুং জেনবেল সেক্রেটরী এমঃ পিঃ পণ্ডিত শিংথানবা য়াই। নৈনবদা হংহৌবা কয়া খুম্নীরমই। ইম্ফালদা লৈবা অরবিন্দ সোসাইটিগী অকনবা মেম্বর ওইদ্রবসু পাউ পীরকপা মতমদা নৈনবা য়াউবা অমসুং পালন থোকপদা ৱাহৈ খরা ভাঙবগী থবকতি হেক হেক তৌই।

সেন্তর অসিনা পাংথোকপা অমসুং মতমগী শেম্বা কমিটি কয়াদা মিং য়াউদ্রবসু একাদেমিক ওইবা থৌরমদা এনা কোঙ-দোকপা আর্টিকল কয়া মথাগী চেফোঙশিংদা—(১) D. M. College Magazine, 1974-75, Vol. XXVII, মালেম, ১৩ শুবা মশীং (১৯৭৩), মতমগী খোঙথাং, আগষ্ট, (১৯৭২), ৱাথন, মে, (১৯৭২), জুন (১৯৭৩), মাগ্নবা সেপটেম্বর, ('৭২), থাগী ওইবা মমিং চৎপদা য়াউখি। চয়োলগী অমসুং মুংতিগী

ভৌশনগনবা মপান্দা থরাই য়াউবা মানহনবা অমসুং মী উশিন্ডবা ওফিস পায়বা কাঙবুশিংগী থওইদবস্থু থীনা হায়বিখি।

শ্রীঅরবিন্দ অমসুং শ্রীমাগী দর্শন বিচার কৌবা লাইরিক অসি নম্বদা থরা খুদোংচাদবা থেংনখি। অহোংবা চেগী পার্মিট ফংনবা ভায়খি। ইডুকেশন ডাইরেক্টোরেটনা চে পীরবা কালদা নমথনবা পায়থৈ অদুবু শ্রীপ্রেসতা কম্পোজিটর লৈতবনা গ্রাণ্টকী লৈশা লৌথোক্লবদা লামাই ৮ থাগৎপদা খুৰৌ চেলহনখি। নিংথিনা প্রুফ পাবা ফাওবা লৈহনখিদে। প্রেস অসিনা নমথবদা অপনবা পীবদগী শ্রীনিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং বার্কসতা হোঙদোকই। শ্রীপ্রেসতা চে অমসুং এডভান্স ওইনা লৈশা থমখিবস্থু হন্দোক্কবনা অনৌবা নমথবদস্থু খুদোং চাহনখিদে। শ্রীহিদংময়ুম নিনাইচান্দ শর্ম্মা প্রোপাইটরনা নোংমদা ফোরমেট অমমমগী হিংদা নম্বীদুনা অমসুং ময়েকী রোঙ ফাউস্ত শেম্বীদুনা লোইশিনবীবা ডমহনবীবগীদমক শ্রীশর্ম্মাবু থাগৎচরি। প্রুফ পাবদা ঐগী ছাত্র শ্রীকৈশাম ইবোহল সিংহ এমঃ এঃ, রাষ্ট্রভাষা রত্ন না পাংবিখি। শ্রীপাঙম্বম ইবোপিশক সিংহ, বিঃ এসসিঃ, উচেকোন, টেকনিকেল অফিসার, ফুড এণ্ড সিভিল সপ্লাই ওফিস ইম্ফালনা ঐগী মায়কৈদগী ফোঙদোকপীখি।

ফোঙদোক্লবা শেনগী মতেং পীবিবা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমী, ইম্ফাল অমসুং চে অহোংবা ফংহনবিবা মণিপুরগী ইডুকেশন ডাইরেক্টোরেটপু মশিং থীঙমদনা থাগৎচৈ।

তাং ২০। ৫। ৭৯ ইং

অইবা

ডাক্তর এম: কীর্ত্তি সিংহনা তাং ৩১ । ১২ । ৭০ ইং দা ইণ্ডিয়ান ফিলোসোফিকেল কংগ্রেসকী গোল্ডেন জুবিলি সেলেব্রেসন (দিল্লী বিশ্ববিদ্যালয়) গী 'বিদ্যা অমসুং অবিদ্যা' হীরমগী প্লেনরী সেসন্দা ভাঙলি ।

# অইবগী মরমদা খরদং

ডাক্তর এম: কীর্ত্তি সিংহ অসি য়াম্না শুবথোক্প ওইরবা ৺শ্রীববাজাও সিংহ অমস্মং অমুদোম্বী দেবীগী ইতোন তোনবা মচানূপানি। আধ্যাত্মিক অমস্মং নীতি শাস্ত্রগী প্রভাব অঙাং ওইরিঙদগী তারকই। চহি ১২ ফাউবা মখন কয়াগী গেমস অমস্মং স্পোর্ট সতা খরায় য়াউনা খোঙদাখি।

অরাংবা থাক্কী মতৌ-মশিং ফংলগা মণিপুরগী কলেজশিংদা ফিলোসোফিগী ওজা ওইনা হৌবকই। ওজা অমা ওইনা ছাত্রশিং তম্বীবা পাংবা অমস্মং খরায় য়াউগনবা ছাত্রশিংনা পাম্নবা মীনি। [illegible] মণিপুরী কলচর চাওখৎনবা থিজনবা, লিংখৎলিবা [illegible] অমস্মং ইরেপ লেপ্পুনা লাইরিক ইবা অমা অমস্মং চেফোঙ কয়াদা ইবা তৌখি হৌজিক ফাউবদা লাইরিক ৯ (মৈতৈলোন্দা ৬, ইংরেজীদা ৩) পুথোকলে। ফোঙ-দ্রবা কয়াম্ম লৈরি। খবর, মেগাজিন অমস্মং চেফোঙশিংদা ইবদি মশক্ত [illegible]।

ছাত্রশিং অমস্মং মাগী শম্মবা মীওই পুম্বনা ব্যবহার তৌনৈ। ভারতকী লঙনা পাম্নবাগী মশিং চংলবা মীওই কয়াম্ম সঙ্গা কয়াদা অংনঙনা হারৌ য়াওই শাবা মণিপুরগী অহান্নবা মীনি। মণিপুরগী সরকারনা Indian Philosophical Congress ( Delhi – 1975 ), All India Oriental Conference (Diamond Jubilee—Poona 1978) Xth International Congress of Anthropology and Ethnology ( Delhi – 1978 ) অমস্মং International Seminar on Folk Culture (Cuttack – 1978) নাচংবদা ডেলিগেট ওইনা মণিপুরদগী থাই। মশানা ফিলোসোফিগী ওজা ওইরবস্মু International gathering (পৃথিবীগী মাপান)

কয়াদা মণিপুরগী মরমদা হীরম কয়াদা চে পাথোকপা অমসুং নৈনবদা অকনবা শন্নক যাবা মীনি। জ্যোতিষ শাস্ত্র, ভানটোন সোরট হেণ্ড, বাইবলগী থিউলোজী অমসুং ক্রিয়াটিভ রাইটিংদা ডিপ্লোমা কয়া করেসপোন্দেন্সতা পাস তৌই।

পাবখিগী Baha'ই লাইনীং, জাপানগী বৌদ্ধ মখল Soka Gakkai নচিংবসু কূপ্পা নৈনৈ। জর্নেলিজম, কোওপরেটিভ থোট অমসুং পঞ্চায়েত রাজগী রাখনদসু মণিপুরদা শকখঙবা পণ্ডিতনি। কোওপরেটিভ জর্নেল, ফ্রন্টিয়ার ক্রোনীকল (weekly) অমসুং চেকোঙ কয়াগী ফিচর চাং নাইনা লেপ্তুনা ইবা মীনি। লাইরিক কয়া অমসুং পেপর কয়াগী মথক্তা মাগী Monograph খরসু পনবা য়াই:—

১ মণিপুরদা রামান্দী লাইনীঙ—সাহিত্য, ফেব্রুৱারী, ১৯৭৭-

২। চাংদম্নবা, গৌড়ীয় বৈষ্ণব অমসুং খৃষ্টান লাইনীং—থাতু ৬৩ শুবা চেকোঙ, ১৯৭৮।

৩। অরবিন্দগী দর্শনদা চাওখৎপগী রাখল—মান্নবা (সেপটেম্বর ১৯৭২; আগষ্ট ১৯৭৭ অসিনচিংবা)।

৪। Studies in Manipuri System of Medicine (Frontier Chronicle of Frebruary & March 1979)

মাগী হোৎবী (অশংবদা হৈনবা) দি হৈ, লৈ থাবা, উরা য়োকপা হৌদোংমচা চানবা, শঙ্গোম থোকপা মনবীগী মচা লোবা অমসুং অতেবা হুই লোইবনি। যুমশা কয়াগী লায়েংবদসু থবাই য়াউই। মীগী অনাবদসু First aid পীদি লোইনা হৈ। মোটোর গাড়ী অমসুং হরাগাড়ীনচিংবা থৌবা নীংথীনা হৈ।

কোওদোকচবা কাওলুপ

# য়াউরবা হীরমশিং

## অহানবা শরুক



## অনীশুবা শরুক

# শ্রীঅরবিন্দ অমসুং শ্রীমাগী দর্শন বিচার

## অহানবা শরুক

## (১) শ্রীঅরবিন্দ অমসুং তুংগী ভারত

কাওবু থুরগী মত্তা অনোবা ভারত অসিনা নোংচুপতগী মাকপা বিজ্ঞান, ধর্ম লৌকবা অমসুং খুংগী মান্নবা সমাজ শাগৎপবু খঙই। ভারত অসি হিংবা অমসুং চাওখৎনবা মপুং ময়ৈ ফানবা অমসুং অকবা সমাজগী মথং মনাই পুরক্লবা অচুম্বা অমসুং মান্নবদা যুকম ওইবা তাই। অথিক অবস্থা অমসুং সমাজদা থেম্নবা লৈবদগী মপুংকানা মনীংতমগদবনি। ভারতকি সমস্যা অসি চাক অম ং হিংবা ওই। কুপনা পিজবা অমসুং লে নিঙাই মরাং কাচন অপেনবা অমসুং থুংঙাইবা ভারত ওইংনি তৌগুনসুং বিজ্ঞান থোকহনবা ধর্ম লৈওনবা অমসুং সমাজবাদ অহ্লাদ ভারতকি আধ্যাত্মিক ওইবত্নবা খংনরকপাগা থাদোক্লবা চুমই।

তুংদা ওইগদবা ভারত সভ্যতাগী মওং অমসুং মচং অনিদা তোঙান তেঙানবা মত কোওদে কৌব। অরবিন্দগী দর্শন অসি ভরত সভ্যতগী আধ্যাত্মক ওইবত্নদা শোগৎলি। অচুম্বা বেদগী মুনীপিংগী নীতি পাম্বা 'Backk to the Past' (মমাংদৈদ হাল্লা চৎপা) তুমসুং 'Backk to the Natuare' মহৌশাদা হল্লিনবা) থমগৎলি। spirit (থৱাই) কি মতম পুম্বদা চুম্বা কিদম্ যাম্না পুক্রং তাকৈ।

অচৌবা থৌরম পরেং লেমগৎনবদা শ্রীঅরবিন্দ অসি করিম্নু মমী লৈনদে অসিনি অনৌবা সভ্যতা অসি শেমগৎলকসি, মহু কলচর তোংশিন্নবা অমসুং নাংচুপকী লৈবাকাশংগা শম্নরকপদগী লাকই। কারণ মার্কস কুম্বা অনৌবা ভরত শাগৎপদা চৎই, থোজিকী তারমা Progressive spiritualist ( চাওখৎপগী আধ্যাত্মিক বাদনি ) ওইরবা

অরবিন্দ কাম্লদে অসিনি। মখোইগী মতা নীতি অমা লোঃচুপলোমদগী পুরগা অত্তোপ্পা লম হায়বদি ভারত্তা চার অহু কলম তৌবা য়াই। মহুদা মহৌশা ওইরঙ্গসু কবিসু কানদে। হোৎজিক মখোইনা থবনিবসি হৈরেংনবা ভারত্তা ভারে হায়বা য়াই, (ক) জাতি অমগী কলচরগী পুক্সিদা চৎনবী (tradition) গী মকম করিনো? অমসুং (খ) অর-বিন্দগী দর্শনদা য়াউবা শাফু অমসু মপাঙ্গল — য়াকম অনীসি হৈনফম থোকই।

ক'রি য়াথন্দগী মহাক্লা আধ্যাত্মিক লম্বীদা চংশিনখ্রেবনো? ইচম চম্ব সাধু নত্তে; ভারত মীংত্তমলান তোক্লগা মানা আধ্যাত্মিকতা চংশিন-নখিবসি জগৎপু থবা হেনাজন্ন: থঙখিবা অমসুং মীওইবদা অহেনবা ফীভম অমা শন্দোক্লবগীদমকনি। কুপথবা য়াথল অহু শেমশাবা অসি মাগী দর্শননি। মাগী কুপথবা মিৎয়েংগী তোপ তোপ্পা শক্তি পোৎকি অমসুং মীওইবগী জগত্তা য়াউশিনবনি। মত অসিদগী মহাক্ল সাধনা হৌকম পন্দিচেরীদগী পৃথিবীগী অমসুং ভারতকী থোদোক্তা থল্লায় ম উবকপা কংই। Cripp's offer (ক্রীপনা পীরকপা) অহু য়াবগী মতাংদা অরবিন্দগা পান্ধীগা মত লান্নদে হায়বা ঐখোয়না থঙই। অহুগী মথক্তা মানা উৎপা ভারতকী নীংতম মুমিৎকা মাগী মপোক মুমিংকা তিন্নবা অসিগী মরমনা মাগী হৈবাক্তা মানা থরয় য়াউবগী পংথ পীরি। মুমিৎ অসি অনৌবা যুগকী মরুওইবা মুমিংনি, জগৎ অপূম্বদা মীওইবা সমাজ, কলচর অমসুং আধ্যাত্মিকী তুংগী লম্বীদা মচাল পীবনি। ভারতনা মনীং ফম্বনা মাগী মচামগুশনা অনৌবা থবক অমা পংথোক্লবা মত্তোন্দা দায়িত্ব পীবনি।

মতাক্লা ভারতকি মরমদা য়াম্ন ঙখিবদা চুম্না মিংচৎ শাগৎপদা মত্তনা তুংগী আশা কোঃঙদোকই তুংগী অশা উৎপদা পৃক্লিংগী ঔথক ঔপোমদা পীবা নত্তনা ঐখোইনা শাম্না অনৌবা ভারত শাগৎপদ চৎকনবা মায়কৈ অমসুং থবক অহুা চব সমস্যা কেক্লপা নৈনৈ

অনৌবা ভারতনা লেপলিবসি ঐখোই খন্নসি। মতাং অমা লোবা চুমই। অনৌসি নীংতম্বগী মমাং অমসুং মতুংনি। অহানবগী নিয়ম কয়া মখাগীদা কনশিনলকই। Modernisation সি (অনৌবা চংলকপা) Westernisation (নোংচুপকী মওং ইনবা) গা খেন্নে। নোংচুপকী মওং চংশিনবসি ব্রিটীশ রাজ্যদগী হৌরগা ভারতকী Renaissance (নোনা হোগংলকপা মতম) কি পোথোক অনৌবা elite (অহেনবা) শিংনা মতেং পীখি নোংচুপকি নিয়ম হৌরকপসি তোঙানবা থাক কয়াদা অহোংবা পী। মরী লৈনবা থরা লৈনসি। ব্রিটীশনা পানবদা হিন্দুগী কত্তবা নিয়মশিং মী হাত্তনা লইদা কৎপা, লুখ্রা মৈ থাবা, লুখ্রাবু অমুক লুহোংদবা অমসুং মীনাই থম্বা অসিনি। তমথীবা চৎনরোল মাঙহনবদা মতুনা শাসনগী মওং শেমদোকপা, রাজনীতি অমসুং সমাজগী মরা চেৎহনবসি চৎথোক চৎশিন ফগৎপদগীনি। নোংচুপকী মওং চংবা মহৈ তম্মন শঙ লিংখৎলে। নোংচুপকী ভাব অমসুং কৌভম নীংথিনা চলাইরে। মখোই অসি Rationalistic (তর্কবুদ্ধিবাদ), প্রতক্ষবাদ অমসুং অর্থক্রিয়াবাদ ওই। অনীশুবা অমসুং অহুমশুবা ভাবনা ভরত্তা সাইন্স, টেক্নোলোজি অমসুং সেকুলেরিজম ওইহনখি অমসুং সংস্কার তৌবশিংনা অমসুং লমজিংবা ফাদমশিংনা হায়রবা হুমেনজম অমসুং ইথিকেল ওইবনা Liberalism (উদারবাদ) অমসুং সোসোলিজম চাওখৎনলে। তাম্মগী মওং হোংনীংদবা কাওলুপনা য়াত্রবসু অনৌবা মহৈমশিং হৈবা কাওবুনা নোংচুপকি মওং অছু তাকই। হায়রগী ফৌ-লোনচৎ কয়া শেংদোকপদা নোংচুপকী মওংনা কায়হনগনি নীংতুন রাজা রামমোহন রায়না তৌদোকখি ... ব্রাহ্মণীজম য়াখিদে। অনৌবা চেপেঙ হৌরকপদগী মানা ভারতকী চংনবকপতু সুন্দর য়খিনে। বেদ অমসুং উপনিষদশিংদা মপুং ফানা চাকনৌ ওইখি ... অমসুং বিদ্যাসাগরনচিংবা অনৌবা নেতাশিংনা মখোইনা হৌদে ... সংক্ষ অছু য়াবা শাস্ত্রগী বাহৈ তৌথোকই। ভারতকী তাম্না চৎ ...

মখোয় চাইথুনা নোংচুপকী হৌমলোমচং কয়া ভারতকী হোমলোমচং কয়া চুরতকীদা হাপচিনখি। মৈবাক অমগী কলচরেল ট্রেডিসন অসু লংথোক-কপা শথোইবা মায়মদে। Alienation (লাপথোকপা) তৌবসু খাংনহা National Sentiment (জাতিগী ওইবা ৱাখল) কয়া হায়গংহনখি। মনীংতম্বা ভারতকী কলচর ফংহনবসু রবীন্দ্রনাথ ঠাকুর অমসুং মহাত্মা গান্ধীনা চংহনখি। নোংচুপ লোমদগী কংলকপসু লমবেন চাউনা ফাংখি ভারতকী কলচর অদু affirmative (শোয়দবা মওং) ওইবা অমসুং Synthetic (পুনশিনবা) ওইবমা খাইগী ওই। অসুনা অমোনা ভারতকী Prophet (লাইগী মী) শিংনা ভারতকী সভ্যতাদা লুপশিনখি। মী খরনা রামমোহন অমসুং বিদ্যাসাগর অনীসি মচ মায়ে। মরমদি বিদ্যাসগরনা সংস্কৃত কলেজ লোংনবসু রামমোহনা য়াদে হায়। থো-দেক ... শি মায়ে। অথবা অমদগী হেংকম থেকই। Alienation গী মওং অসি নোংচুপকী মচৈ তঙ্কমশঙশিংদা নহারোলশিংদদি চুমহ শথোকনা থবশিনবসিম্বু জাতিগী ওইনা মনীংতম্বা পাম্বা অমসুং লু-চিংবা শং শেমগংবা লমজিংবদগী থোকখি। ভারতনা নীংতম্বা মতুংদা মওং হোংলকখি মায়কৈ অনীদা হোংখি, মসু'দ (ক) বিজ্ঞানদা কয়া চংবা অমসুং মসুগা সেকুলেরিজম অমসুং সোসেলিজমগা মরী থম্বা, অমসুং (খ) Alienating Process (লাপথোকপা মওং) অসু থুংজিনলকপা অমসুং মসুগী কলনা মচেং মচেং তাহনবা অমসুং লমজিংবা হাংলকপনি। অনীশু কপসিনা কলচরদা চময়বা পোকহন্দুনা ঈশ্বরগী ওইব মাঙলকপা মতাং দা Alienation (লাপথোকপা) অসু থুডদবদগী অরবা মতাং লাকখিদ্র। মীগী মতৌ তম্বা লেনখিবদগী (১৯৪৭) ফত্তবসি ওইরকপনি। ঐখোয়গী কলচরেল প্রুন্স অসি ওন্দুনা হেংবদা মতৌতম্বা পাম্বসি কয়াম্রক কনবগে থনসি। ফিলোসোফি তম্বা নহারোলশিংদা ফংলবসিনি। মখোয়না ভারতকী দর্শন পাদুনা Logical Positivist

Phenomenologist অক্রগা Existentialist শিংবা হায়বছু চথবা পায়ই। ভারতাক অদুদা লোংচুপকি শাফু চথবদু কংই। সহরদা লৈবা মীশী পুম্নি মক্কেন অসি য়াহনবা কংই। মনীংতম্বা ভারতা অরুবা মতাং লাকপসি মখাগী হৌয়ম খংসিনা পোকহনবনি, (ক) Alienation (লাপ-থোকপা) হায়দা নাংলম্বা জাতিগী ওইবা Sentiment (পুক্নিংগী য়াইন) শণ্ডহনবা; খাধিন মতুংদা থওইনরক্কবা, (খ) লোংচুপনা পুরকপা, সাইন্স, টেক্নোলোজি অমসুং সেকুলার ওইবদা পামসিনখিবা, (গ) ইকোনোমিক ওইনা মনীংতম্বহ লোংচুপতগী পুথা থুংলাই শীজিন্নহনা কংগনি হায়না থাজব; (ঘ) রাজনীতিগী নেতাশিং মক ওইনা কম্যুনিষ্টশিংগী শাফু পীবা। অকোনবগী নং থাস পাংখোক্না লৈমরবদা রাজনীতিগী নেতাশিংনা Marxist অমসুং Non-Marxist হায়না কাংলুপ খনীবা লৈ। Marxist নত্তবা নেতাশিংনা মখাংতৌগী ভারতকি মিংচৎ শন্দোকই অমসুং হিংগৎহনবা পায়ই। মর তাবা য়াংদি। লুচিংবা মকোক মহাত্মা গান্ধীগী নীতিবু চত্তে। Marxist কাওবুনা লোংচুপলোমগী Ideology (খনবগী মতৌ) অহু পুরক্‌লা ভরতক কলচরগী লৈমাক্তা থাবদি; মখোয়গী য়ামগী ভারতকী চৎনরকপহ খওইদে। পুরা খনংপা পায়ই। Marxist পণ্ডিৎ খরনা ভারতাক থাজবা কয়াবু Marx কী লাইরিকদা অর্থ তাহনদি। ভারতকি দর্শন চৎনরকপহ materialism (ভৌতিক বাদ) দা ওহোকই। মখোয়না হোৎনখিবসিনা ভারতকি tradition (য়াম্নগী চৎনবা) দগী লাপথোক্লবহ মরিক্তদি থাজনদি। মখোয়গী হাত্নশিং অহুনা ভারতাক চৎনরকপদগী লাপথোকই Karl Marx পু ওক অমসুং Communist manifesto বু শাস্ত্র ওইনা লৌই।

অরুবা কীবম অসিনা মাকন অনীমক্তা লাপথোকপা কংই। মখোইনা তশেংনা পামথবা কলচরসু অমসুং মতৌ তমশিনহনু অনীমক মাওহল্লে। অরুবা মতাং অসি লোইনা কোক্নবা পাবৈদি কলচর অসি মপাঙ্গল

লৈহনবা অমসুং alienation (লাপথোকপা) তোকপা অসিনি। অরবিন্দনা মাগী চেপ্টা লাইরিক Foundation of Indian culture কৌবদা লৈবী অসি কংনবা তম্বীরি। মাগী মতম্বী অসি অনৌবা ভারতকি ওইরকপদা থঙবা কায়ে। মামা মথাগী নিয়মশিং লৌরি। (ক) মপানলোম হায়বদি নোংচুপতগী লাকপা শাফু অছু affirmative (শোইদনা ওইবা মতৌ) গা য়াবা, (খ) ভারতকি ঈনাংকি চংনরকপছু Dynamic (মপাঙ্গল লৈবা) ওইনা থম্বা ভারতকি কলচরদা কহিবা কুংবা অমসুং ময়াম ওইনা লৈবগে হায়বছুনা মপানবু লেপপা; (গ) মপানগী ঈনাংকি ফিদম অমসুং ভাব অছু চাশিন্নহুনা জাতি অমগী কলচরেল পুন্সি অছু পাকথোকহনবা। নিয়মশিং অসি তেন্না পল্লবদ (ক) ভারতকি সভ্যতাগী পুন্সি অসি চাউথংনব: মপানলোমদগী লাকপা শিংনবশিং অছু লকথহবা চংই। অহিংবা অমনা মপানগী শাফু অছুগা চাশিন্নরগা চউথংলকই। জাতি অমগী কলচর অসিনা মশা চাওথংনবা মপানগী প্রভাব য়াগনি। মপানগী কলচর অছু থওইজ্রবদি থিংজনবা অমসুং অওনবা ওই। অতোপ্পগা মরী লৈনরগা কলচর চাওথংলকই। বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজি চাওথংপদগী চথোক চংশিন য়াম্না থুদোং চারে। শ্রীঅরবিন্দনসু ওপং অসি লৈ তামবা য়ই। চাওথংপগী মওং ফজনা লৈবৈ। মপানগী শিংনবছু লাকথোক্লবদি ভারতকি চংনরকপছু dynamic (অয়েংবা) ওইনা লৌগনি ভারতকি চংনরকপছু মুক্তি ওইনা লাংলোই। অহোংবা য়াদছুনা চপলেপ্পা থোকনকই ঐথোইগী সভাতাগী চংনরকপদা কদায়না ফিংলে, করায়না শিরে তারবছু থগোকপা চুমই। মথোইগী অছুদনা চুমই হায়বছুদি মাওতাকই। মতম অসি অপেংবনি থুনবা dynamic (অয়েংব) ওইবা মিংয়েংসি ভারতকি দর্শনগী য়াথনবু অমুক হন্না অর্থ তৌবনি। মগী য়াথন মতৌ অসি Negative (য়াউদবা) ওইবা অমসুং মছু শেংদবা ওইনা লৌবা মওং নত্তে। নোংচুপাক শিংনরকপগা

লমবা বৈজ্ঞানিক অমসুং মরমনা ওাক্লো উৎপা ভারতকি রাখল্বা মাল্লা পুক্নিং চংই। ভারতা বিজ্ঞান চাওখৎলবগী খুদম য়াম্না কংই। মীতাদা সমাজবাদ অমসুং সেক্যুলেরীজমগী ভাব য়াম্না কংই। মাদা মাদা ওইবা রাখলশিং অদু ভারতকি ময়ায় ওইবা নীতিগা মরী নম্নবা যুম্না য়েংলি। মদুগী commitment (ভৌবগী মতৌ) দি আধ্যাত্মিক ওইবা ভারতকি নীতিনি। মীগী অপাম্বা অমসুং পম্বুং অমসুং ওইরিবা পূবা Infinite (পংথে লৈতবা) যাগী হৌরকপনি হায়বসিনি। ময়ায় ওইবসি ভমথৈ নাইদব। ঈশ্বরদা থমই হায়বসি দর্শন শাস্ত্রদদা নত্তনা ভারতকি self-expression (মথম্তা ফোঙদোকপা) ওইবা মচাক অমসুং মওং কয়াদা থেংনৈ। অপুনবা ভারতকি ঈনাংকি ওইবা মপুক্কীদা Materialistic (পোৎকি ওইবা মথৌ) ওইবা থৌবদি ময়ায় ওইবা পোইন্ট অদু থওনদবনি। ভারতকি spirituality গী তোপ তোপ্পা মশক্তি অসিনি (ক) All-pervasiveness (এককম পূর্বদা লৈবা) অসিনা আধ্যাত্মিক ওইদবা কলচরগী লক্ষ্ত লয়নবা য়াম্না মরু ওইবা অমসুং (খ) মসিগী dynamism (মপাঙ্গল লৈবা) ওইবনি। ভারতকি পুক্নিংগী মপুং ওইবা spiritual (আধ্যাত্মিক) না আধ্যাত্মিক নত্তবা কয়া লমজিংই। আধ্যাত্মিকশ্না নীতি কনা অমসুং মায়কৈ কয়া লেপই। আধ্যাত্মিক ওইদবা শরুক অয়াম্বা মথোইগী থোইদোকপা মঙনমু লৈতৈ। আধ্যাত্মিকী মতৌ অসি dynamic (অরেৎপা) ওই হায়বসি মসিগী কোমথোকপা synthetic (পুনশিনবা) ওইবনা প্রমাণ উৎলি।

মীওয়া জাতি অমগীদু মশা মথম্তা পুথোকপসি ময়ায় অদু পুথোকপনি সেন্তরগী যুক্তমদা মথম্তা চাওখৎপদু স্বধর্ম নত্তগা মশা ওইবগী আচম কোই ভারতকি কলচরদা হৌজিকমক শীংনরকপদু মশাগী স্বধর্মগী মচালদা মমল লেপ্পনি আইননি। অদুম্বা মমল লেপ্পসি চুপশনবা কোই; মতৌ তথদগী থেৎনৈ চুপশনবগী মওংবা মশাগী কলচরগী

মীবু ঈশ্বরদগী চোংথোরকই থনলি। ঈশ্বরবু জগৎকা মরী লৈন-হন্দবসি ভারতকী ধর্ম্মগা চানদে। অরবিন্দসু নোংচুপনা লৌরিবসি ভারতকি থন্নবস্বগা ওন্নৈতৈন হায়। সেকুলেরিজমগী অর্থ অসি করিগুম্বা ধর্ম্ম অমগী ফজনবা য়াউদনা মীওইবনা মনীংতম্বা মাগী থবক তৌজবতু ওইরবদি মপাঙ্গল য়ায়া লৈ। সেকুলেরিজমসি ময়াম ওইবা অর্থ'দ' লৌরবদি হিন্দু নত্রগা ইসলাম ওনবা নত্তে। ধর্ম্মগী পূজা লাংজাদা অকনবা চৈথেং উক্না নীংতম্বা মাঙ-হনবসি ধর্ম্ম অমনা মথক থোংবগী থুজমনি। মওং অমসুং পূজাদা মথৌদগী লাম্হোকখিবদু ভারতকী সভ্যতাগী লীংজেলনা ফোংদোকই। অপাকপা অর্থদা লৌরবদি ভারত্তা চৎনরকপগা সেকুলেরিজমগা করিস্ত থেন্নদে। ভারতকী চৎনবিগা চাশিন্নবা সেকুলেরিজমগা নোংচুপকীগা মান্নদে। ভারতকি কলচর চাঙ-খৎনবা নিয়ম অহুম অসি ঙাক্লবা মাগী পাউজেল অমু হৌজিকী situation (লৈফম) অসি কোক্লবা হোৎনবদা মতোং ওইগনি। মাগী পাউজেলসি "one of growth from within in response to influences from without" [ মপানগী প্রভাবগী পাওথুম ওইনা মনুংদগী চাওখৎলকপা অমা ] মীওইবদা অমসুং জাতিদা চাউখৎনবদা মসি পুমচুম চুমই। মাগী বাহৈদা "To everything I would apply the same principle to act in its own kind after its proper dharma in the right measure of importance, its spiritual, intellectual, ethical, aesthetic dynamic utility." [খুদিংমক্তা ঐনা নিয়ম অমত্তনা মশাগী ধর্ম্মদা মরুওইবগী অচুম্বা মগুণ, আধ্যাত্মিক, জ্ঞানগী, নীতিগী, কলবগী, মপাঙ্গলগী কান্নবদা থবক তৌনবা পানশিনগনি।]

# ২। স্বামী বিবেকানন্দ অমসুং শ্রীঅরবিন্দ

ভারতকি মমাংগী মিংচত্তা অনৌবা মিংয়েং অমা পীদুনা দর্শনগী চৎনরকপদু নোংচুপকি বৈজ্ঞানিক ওইবদা য়েংবা হৌখিবসি স্বামী বিবেকানন্দনি। লাইরবদা মতেং পীনবা, থৌশাদবা অদু লৈতনবা অমসুং প্রজা মীয়ামগী অবাবা কোকবা অমসুং মাগী মপু শ্রীরামকৃষ্ণগী মমিংদা মিশন কয়া লিংখৎপসি মানা পায়খৎখি। মাগী মতুংদা মমিং চৎলবা ভারতমচা অনী-থক্তা অনী ফাংবা থবক অদু পাংথোক্লবা ত্রেনিং তৌখি। সম্যাজগী অমসুং থবক্তা থাক্তা মহাত্মা গান্ধীনা লৈখা তাবা মীগী ফগৎনবা তৌখি ভারতকি দৃশাদা তারক্কি দ্বৈদা খা আফরিকাদা মাগী তুংদা পায়খৎকদবা হরিজন মুক্তি পীবা, খুঙ্গং থাঙ্গৎনবা তৌবা, স্বদেশী অমসুং স্বরাজগী ভাব কয়া মসি তাখি। মসিগুম্না অরবিন্দ ঘোষ মপান্দগী মহৈ মশিং ফংলক্লগা ভারত্তা হল্লক্লুনা মতম খরা কলেজগা ওয়া ওইনা বরোডাদা লৈনা লৈনা ভারতা ফংলম্না জ্ঞান অমসুং ধর্মগী চৎনরকপা কয়া হৈনবা হোৎনখি। গান্ধীজীনা থবক্তা মতৌই অমসুং অরবিন্দনা রাখনগীদা ওই হায়বাদু চুমদে। থুদিংনা অমগীসু থরা য়াউই। বিবেকানন্দ অসি জ্ঞানী অমসুং কর্ম যোগী অনীমক ওইখি; তৌইগুম্বসুং গান্ধী অমসুং অরবিন্দদি মায়কৈ অমদা নক্লগা অমদা ইন্নবা তোপ তোপ্পা চৎপা ফংই। মসুন্না তৌবসি বিবেকানন্দগী মমায় অনী ফাংবা মিশন অদু পাংথোক-পদা দরকার ওই। বিবেকানন্দনা অনৌবা ভারতকি রাখল্লা থল্লা জ্ঞানগী থক্ষম অদু চাওথোকহনখি।

ভুংদা হৌরকপা মীনা ইনগদবা থবক মওং কয়া বিবে-কানন্দনা মাগী থবক অমসুং পুন্সিদা মাংজোননা উৎখি।

লৈথাঙ্গী মপু ওইরবা ইংরেজশিংগী লোন, রাখন অমসুং শাস্ত্র কয়া তমশনখি। মওং অসিদা ভারতকি ওইবা পুম্বা চাওথক্তবা ওইনা লৌনবদ্মা অমসুং ইংলণ্ডগী নত্রগা নোংচুপলোমগী ওইবদু অনৌবনি খনখি। যাদু আস থুগাইবা অমসুং মাম্নবা লৌবিবসি মুখংলগাদ নোংচুপনা পীরীবাসদা অশোয়বা য়াম্বদু শন্দোকপা লৌওই খবা চঙই। নরেন্দ্র আস Scottish Mission College গী য়াম্না ক্ষবকপা ছাত্রনি। মতমদা দক্ষীণেশ্বরগী মুনীগী মখাদা স্বামী বিবেকানন্দ হায়না খঙনখি। মহাক্না নোংচুপ্তা চংপদা পুমতোপ তোপ্পা ওইদরে। নোংচুপকি মীনা ওইরিবা পুক্নিং মপান হাম্না খঙদোকলে। নোংচুপক্তা মাবু ভানখিবা অদু মাগী ইংরেজী হৈবা অমসুং নোংচুপকি চংনরোম খঙবননি। নোংচুপকিদু মহাক্ত তংলগা অমসুং য়ানীংদবদু মুখ্না খঙলগা ভারতকি চংনুপ্তদা মপানগী পুক্নিং চিংশনবনি।

বিবেকানন্দনা শন্দোক্লম্বদু হেন্না মশক উনা খুদম উৎপসি শ্রীঅরবিন্দ হোমনি।

শ্রীঅরবিন্দ অসি সাহেবগী চংনলোন পাম্বা ইমুংদা চাউরকই। মাগী নহা ওইরিঙগী মতম মশিং অদু ইংরেজীগী লৈখাশিংদগী তমখি. মমা লোনবু হৈরমদে। ইংরেজী লোন্দা নখুনা ইউরোপকি classical language অপুম্বা হৈখি অমসুং নোংচুপকি পুন্সিগী মুক্ফম খঙখি।

স্বামী বিবেকানন্দগা অরবিন্দগা মরী লৈনবা অমসুং শাক্ পাখিবা হায়বদু উৎসি। শ্রীঅরবিন্দ অসিদা শ্রীরামকৃষ্ণ পরমহংস অমসুং মাগী শিষ্য স্বামী বিবেকানন্দগী রাখন কয়া প্রভাব কয়া ভাখি। মহাক্না ইংরেজীদা (কর্ম্মযোগীন) অমসুং বেঙ্গলীদা (ধর্ম্ম) মখোয়গী মতম্গী ইয়বা ইখি। দক্ষীণেশ্বরগী মপুনা কয়া

অভ্যাস তৌখিবা ঈশ্বর ফংখিবা মফম অমসুং উফুল অদু য়াম্না শেংই থনখি। মশানা ইবদা দক্ষীণেশ্বরগী লৈবাক থর়া খোমজিন্দুনা মাগী কাগী কার্ড বোর্ড উপুদা থমখি মাগী কাদা ফানবগী খিবা পোলিস অফিসারনা উপু অদু বোম ওইরবোই নীংদুনা চীংনখি। দক্ষীণেশ্বরগী উফুল অদু আধ্যাত্মিকতা পোকখায়বা য়াবগী শক্তি মতিকচানা লৈবনা পোলিসনা চীংনবদু লান্দে হায়না মমৈদা ফোঙদোকখি। মাগী মপুন্সিদা মদুনা লাইফাও ওইখি। কর্ম্মযোগীন্দা রামকৃষ্ণবু মপালগী শাফু লৈতবা হিন্দুগী লাইরিক হৈতবা ঋষিগী খোঙদা কলিকতাগী লাইরিক হৈবা নহারোনশিংনা থুরুম্বদা লান জয় ওহখি হায়না ই।

অরবিন্দদা যোগীগী অউবা অমসুং খোঞেন তাবা লোইনা লাকখি। নরমদাগী মপালদা কালীগী লাইশঙদা মুর্তিদুদা লাই লৈরম্বা উখি। শঙ্করাচার্য্যগী লাইশঙ কাশ্মীরগী চীংদা লৈবদুদা শূন্যগী ভাব উখি। উত্তরপারা বাজারদা লাই খেংনবগী শক্তি মপুং ফাখি। নারায়ণ উখি। জেলসিদা স্বামী বিবেকানন্দগী মশক উদুনা মঙোন্দা যোগ তম্বীবম্বা খেংনখি অকনবা মায়াবাদ নত্রবসু বিবেকানন্দগুম্না ভারত সুংশিবা; জাতিগী ঈহৌবু মাংথদনবা হোংনবা, হায়রগী ভারতকী মিংচৎ লৈনবা অমসুং হিংনবদা মান্নবা ফংই। বিবেকানন্দনা ভারতকি শক্তি সাধনা অমসুং ইমা অদুবু থরায় হকচাং য়াউনা সেবা তৌগদবনি হায়বদু অরবিন্দনা থবক্তা ওন্থোকখি। শ্রীরামকৃষ্ণনা তম্বীবদগী বিবেকানন্দনা ইমা অদু ভারতকি নুপী ওইবগী খাইদগী বাংবা ফিদম ওইনা লৌখি। পন্দিচেরী আশ্রমদা অরবিন্দনা ফিদম অসি চারনা উহনখি। মচাশিংনা মাবু সেবা তৌহনবা আধ্যাত্মিক ওইবা ইমাগী ফিবম অদুদা ভারতপু লৌখি। ভাব অসিদগী অরবিন্দগী নেসনেলিজম অসি পোকখিবনি।

মমা লৈবাক হুংশিবা অসি Mother worship (ইমা নীংবা) ক্না পুনশিনখিহ্নুনা অরবিন্দদা 'Spiritual Nationalism' (আধ্যাত্মিক জাতি ওইবা মওং) অসি লৈখি হায়না ডাক্তর করণশিংনা হায়খি। ব্রিটিশকী মতুংদি ধর্মগী থিদম্ব, রাজনীতিগী খবক ওইনা শেবান্নবা শুহ্নোকপনি হায়খি।

ভারতকি মীয়াম্না লংথরবা মরাইবক অদু খাংহ্নুনা লেনখিবহ্নু তমগী খুদমনি হায়না বিবেকানন্দনা লৌখি। লৈবাক অসি অমুক হিংহন্নবা, নুপাগী শক্তি অমসুং মপাঙ্গল কনখৎনবা রজগুণ হায়গৎহনবা পামই। নুপা থোক্লবা পাউজেল কয়া মাগী অরৈবাক মচাশিংদা পীখি।

Spirit (আত্মা) গী জগৎ অসি অশোনবগী নত্তে, অকনবগীনি মতাং অমদা মানা হায়খি, "অকনবা ওইযু ………. মসি নখোইদা ঐগী পাওতাকনি। নখোইনা ফুটবল শান্নবনা গীতা তম্বদগী হেন্না স্বর্গ নকশিন্নবা য়াগনি। মসিনা মরম ওইদুনা বিপ্লবগী ঈহৌদা খ্বাইগী লমজিংবা (মহাত্মা) অরবিন্দনা ওইখি। মহাত্মা গান্ধীজীনা পুথোকখিবা Passive Resistance (শোন্না থীংবা) অদু অশোনবগী নত্তে, অকনবগীনি।

মহাত্মা গান্ধী অমসুং নেহরুগুম্না অরবিন্দনসু ভারত অসি পৃথিবীগী ওইনা চাউগদবনি খনখি। বিবেকানন্দনা মীগী নুঙাইবগা খ্বাইগী নুঙাইবগা থেন্নদে; খ্বাইগী নুঙাইবদা মী অমগী নুঙাইবা লৈ হায়বা উৎখি। মতম পুম্বগী ওইনা চুম্বসি জাতি পুম্বদা পানবা য়াই অদুনা মী অমনা হায়বা ঙমই, "জাতি খুদিংনা লৈবা য়ানবা পীগদবনি।" ভারতনা মশাগী মিশন ওইরক্লবা ধর্ম অমসুং দর্শন চাওখৎহনগনি; লোইননা মীগী মপানগী সমস্যা কোক্লবা নোংচুপকি জ্ঞান অমসুং শক্তি লৌসনগনি। মহাত্মা নোংচুপতগী হল্লকপা কালদা মদ্রাজগী নহারোলশিংনা ক্লোস লৌবহ্নু শিংবহ্নুনা হায়খি :

মত্রাজগী নহারোলশিং, ঐনা মখোইদা অথন্নবা মফি নীংশংনবা হংলি। ঐখোইনা চখোক্নদবনি, জগৎ অসি ঐখোইগী আধ্যাত্মিক অমসুং দর্শননা জয় তৌগনি। Alternative (ওন্ন ওন্নবা তৌবা) অমতা লৈতে, ঐখোয়না থবক তৌগনি নত্রগা শিগনি।

মাগী মরৈবাক্কী মীওইশিংদা বিবেকানন্দগা call (কৌবা) নি। হান্নগী চৎনরকপগু ব্যবহার তৌবা অমসুং অনৌবা অর্থ পীবদা নত্তনা; আধ্যাত্মিক্কী লন অসি জগৎ পুম্বা ফংহনবা অমসুং নোংচুপ অমসুং নোংপোক্কী লৌশিং অনী য়ানখাইনহনা মীগী চাওখৎপগী তাঙ্কক অমা কাওবু থবনা হোদোকপা অসিনি। থাজবা অসিনা অরবিন্দদা মাগী উত্তরপরা স্পিচ খৃঃ ১৯০৯ গী মে ৩০ দা ইনশিনহনখি :

"When you go forth, speak to your nation always this word, that it is for the Sanatana Dharma that they arise, it is for the world and not for themselves that they arise. I am giving them freedom for the service of the world. When, therefore, it is said that India shall rise, it is the Sanatan Dharma that shall rise. When it is said that India shall expand and extend herself, it is Sanatan Dharma that shall extend itself over the world."

[নংনা থোরক্লগা নংগী জাতিদা মতম পুম্বদা বাহৈংসি হায়মু মহুদি সনাতন ধর্মগীদমক মখোইনা হৌগৎলি, জগৎকিদমক অমসুং মখোই মশাগীদমক নত্তনা মখোই হৌগৎলি জগৎ সেবাগীদমক ঐনা মখোইদা মনীংতম্বা পীরি। অসিনা ভারতনা হৌগৎকনি হায়বা মতমদা সনাতন ধর্ম্ম হায়গৎকনি।

ভারতনা মশা অসি পাকথোক্কনি অমসুং শন্দোক্কনি হায়রবসিদি সনাতন ধর্ম্মনা জগৎ শিনথুংনা মথন্তা শন্দোক্কনি হায়রবনি।]
বিবেকানন্দগী খোজেলনা অরবিন্দবু জেল মনুংদা বাহৈ খরসি ভাঙথোকহনখিবরা চিংনিনিভাইনি। নীংতম্বা অসি পাকথোক্কপা *Political Philosophy* দা ওন্থোক্কবা বিবেকানন্দগী চাই-থোকপা মিৎয়েংননি। অরবিন্দনা মমাং থাবা বিবেকানন্দনা পুনশিনবদা কন্না উৎলম্বা মতৌ অদু *'The Life Divine'* কৌবা অরুবা দশর্নগী লাইরিক অমসুং যোগগী তেকনিক পাকথোকপা ( *The Synthesis of Yoga* ) কৌবা লাইরিক্তা উৎলি।

বিবেকানন্দ অসি কোলেজগী ছাত্র ওইরিঙৈদা নোংচুপকী রাথন্দা শূমহৎখি। রামকৃষ্ণগী শিষ্য অমা ওইনা পুমওন ওনখিত্রুনা ভারতকী আধ্যাত্মিক ওইনা থম্মৈরম্নবা লনগৈদা য়াম্না থাজখি। তৌইগুম্বসুং মহাক অকোয়বদা উরিবা লাইরবা অমসুং প্রজাগী অবাবদু য়েংবদা মুঙাইখিদে। মাগী মুঙাইতবদি নোংচুপকি লমশিং চৎলুবদা হেনগৎখি। ময়ুমদা থেংনরিবসিগা ইংলণ্ড অমসুং আমেরিকাদা মরাং কায়বা অমসুং লম্মুমশিংগা থেন্নবদা বাখি। নাকন অনীদা থমথেংবসি মহাক্না পেনখিদে। নোংচুপলোমদা মমা লৈবাক্কী আধ্যাত্মিক পাউজেল অদু শন্দোকলুই অমসুং ভারতকী অর্থিক অবস্থা অমসুং সমাজগী ফিবম ফগৎনবগি শন্দোক্রবা লাকই। নোংচুপলোমদগী ভারতনা জ্ঞান অমসুং শক্তি অদু মীগী মপানগী সমস্যাদা পানশিল্লিবদু তমফম থোকই। বিবেকানন্দগা লোয়ননা ঐথোইনা য়াম্না লাপ্না চৎলুরবসু হায়গী পোৎশক্তা অমসুং আধ্যাত্মিক থেন্নবদুদি অদুম লৈরি। অরবিন্দ নৈনবদা থেন্নরা থমত্রে। চুম্না খঙনবদা আধ্যাত্মকী খঙবগা য়াজনাত য়াউবগা অনীসি লাপনৈ। তৌইগুম্বসুং শ্রীঅরবিন্দদদি শেন ময়েক অমতগী মমায় মনা থম্বা ঙমই। মাগী পুক্লিংদা

*Spiritual Objective* ( আধ্যাত্মিকী পোৎশক্কী ওইবা ) থম্লগা ভারত অসি নোংমদি মনীং মখা তম্বা অমসুং মপান্দল কনবা লৈবাক অমা ওইরগনি হায়না লেপখি। মতোন্দদি আধ্যাত্মিক অসি পোৎশক্কী ওইবগা থেন্নদে তৌইগুম্বসু অহানবগী অসিনী সেবা তৌই। বিবেকানন্দনা করিগুম্বা মতাংদা নোংচুপকী *materialism* ( পোৎশক্কী ওইবা ) অদু চৈথাংখি। অরবিন্দগী বাখল্দি মদু মীওইবগী *evolution* ( খরা খরা চাওখৎপা ) দা পাম্নগদবা নত্রগা দরকার ওইবা তাক্কনি হায়না *Arya* ( সেপ-টেম্বর ১৫, ১৯১৪ ) দা ফোংদখি।

মায়াগা ব্রহ্মণগা থেন্নবা অদু *Monism* ( নীয়ম অমতমক থাজবা ) গী য়ুক্মনা ককই। শঙ্করনা অদ্বৈতবাদ কন্না শন্দোক্লবসু মায়াগা ব্রহ্মণগা অনী থমখি। অশেংবা অদ্বৈতদি মসি ওইগনি হায়না অরবিন্দনা লাউখি।

"Is that which admits all things as the one Brahman and does not seek to bisect its existence into two incompatible entities, an eternal Truth and an eternal Falsehood, Brahman and not-Brahman ; self and not-self, a real self and an unreal yet perpetual Maya. It is be true that the self alone exists, it must be also true that all is the self. And if this self, God or Brahman is no helpless state, no bounded power, no limited personality, but the self conscient. All these must be of some good and inherent reason in it for the manifestation, to discover which we must proceed on the hypothesis of some potency, some wisdom, some truth of being in all that is manifested.

[ পোৎ পূম্নমকপু ব্রাহ্মণ অমতনি অমসুং মানদবা পোৎশক অনীশক, মতমপূম্বগী অচুম্বা অমসুং মতম পূম্বগী অরানবা, ব্রাহ্মণ অমসুং ব্রাহ্মণ নত্তবা, আত্মা অমসুং আত্মা নত্তবা, অশেংবা আত্মা অমসুং শেংদবা তৌইগুম্বসুং মতম পূম্বদা লৈব। মায়া হায়দুনা খায়ত্রা? আত্মা মথন্তা লৈ হায়বসি চুংবদি পূম্নমক আত্মানি হায়বসিসু চুমকম থোকই। অমসুং আত্মা, ঈশ্বর নত্রগা ব্রাহ্মণ আস মতেং লৈতবা কোয়শিনবা শক্তি, হন্থবা শক্তম নত্তে, তৌইগুম্বসুং মশাদা চানবা পূল্লপকী ওইবনি হায়রবদি মানা শক্লোন পুথোক্লবগী অফবা অমসুং মশাদা য়াউবা মবম লৈগনি – মসিদা ফোঙলিবা শক্লোন পুথোক্লবা ঐথোয়না ফোঙলক্লিবশিংগী মশক্তী শক্তি থরা, লৌশিং থরা, অচুম্বা থরগী ভাবনা শাবদা চংথবা তাই। অদুনা অরবিন্দদা হায়রা অনী থায়দোক্লম্ববু ককথৎপা উই।

য়াদবা, য়াউদবা অসিগী মহুত্তা অরবিন্দনা পাকথোকপা য়াউসনবা অমসুং transformation (মওং ওনথোকপা) পামই। পুন্সিগী থবক অমতসু, হিংবদা চংবা শক্তি অমতসু কায়দে হায়দুনা হুন্দোক্তে।

মশা মপুম ওইবহু হোঙদোক্লবা ইনগদবা নীতি নিয়মদি হায়া খঙনরকপা মমিং চৎপা যোগগী নিয়মশিংনা মপুং ফাহন্দে। ইচ্ছা, থম্মোই নত্রগা বুদ্ধিবু লাকশিনবা নীতি নিয়মদা ফাজিল্লগা হায়গী মচত্তগী হোঙদোক্লুনা ঈশ্বর ফংনবা হোৎনৈ। মায়না চৎপা লম্বী অমা মথোইনা থনলগা অয়েম্বহু হুন্দোকই। অরবিন্দনা অনৌবা যোগ অমা তম্বীরমদে, অখণ্ডবা যোগ মওং অহু নৌনা পূনশিনবসু নত্তে, তৌইগুম্বসুং আধ্যাত্মিকী চাওখৎ থোঙথাংদা অনৌবা approach (চংশিনবা) অমা তম্বীবনি। মী থুদিংনা মপুম ওইনা চৎলবা, থুদিংনা মশাদা থাইদগী চায়গদবা অহুগীদমক থবক তৌই। অমরোমদা হায়রগা যোগ তৌবদি

অখন্নবা থবক নত্তে। হিংনবগী process (মওং) মপুং অসি যোগগী মওংনি হায়না লৌগনি।

## ৩। শিক্ষাদা শ্রীঅরবিন্দনা তৌরম্বা

ব্রিটীশনা ভারতকি শাসন লৌবা কান্দা চৎনবা মহৈমশিংদি মখোইগী শাসন মত্তং পানবা কেরানী অমসুং হুম্বা মী পেম্বনি। লর্ড মেকেলগী ৱাহৈদা "a class of persons, Indians in blood and colour, but English in taste, in opinions, in morals and in intellect." (ঙ্গী অমসুং কুচুদা ভারতমচাশিং ওইবা, মগা৬, মত, নীতি অফ ফত্ত অমসুং বুদ্ধিদা ইংরেজী ওইবা মী কাঙলুপ অমা থোকহন্নবা পেম্ব মওং) মহৈরোবাক্কী শিক্ষা মওংনা ঐখোইগী মীওইগী অচংবা পীবা ঙমদে। জাতিগী ওইবা য়ুম্ফমদা মহৈমশিংগী নিয়ম শেমগৎনবা স্বামী বিবেকানন্দন খৃঃ ১৮৭৯ দা মদ্রাজদা বক্তৃতা পীখি।

বরোদা কলেজদা লৈরম্লা ওইবিরিবদা ব্রিটীশকি শিক্ষা মওং অদু মহাক্না পেন্দবা উৎখি। মহৈরোবাক্কী নিংহন্দবা, সবকারগী মখা পোলহনবা অমসুং লাইরনবা পাকহনবা শিক্ষা পীরসি মরী থম্ন-দনবা কন্না হোৎনোকখি। সরকারনা শিনবা, পৈশা পীবা মহৈ লমমশঙ্গ কযদা অডাং থাদনবা হুৎখি। জাতিগী ওইবা শিক্ষাগী মহৈ শেমদোকবা প্রজাগী মত চিংসনখি বোথর্নসিগী প্রভাব অদু তেঙ্গলদা নত্তনা ভারতপুম্বগী ওইবা ফোরম কংগ্রেসতা শন্দোকখি।

খৃঃ ১৯০৬গী মার্চ ১১ দা The National Council of Education হৌদোকখি; The Bengal National College and School অসি অরবিন্দ ঘোষনা অহানবা প্রিন্সিপাল সতীস চন্দ্র মুখর্জিনা মসিগী অহানবা Superintendent, নব্রগা

Executive Head ওইরগা থবক তৌবা হৌখি। নৌরিবা সোসাইটি অমসু লিংখৎলিবা সটিসচন্দ্র মুখর্জিগী মখোয়দাং অসি পানবা চুমই। শ্রীঅরবিন্দনা বরোদা স্তেতগী কম থাদুনা বেঙ্গলদা লাক্লে লেপ্লবদা সটিস বাবুনা কলেজ অসি পুবিনবা হায়জবনি। কাউন্সিলগী মেম্বরমথৈ মত অমতা ওইনা মাবু কৌশিনবা পাম্লখি। কম অসি শ্রীঅরবিন্দনা পায়বসিনা প্রজা মীয়ামগী মীৎয়েংদা অচৌবা থৌদৌ থোকখি। বিনোয়কুমার সরকারনা সটিসবাবু (লুপা লাক্ষ অমা কণ্ডুনা কাউন্সিলগী অহানবা কণ্ড পুথোকপা) অমসুং মাগা লোইনবাশিংগী মায়কৈদগী অচৌবা পুথোকপা অমা ওইখি হায়খি।

রাজনীতিগী মতুংদা অরবিন্দনা তৌনিংবা অচৌবা থবক লৈরম্মী। সংস্থান অসি য়েংশিনবা মহাক্না য়াখি। মশাগী হৈনরকপা মতুংইন্না তলব লৌখিদে, মমৈদা ময়াম্না হায়মনবদগী থাদা লুপা ১৫০/— তমক লৌখি। মাগী ত্যাগ অমসুং থৌনা অসিনা জাতিগী মীপুম খুদিংদা অকনবা প্রভাব তাহনখি। মহাক্না National Council of Education গা হৌরকপদগী মরী থম্লরকপা, National College দা মমি তাহনবা অমসুং মতুংনা মী কয়া চিংশনখি। তৌইশুম্বসুং জাতিদা বন্দেমাতরমগী লাইরা শন্দোকপগী অনৌবা থবক্না মাবু ভাইদুনা লৈরম্মি। কলেজগী থবক্তা মতম থরদমক পুম্লিং চংখ। অরবিন্দগী মতুংদা ইতিহাসকি ওঝা ওইহৌবা রাধা কুমুদ মুখর্জিনা হায়খি—"নোংমদা মহাক্না পেরিওদ অনীথক চংই, এডমিনিষ্ট্রেসনগী অমসুং য়েংশনবগী থবক পুম্বা সটিস বাবুনা পুই।" মশা লৈত্রবসু সটিস বাবু অমসুং অতৈনা পুহৌগনি হায়বসি মহাক্না খনখি। রাজনীতিগী অকনবা থবক্না মহাক কলেজগী থবক হুন্দোকললকপা তাহনখি।

বিপিনচন্দ্র পালনা লিংখৎপা বন্দে মাতরম অসি মহক অসিদা

অমুক শেমদোকলে। চেঙ্গৈগী সম্পাদক অদু হাপত্রবসু ইডিটোরিয়েল বোর্ডকি মেম্বর অদুদা ময়াম্ব ওইরবা মীদি অরবিন্দনি হায়বসি ময়াম্না খঙনখি।

ভারত জাতিয় কংগ্রেসকী চহিগী অধিবেশন অদু খৃঃ ১৯০৬ কি ডিসেম্বর থাদা কলিকতাদা ফমখি। মশা শুমত্রবসু অরবিন্দনা সভা অসি য়াউখি। অতৈ য়াউখিবশিংগী মনুংদা লোকমান্য টিলক অমসুং মাগী চান্নরবা লোইনবাশিং ডাক্তর মুনজে অমসুং জি. এস খোরপাদে য়াউখি। মীকুম মতুংদা লোকমান্যনা National College চত্নু নাবা য়েংখি অমসুং সংস্থান অসিগী শিনলাংবগী মতাংদা অরবিন্দগা হারা শানখি। হারী শানরবা মতুংদা অরবিন্দদা ওঝা অহন ওইবা তোকপা নত্রগা কনাগুম্বা অমদা বন্দেমাতরমগী থবক শিন্নখোকপা অমা তৌ হায়না টিলকা পাউতাক পীখি। কলেজগী ওঝা অহন ওইবা তোকপনা হেন্না পামখি। মশানা চাং নাইনা কলেজদা লাকপা শুমত্রবসু কলেজ অথরিটিনা মহাক থাদোকপা পামদে। মমিংদনা কলেজগী মিংচৎ হেনগৎহল্লবা অরবিন্দগী মগুণনি।

মতমসিদা বঙ্গদেশকি রাজনীতিগী অতিয়াদা নোং মুংশিংকি খুদমশিং ফংখি। বেঙ্গল অমসুং মহারাষ্ট্রদা Nationalist কাণ্ডবুনা থবক চত্থবদু ব্রিটীশ সরকারনা পামদে। The National Council of Education গা নৈবাক তাকপা মীওইগা য়ানদে অমসুং বন্দে মাতরমদা ফোংবা আর্টিকল অয়াম্বগা সরকারগী নীতিগা ওন্নবনা মমিং নাখি। খুদক্তা মখোইগী কিগন্দবা অমসুং হেন্না তাওথোকপদু লেপহনবা পামখি। খৃঃ ১৯০৭ জুলাই তাং ৩০ দা বন্দেমাতরমগী ওফিস অদু Search (কুপ্না থিবা) তৌইওমসুং তিংনবা য়াবা করিমতা ফংখিদে। বন্দে মাতরমগী সম্পাদক ওইনা মমৈদা কেশ তৌনরক্তুনা মাবু ফাজনবদা কলেজ অসি মাঙলকপা য়াই হায়দুনা অরবিন্দনা খৃঃ ১৯০৭, আগষ্ট ৩০ দা

প্রিন্সিপালগী থবক তোকখি। মানা তৌরকপা খোংথাং অসি তুংদা চুমলকখি। থাসিগী তাং ১৬ তা মা কাম্‌বা বারস্ত ইন্দু তৌই, তৌইগুম্বসুং মঙোন্দা খঙহনদ্রিবৈদা মহাক্না Detective Police Officer দা চংজখি। ফামিন্দা থাখি। শ্রীগিরিশ চন্দ্র বসু অমসুং নিরোদ চন্দ্র নল্লিকনা সেক্যুউরিটি ওইখি।

অরবিন্দগী মণক্তা বারস্ত থাঙ্গৎপা অমসুং পোলিসতা চংজখিবসি National College গী ওঝাশিং অমসুং ছাত্রশিং মুঙাইনখিদে। মুমিৎসিদা মখোইপুম্বা মিটিং তৌখি। সটিস চন্দ্র মুখর্জিনা মাগী রাঙাঙদা মানা মমা লৈবাক্কীদমক নৌরিবা থৌদাং পন্দুনা মাজিনি অমসুং গেরিবলডিগা চাংদম্নখি। ছাত্রশিংনা মাগী খুদম ইনগনি হায়খি। খৃ: ১৯০৭ কি আগষ্ট তাং ২২ দা কলেজগী অপুনবা মিটিংদা মখোইগী মুংশিন্নবা প্রিন্সিপালনা থবক তোকখিবগী মুঙাইতবা ফোংদোকপা বারেপ পাশ তৌখি। মাগী ফোটো অমা কলেজ হোলদা য়ানশি হায়না লেপ্পখি।

মথংগী মুমিত্তা কলেজদা অরবিন্দ লাক্লুনা মরম কয়াদা শিংথানিঙাই ওইবা বক্তৃতা পীখি। কলেজ অসি লিংখৎ-খিবগী পান্দম পাংথোক্লবা উংখি। রাজনীতিগী মরমদগী মহাক কলেজ থাখিবনি। মহাক থাদোক্লবা মতুংদা ডিসেম্বর থাদা হিস্টরি অমসুং পলিটিকেল সাইন্সকি ওঝা ওইনা অমুক চংখি। রাজা সুবোধ চন্দ্র মল্লিক্না পৈশা কত্তুনা Endowment— (আয় লাক্লবা পৈশা নত্রগা লনথুম পীথোকপা) লিংখৎপা chair লৌখি। খৃ: ১৯০৮ গী মে, ২ ফাউবা ফমসি পায়খি। মহাক অসি মজফরপুর বোম্বগী থৌদোক্কিদমক ফাজিনখি। বিচারদা নহা ওইরিবা উকিল চিত্তরঞ্জন দাসনা কন্দুনা থাদোকখি। থাদোক্লবা মতুংদা মহাক্না National College গা মরী ইরৈ লৈনদ্রে তৌইগুম্বসুং কলেজগী থবক অতু হায়রগুম্না চংখি। মহাক্না লাইফাও ওইনা হায়খিবদু চুমলক্লে "ঐনা হৌগৎলম্বা থবকশি

ঐনা উথিবা লম্বেলদা-মী অ'তনা পাংথোকখি। অমসুং ঐনা হৌরম্বা movement ( ঈহৌ ) কি অরোইবা ওইনা লোয়দনা মায় পাকপহ্ন ইশা য়াউদনা ওইবগনি।"

National College গী পুন্সি অমসুং National Education Movementগী মপুন্সি অদু তেনলি, অরবিন্দনা মখোইগা শক্তবদু অমুকা 'হন্না তেনলি। তেললবা পুন্সিদা মচাক্কী মথৌ তৌখি। পাংথোরক্কদবা থবক্তি করিনো? অমুকসু অসুম্না অরবিন্দনা হায়খি—"জাতিগী শিক্ষা হায়বসি হান্নন। পাংথোরক্কবা থবক অমা ওইরমখি অমসুং মীগী মমিত্তা মশক উবা হান্নন। ফংনখি। জাতিগী তম্ফমশঙশিংনা অমসুং থবক নোম্বা মীওইবু জাতিগী তম্ফমশঙশিংদা অমসুং থবক নোম্বা মীওইবু জাতিগী সেবা তৌনবা অমসুং হান্নন। লৈরম্বা মিংচংকি মফম হাঞ্জন্নবা তম্বিহ্ননা থাদোকপা অর্সিনি।" National Council of Education না মথৌ পাংথোকল্লে। মসি উৎপদা অরবিন্দগী মফম শিংথানবা য়াই। অরবিন্দনা National School, College লোইনবা অমসুং National Council গী পামহনবা মথং লেম্বাসিনা জাতিগী মীৎয়েংদা ফজহনবা ওইখি হায়বসি ডাক্তর পাটাভী সীতারামিয়ানা "History of the Indian National Congress গী লামাইদা সনাগী কাপীনা ইরম্মী।

মচাক্কা জাতিগী শিক্ষা ঈশক কাহনবসি ঙচাক্কী ওইবা মৈশাদা নত্রগা মী ফাজিন্নবা লেম্বা নত্তে, তৌইগুম্বসুং য়ুক্ষম ওইগদবা মহেক লারবা বাথননি। মমৈদা ফোঙলকপা মাগী বাথলশিং য়াম্না তেনলি, তৌইগুম্বসুং মউ চেৎপা হৌরকফমদি লাগৎলি। জাতিগী মহৈ মশিংগী বাথল থনবদা মাগী পূরিংদা পুন্নমক লুপাশনবা অমসুং শিনবা থুংনা শন্দোকপা ভারতকি পুন্সি অমসুং ঈনাৎকা চান্নন থম্বখি। (ভারতনা নীংতমক্রি-ঙৈদা মরৈবাক নীংবা ওইহনলক্কবা করম্বা মহৈ মশিং পীগদগে হায়বদা অরবিন্দনা পুথোক্কম্বা পাম্বৈ থরদং পীজবনি।)

## মহৈ মশিং তম্বগী অখোইবা নিয়মশিং

মহৈ তম্বনা অঙাং, ইনখৎলক্লিবা মী অমসুং মল্লাই ওইবা মীগী পুক্নিং নৈনৈ। তম্বীবগী খুৎলাই অদু কাউরবদি অকবা ওইবগী মহুত্তা বুদ্ধি লৌশিং মমহনদি। মহৈ তম্বিবা মীদি অহিংবা জীবগা নক্লে; কলাগী মী অমসুং মুক্তি শাবনা মথলাই পান্দবা পোৎকা মরী থক্নে।

ইউরোপকি শিক্ষা মওং অসি মহৌশাগী মওংদগী য়াম্না চাউখৎলবসু মনবিজ্ঞানগী খোংদা অৱাৎপা য়াম্না লৈ। পোৎলুম খাংবা অমসুং চিনকাগী বাহং কোকহনগে হায়রবদি তম্বিবগী মওং অদু মশাগী ওইবা, লায়হনবা অমসুং পাংথোক্লবগী শক্তি লৈবা ওইগনি। পুক্নিংগী মশল (পাক্সল, লেংনবা তোংশা) অদু অচম্বা অমসুং অরাইবা পাম্বৈনা নৈনবদা বুদ্ধিগী মপাক্সল কুদোকপা য়াগনি।

মহৈ মশিং তম্বিবগী অহানবা নিয়মদি তম্বিরিবা ওবা অদু লমজিংবা অমসুং মতেং পাংবদনি খঙবা অসিনি। নমশিনবা নত্তে, থর। উৎপদনি। জ্ঞানগী খুৎলাই অদু মপুং ফানবা থোগৎপা অমসুং মতেং পীবদনি। মশা মশানা জ্ঞান তানশিন্নবা উৎপনিঃ ওখানা জ্ঞান পোকহনবা অমসুং তম্বিবা মপুং ফাবা ওমলোই। জ্ঞান অদু কদাইদা লৈ অমসুং লৈমাইদগী হেক হেক হায়গৎ-হনবা মানা উৎফম থাকই। চাউখৎলকপা মীওইগা অঙাং-শিংগা খেন্নমা থম্বসি অশিংবা নত্তে। অঙাং, নুপা, নুপীমচা খুদিংদা ফজনা তাকপিবগী অহেনবা নিয়ম চপ মান্নে। মহৌশাগী মওং হোংহনবা নত্তে; চহি খেন্নবনা লমজিং অচৎবদা হেন্দোক হেন্সিন উৎপদমক ফংই।

অনীশুবা নিয়মদি পুক্নিং অসি মশাগী চাউখৎপদা তান্নবনি। অহন লমন অমসুং ওখানা অঙাং অদু মওং অমদা মুংথংনা শুজিলবদা তমথিবা অমসুং থওইদবা মচৎ পোকহনদি। মী

মশানা মশাগী হৌনশা অচুগা চান্নবা পাকথোকচরকনি। মচামশুগী লমচৎ, হৈনবা অমসুং রাথুন অদু হান্না শেমদোকনি হায়বদি য়াম্না চুমদে। নমঠু তৌবসি ধর্ম্ম মাঙহনবা অমসুং মপুং ফাবদা য়ৈথাইবা থোকহনবনি। মীগী থরাইদা মশাগী থন্দুনা ওৎপা অমসুং জাতিদা অশোকপা পীবনি। মী পুম্বগী মশাদা মপুং ফাদবগী খুদোংচাবা লৈ। লাইগী শক্তি য়াউই; মশানা লৌজনবা নত্রগা য়াঙদনবা ওইরবসু ঈশ্বরনা পীবা শরুক থরদি লৈ। থরায় অদু চিংথোকপা অমসুং অফবা থবক্তা শিজিন্নবসি মহৈ মশিং ওস্বগী মরুওইবা পন্থংনি।

মহৈ মশিং ওস্বগী অহুমশুবা নিয়মদি অনকপদগী অরাম্বদা চৎনবা অমসুং ওইরিবসিদগী ওইরকদবা চৎনবা থক শোম্বা অসিনি। থরায়গী য়ুম্ফম অসি হান্না য়াউরকপা অদুগী মথক্তা মপা-মমাদগী লৌবা, অকোইবা, জাতিগী মতৌ, লমদম, লৈবাক, ফুংশিৎ অমসুং লমচৎগী লোরকপা মচাক কয়া ফংই। শক্তিম শেম্বদা মথোইনা অচৌবা মথৌ তৌবনা মখোইদগী হৌগৎফম থোকই। মহৌশা অদু লৌবদা লৈবাক্তা তাবা মরাদগী হৌবা পুক্রিং অসি মশানা লেংলবা রাথল অমসুং শক্তিমদগী লাপ-থোকহনবা ফক্ত। মপান্দগী পুসিনবা তারবসু মসি পুক্রিংদা রমশিনবগী মক্তা কৎকদননি। ফজনা চাউখৎপগী মওংদি মনীংতম্না অমসুং হৌনশা কাইদনা চাউখৎপনি। অকোইবদা লৈরিবতুদা লানহৌবা হৈনবা থরাই থরা লৈ; মখোইদু মতম অমসুং লমদম অতোপ্পা অমগী ওই। চৎনিংবদা চৎসনু; অয়াম্বনা হাংবা অমসুং থোক্তসাওনবা ওই, লমলানবা মওংগী খুৎশেমান। ঈশ্বরনা শেম্বদা মী পুম্বা অথম্নবা জাতি, কুমজা, সমাজ অমদা লৈহল্লি; হায়গী অভাংশিং, হৌজিকীনা মপুশিং অমসুং তুংগী লমী শেম্বশিং ওই। হান্নবা য়ুম্ফমনি, হৌজিক্তা মচাক্তি অমসুং তুংগীনা পন্থং অমসুং চীংদোননি। মী পুম্বা তৌগদবা মথৌ অমসুং

মহৌশাগী মকম অদু মহৈ মশিং তম্বদা ওক্ষম থোকই। A system of National Education, লামাই ১—৮ দা মহৈ-মশিংগা নক্নবা কাংলোন কয়া নৈন্নহনা কোংই। জাতি খুদিংমক্তা নিয়ম অসি পানবা য়াই।

মাগী পূর্ণ দর্শনগা মহৈ মশিং তম্বগা মরী থমই। মহৈ তম্বদা বুদ্ধি লৌশিং মপুং ফাহনবদা নত্তনা মী অমসুং সমাজ মপুং ফাহনবনি। নোংচুপ অমসুং নোংপোক্কী কীদম অসি পুনশিনলি।

নীতি শাস্ত্র অমসুং ধর্মগী মহৈ তম্বীবসি চুম্না লাইরিক্তা পারগা য়ারোই, খুদম অমসুং চপচানা চৎলগা ওমগনি। হক-চাংগী মরম নৈনবা, ব্রহ্মচার্য ঙাকপা অমসুং পূর্ণ দর্শনগী চৎন-লোন্দনা মপুংফাবা মহৈ মশিং পীবা ওমই। অরবিন্দগী মহৈদা পীবা নীতি অসি আর্য্য সমাজনা গুরুকুলগী নিয়ম, মহাত্মা গান্ধীনা মাগী আশ্রমদা বাসিককী মওং শেমদোকপা অদুগা চাংদম্নবা য়াই। নোংচুপকীগা খেন্নবা জাতিগী ওইবা মতম্বী অমনি হায়না খাইনা খঙনরে। আধ্যাত্মিকী মওং অসি পৃথিবীগী ওইবা অপুনবা অমসুং তিম্নবগী যুক্ষমদা আশ্রমগী শ্রীমানা শেমদোকখিবদু জাতিয় সঙ্ঘনা শকখঙল্লে। আশ্রমগী মীওইশিংদা ত্রেনিং পীল্লে। মদুদি মথাগী প্রবন্ধদা নৈনজরে।

## ৪। পূর্ণ দর্শনদা মীগী মহৈ মশিং তম্বা অমসুং চাওখৎপা

হৌজিকী যুগতা শ্রীঅরবিন্দ বাখল চেনবা মীওইশিংগী মনুংদা অমনি। লাইপোক ওইবগী মথন মথেন, শেমগৎপগী মরাং কায়বা অমসুং মীৎয়েং পুনশম্না পাকথোকপা মাগী বাখল

ঙকনিঙাইনি। বিষয় কয়াদা য়াম্না হৈশিংনা অমসুং রাথল চংনা ইথোকপিরমই। মতাংসিদা মহৈ মশিং অমসুং মীগী চাওখৎপগী মরমদা মাগী মত নৈনসি।

মীগী চাওখৎহনবদা অচৌবা খূৎলাইদি মহৈ মশিংনি হায়বা মানা পনথি। মাগী রাখন খঙগে হায়রবদি মেতাফিজিক্স খঙকম থোকই। মানা পুথোকপা অশেংবা মশক্তী মওং, সমাজ, অমসুং মী অতুসু দর্শন খঙলগা লেপই।

মাগীসি পূর্ণ দর্শন কৌই, পূম্নমক পুনশিল্লগা লৌশনবা, নিত্যতাগী মশক অমতবু হুন্দোকপা নত্তে। সাচ্চিদানন্দগী মশক্তা Transcendent (হেন্দোকপা মওং), Universal (খ্বাইগী ওইবা) অমসুং Individual ( মী অমতগী ওইবা ) য়াউরে হায়রি। জগৎ অসি শিব অমসুং শক্তিগী শান্নবুংনি, জগৎ শেম্বগী পন্থুংদি লাইমুক মপুং ফাবা ওইবনি, পুন্সি অমসুং থবক পূম্বদা মাবু ফোংদোকপনি। জগত্তা মাগী উদ্দেশ্য উৎপনি। মীনা হোৎনবা খুদিংদা জগৎসিদা লাইগী লৈপাক লিংখৎপা অসিনি। মাগী শিক্ষাগী মওংসু অসিনি। শিক্ষাগী পন্থুংদি মী অমসুং সমাজদা divine perfection (লাইগী মপুংফাবা) ওইহনবনি। দর্শনগুম্না মীগী শিক্ষাদসু নোংপোক নোংচুপ পুনশিন্নবা মত পুথোকই।

ইডুকেশনগী য়ুক্ষমদি মীগী পুক্নি—অঙাং, পাথং অমসুং অহল লোইনা নৈনবনি। হৌবা অমসুং লোইবা নাইদবা হিংবগী বিজ্ঞাননি। নুপা নুপী অনী থেন্নদে।

Academic ( মহৈ মাশংগী) ওইনা মপুং ফাবদা পাম্বা, অদৈত নৈনবা 'থওইদবা মহৈ তম্বা মখল অদু' কহনবগী মহুত্তা ফত্তবা পুরকই হায়বা মানা থাজে। ইডুকেশনিষ্ট অমা ওইবসি—"to do, not to deal with material like the artist or sculptor, but with an infinitely subtle and sensitive organism cannot shape an educational

masterpiece out of human wood or stone ; he has to work in the elusive substance of mind and respect the limits imposed by the fragile human body."

(খবক তৌবা, কলা হৈবা মূর্ত্তি শাবা (উ, নুংডগী) মীনা মশা নউ পোৎশক পায়খৎপা নত্তে; ছমথৈ লৈতনা ফজবা অমসুং খুনা পানগনবা মীগী হকচাং লৈনবনি। মীগী ওইবা উ নত্রগা নুংডগী মহাক্না মহৈ মশিংগী ওইবা কজনা তৌবা খবক পীবা ঙমলোই ; মহাক্না মীনমগনলবা পুরিংগী মচাকতা নোম্বা তাই অমসুং কায়গনবা মীগী হকচাংনা খোকহনবা পংথৈশিং অতু সঙাইথুম্বা তাই।)

অরবিন্দনা শন্দোকপা পূর্ণশিক্ষা অসি নিয়ম অহুমদা তাংই।

(১) অঙাং অতু মশা মথন্তা খঙহনবা অমসুং চাওখৎচবা, ওজানা লমজিংবা অমসুং মতেং পীবদা ওইবনি। ওজানা পাউতাক পীবা, নমতুনা তৌদবা, অঙাংশিংগী খুৎলাই অতু মপুং ফাকনবগী Process (চথবা মওং) নি। ওজানা অঙাংশিংদা জ্ঞান শন্দোক্তে ; মশা মশাবু জ্ঞান তানশিন্নবা লম্বী কয়া পানগগে উৎলি। মহুৎদা লৈবা জ্ঞান অতু মানা কৌদে ; মতু কদাইদা লৈ অমসুং মতু লৈমাইদা কয়া হায়গৎহনগদগে হাকই। চাওখৎলকপা অমসুং পাখং কান্নবা মীওইদা নীতি অসি পানগদবা নত্তে অঙাংদসু পানগনি। মাগী মতা কজনা লম্বীবগী নিয়ম অমতমক লৈ—চহি থায়দনা, নুপা নুপী নাইদনা এন্নামদা পানবা য়াই। অওইবমক অহন্ নহা, নুপা নুপী, নইনা থায়বনা চৎগদবা মতেং অমসুং লমজিংবা অতুগী হেনগৎপা নত্রগা হুন্নবগী চাং খেন্নবা উই, মওংদি হোঙহনদে।

(২) পূর্ণ শিক্ষাগী অনীশুবা নিয়মদি মহৈ অতু তমলিবা মীতুগী অখন্নবা মহৈ, তৌবা ঙম্বা, মাখন অমসুং গুণতুগা চান্নবনি।

মী পুম্বা লাই শক্তি ; মশাগী ওইজবা য়াউট হায়বা অরবিন্দনা চেৎনা থাজৈ। পিকচরবসু পাঙ্গল অমসু◼পুং ফাবগী খুদোং চাবা নৈবা chance (লাইবক, তাঞ্জা) নৈ। ঈশ্বরনা মীহুদা লৌনবা নত্রগা লৌদনবা পীবা লম্বীনি। মরু ওইবদি মতু পুথোকপা, চাওখৎহনবা অমসুং শী জন্নবনি। অদুনা শিক্ষাগী মরুওইবা পন্থুংদি evolving (ভপ্পা ওইবা) ওইবা মমার অদু মতেং পাংদুনা মশাদা অফবা য়াউবদু চিংথোকপা অমসুং হেন্না ফগৎপা শীজিন্নবা মপুং ফাহনবনি।

(৩) পূর্ণ দর্শনগী অচুমগুবা নীতিদি অনকপদগী অরাঙ্কদা, ওইরিবসিদগী ওইরক্কদবদা চৎনবা থবক শুবনি। মীগী মওং মতৌদি মাগী বাথন্দা হায়া ওইরম্বা, পোকপদগী লৌরকপা, অকোয়বদগী লৌবা, জাতি অমসুং নৈপাকি মথক্তগী থরহেন-গৎলি ; মথোইনা শক্তি কয়া মাবু শেমই, অদুনা মথোইদগী ঐথোইনা হৌগনি। মহাক্না চাকথোকহনলি, "শেংনা চাওখৎ-পগী ফিবমদি মনীংতম্না অমসুং মহৌশানা হৌগৎচবনি। মথোইগী অকোয়বদগী মশানা লালহৌবা অমসুং অতোপ্পা যুগ অমসুং অমসুং clime লমদম) দা ওইবা থবায়শিং নৈ। মথোইনা পামজবদু ইনজসনু ; তৌহগুম্বসুং অয়াম্বনা হাংই, খুৎনা নোম্বা ওই, মওং থেন্নবা শেম্বা ওই, পুক্নিং চংদে। ঈশ্বরনা শিনবদগী মথোইনা অথন্নব জাতি, যুগ, সমাজদা য়াউহন্দুনা, মমাংনৈগী অতাং, হৌজিক্কী মপু অমসুং তুংগী শেম্বা ওই। হৌখিবনা ঐথোইগী যুম্ফম, হৌজিক্কা ঐথোইগী মচাক, তুংনা ঐথোইগী মতোন, পন্থুংনি। খুদিংমক্কা জাতিগী শিক্ষা প্রণালীদা মহৌ-শাগী মফম নৈফম থোকই।"

মাগী মতুংইন্না শিক্ষাগী খুৎলাইদি অন্তঃকরণনি—মরোন ৪ নৈ—চিত্ত, সমাজ, বুদ্ধি অমসুং হেনদোকপা শক্তিমথৈ। ঐথোইগী শিক্ষানা পাজল পুম্বা পেলহনগনি। মরী নৈননা মহাক্না নীতি

অমসুং ধর্ম্মগী শিক্ষাদা কনশিনবা পী। মীতিকী মহৈ তম্বদি emotion ( পুক্নিং গী ঈথক ), সংস্কার অমসুং স্বভাব (মশাগী ওইবা) অদু ওনথোকলগা শন্দোক্লনি। থৌদম অমসুং থওজনবনা তম্বী-গনি; লাইরিক্তুনা তম্বীরোই। মতৌ অদুগুম্বা ধর্ম্মগী মতৌদি লাইরিক্তা ভাজ্বা ফমলোই, ধর্ম্মগী তৌভানবা নিয়ম, সাধনা অমসুং থবকশিং তম্বীগনি।

অরবিন্দগী মত্তা মহৈ অসি মচেৎ ওইবা, অকককপা শরুক নত্তে, তৌইগুম্বসুং মসি ঃতম অমতগী ওইবা অমসুং মথং মনাউ চথবা অনীমক ওইগনি। চাহি ৭। ৮ গুবদগী লাইরিক তম্বা হৌগনি। মমা লোন্দা মহৈ তমগনি হায়বা মরু ওইবা পোইন্ট অসিসু হায়বিথি। অভাং অমনা মমা লোন অদু মপু ওইবা কান্দা ইন্দ্রি অদু তম্বীহনা শিক্ষা পীগনি। অভ্যাসনা চাওথংহন্দুনা ইন্দ্রে অদু তম্বীগনি, ইন্দ্রিদা অথিংবা, শিংলি অমসুং পুক্নিংদা অথিংবসু লৌথোকনি। শক্তি অথয়বা অমা পীজিন্নহনা অথয়বা বিষয় অমা মপু ওইনবা তমগনি। ছাত্র অদুবু ওব্বানা পোত্তা হান্না পুক্নিং থিংজনবা, মথংদা ব্রাহৈ অমসুং ব্রাথন্দা থিংজনবা তম্বীগনি। নীংশিংবা অমসুং ভাবনা শাবহু চাওথংহনগনি। ইশা থাজবা, চাংদম্বা অমসুং মান্নদবা য়েংহনা বিচার তৌবা তমগনি। অসিগী মথক্ত কনাগুম্বা ব্রাহৈ ফজবগী ভাব নৈনগনি। পুক্নিংগী ন্যায় শাক্ত অদু অভ্যাসনা চাওথংহন্দুনা মপুং ফাহনগনি। ন্যায় তম্বদনা মপুং ফাদে। অমুকসু মপুংফাবা শিক্ষাদি হকচাং ফনবা নৈনবা, হকচাং মপুং ফাবা য়াউই। শান্নবা, চংপা, থাক, মথৈদা ব্রহ্মচর্য অসি হকচাং চাওথংহনবগী মশক ভাক্কনি।

যোগ য়াউত্রবদি মহৈ তম্বগী মওং মপুং ফাদে হায়রি। যোগনা মীবু অশেংবা মহৈ হায়বদি মথন্তা তম্বা অমসুং মীনা লাইগী থাক য়োবা, সমাজ অমসুং জগৎপু ফহনবা ওমই। মী

চাওখৎনবগী খ্বাইদগী হেনবা পাম্বৈসি যোগনি হায়বদি অরবি-ন্দনা উৎলি, য়ম, নিয়ম, আসন অমসুং প্রাণায়ামনা ছাত্র-শিংবু পুক্নিং ফাজনবনা মতেং পাংই। যোগগী পন্থংদি মী অমসুং সমাজবু মপুং ফাবদা চিংশনবনি। মওং অসিদা মতাং অমা লাকই— স্কুলগী মহৈ অসি মপুং ফাদবা অমসুং মমৈদা যোগ চংদবা য়ারক্তে।

মহাক্কী মত্তা মীগী শিক্ষা মপুং ফহনবা যোগ অসি হান্না খঙনরম্বা যোগ অদু নত্তে। যোগ হায়বসি মতান্দদি পূর্ণ যোগনি। যোগনা পূনশিনবা উৎলবদি পূর্ণ যোগনি মীগী conscious union (জ্ঞানগী তিন্নবা) অমসুং থৌরবা সহযোগ অদু Mother (ইমা) নত্রগা Dynamic Divine (শক্তি লৈবা লাইগী মওং) উৎপনি। হান্না চৎনরকপা যোগদি জগৎ অমসুং পুন্সি অসিবু হুন্দোকপনি; পূর্ণ যোগদি মুক্তি ফবদা নত্তে; ভুক্তি হায়বদি spirit (থরায়) গী শেমগৎপা মুঙাইবদা মনীংতম্না য়াউবনি। শুদ্ধি, সিদ্ধি, মুক্তি অমসুং ভুক্তি পূনশিনবনি অমসু, হেন্দোকপা মীংচৎলৈবা ফীদম অদু চাম্না ফংনবগী technique (হৈশিংবগী মতৌ) নি। হকচাং য়াউনা লৈবা অদু ওন্থোক্লপা জগতা লৈনা শিবা নাইদবা অমসুং অশিবা ক্রয় তৌবা, মরামগী ওইনা অরান খুভম ফংবা, মীওইবা পুম্নগী মপুং ফাবা অমসুং জগৎ অসিদা Divine Life (লাইগী ওইবা পুন্সি) পুরকপনি। অরবিন্দগী ৱাখন্দা অসিগুম্বা মিং চৎলবা ফীদমদি অচম্বা স্কুলদা তম্বা মহৈনা ঙমদে, তৌইগুম্বসুং মপুংফাবা যোগ অদু তৌয়না অভ্যাস তৌবদনি। তেনশিন্না হায়রবদা মাগী শিক্ষাগী মওং অসিদা ভারত অমসুং নোংচুপকি, মমাংলৈগী অমসুং অনৌবা মহৈগী য়াউরক্লবা অচুম্বা পূম্বা য়াউই। অসিগুম্বা মহৈগী পাম্বৈদা মীওইবা পুন্সিগী শরুক অপুম্বা—হকচাং, পুক্নিং, আধ্যাত্মিক ধর্ম্মগী য়াউই।

সমাজগী শক্তক চাওখৎতনা মপুংফানা ওইবা লাইগী শক্তি অদু ফংবা ওইথোক্কে। অদুনা মাগী শিক্ষা মওংদা সমাজগী মগুণশিংগা লোইননা মীগী শক্তি, গুণ অমসুং অঙম্বা অদু কনশিনহনলি। ভৌতিক ওঝা অমসুং রাখন খনবা খুদিংনা মহৈগী হীরমদা শাথীবা সমস্যা ফাউরবা কান্দা অরবিন্দগী মহৈ তম্বগী মওংনা কোকহনবা ঙমগনি। অতৈ মীগী জ্ঞানশুম্না মহৈ তম্বদসু অচুম্বা অমসুং মপুং ফানা, লুনা খিনবা অরবিন্দনা উৎলি। অনৌবা মঙাল পী। অদুনা মীগী মহৈ তম্বগী মওং অসিদা পূর্ণ ওইনা চাওখৎপা, শক্তম মপুং ওইবা অমসুং অশেংবা মহৈ তম্বগী মঙাল অমসুং পান্থ উৎলি হায়বদা লান্দে। ভারত-কিদা নত্তনা জগৎ পুম্বগী ওইবা মহৈ শন্দোকপা মী ওইনা মাগী নিয়মগী নাতৈ চানবা অদু লৈফম থোকই।

( শ্রীঅরবিন্দগা শ্রীমাগা নীতি খেন্নবা লৈতে ; শ্রীঅরবিন্দগী নত্ত অদু শ্রীমানা থরা পাক্লা মতমগা চান্ননা শন্দোক্লবা চাংয়েং তৌবদনি। )

## ৫। অরোনবা মহৈ ( Occultism )

অরোনবা অচুম্বা অমসুং মহৌশা লাইরেম্বীগী অরোংপা শক্তি অদু খঙববু ওকলটিজম কৌই। মপানগী অতপ্পা অমসুং চাউখত্তবা পুক্লিংগী শক্তিবু ফজনা চাওখৎহন্দুনা পুন্সি অমসুং matter (পোৎশক কি মথক্তা থবক পায়থনবা হোৎনবা মীবু পোৎশক্কী ঙমথৈদা মীনাই ওইনা থমদনবনি। জগৎশিঙগা মরী থম্নবা অমসুং পোৎশক্কগী হেন্না রাংথৎথিবশিংগা নকশিন্নবনি। Communion (উন্নবা) অদু হেন্না চুম্বা ফংনবা অমসুং মহৌশা লাইরেম্বীগী শক্তিশিং অসিদা মীনা পানবা থাঁমনবদা মতেং পীনবা

শীজিন্নৈ। মীনা অসুম খোরাংবা পোকলকপসি এখোইগী পূম্না লৈখোমনা শাবা নত্তে, জগৎপূম্বা খঙবা ঙম্বা থরাই, পুক্নিং অমসুং অনিংবগী জ্ঞানা (intuition) শেমগৎপনি হায়বসিদগী খোল্লকই। মহৌশা লাইরেম্বীগী সেবক নত্তে তৌইগুম্বসুং মবুঙোনি Occultist (অলোকনা বিদ্যা হৈবা, অহুনা পোৎশক-শিংগী অথুপ্পা খঙনবা হোৎনৈ অমসুং মানা হোৎনবসিদা astronomy (নোংথক্কী বিদ্যা) চঙ্‌ংহনলি, geometry (জ্যামিতি) শীজিন্নৈ অমসুং মশিংগী বিদ্যা শীজিন্নৈ; বিজ্ঞান কয়াবু চাউ-খৎহনলি; অসিদা নকনা Supernature (মহৌশা ওইবদগী হেনবা) অহু খঙনবা হোৎনৈ। পোৎশক্কি ওইবা শরুক্কী হেন্দোকপা অরোনবা মতৌ অসি ভাবনা শাবা ওইথোক্তবা নত্তে। Supernature (লাইগী ওইবা) মাৎবসি অতোপ্পা মওংগী শকওং থরা এখোইগী Physical nature (পোৎশক্কী মওং) দা পোকথোক্‌ইনা শত্রগা অরোনবা হৈরিবা মী অহুগী মহৈনা অরাংবা শক্তিগী মওংনা এখোইগী Physical world (অউবা পোৎকী জগৎ দা হায়রিজ-লক্কনা থবক য়াংহনবা অমসুং পুক্নিংগী শক্তি পাকথোকহনবান। হৌজিক এখোইনা য়ানরিবা Hypnotism (শুমইহুনা তুমহনবা) অসি অরোনবা শক্তিগী মচেৎ অমথকনি। মাগী মেথোড (শিনবা মওং) অমসুং ফোরমুলা (তেম্বা খঙহনবা না থরদং ফোংদোকই। মতম পূম্বদা পরেং কেৎহুনা থম্বা Suggestion খুদম তৌবা) হায়বদি বাথনগী সজেসন, অনিংবগী সজেসন, ঈথক হৌবা অমসুং থেংনক্লবদগী লাকপা সজেসন, বাথনগী ঈথক, পুন্সিগী ঈথক অসিনচিংবা বিশ্ব শক্তি নত্রগা অতৈদগী এখোইদা লাকই তৌইগুম্বসুং এখোই খঙদনা মখোইগী ফল অহু থোকহনলি। Nature-force (মহৌশাগী তৌবা ঙম্বা) গী শক্তি অহু মুম্না খঙহুনা শীজিন্নবা অমসুং মতুংগী এখোইগী ইশা ঙাকথোকপসি অরোনবা মহৈগী

থবকনি; পুথোকপা ভমদবা পাক্লবা মকম, শীজিন্নকম অমসুং মওং কয়াবু মসিদগী হেন্না নৈরি।

হৌজিক্কী মতমদা পদার্থ বিজ্ঞানা পুথোকপা অসি পাক-থোকলক্তুনা মহৌশাগী অরোনবা শক্তি কয়া মীওইবগী কান্নবদা শীজন্নরে। অরোনবা মহৈ অসি পান্নবা বাংলক্তুনা শেংদবনি হায়দুনা হুন্দোক্লরে। অউবা পোত্তমক শেংই হায়দুনা পুক্লিং অমসুং পুন্সি অদু পোংকী মচেং ওইবা থবকনি থন্নরে। Material Energy (পোংশক্কী পাঙ্গল) দনা 'পোং পুম্নগী শোক্লে ওইদুনা পুম্নমক জয় তৌনবা হোৎনরে। মসুম্না চথত্র-বদি মীওইবা জাতিগী হিংবদা বাগনি, হৌজিক্কা বিজ্ঞানগী পুথোরক্লিবা খুৎলাই পুম্না শক্তি পায়নবা ফত্তবদা শীজিন্নি। ঐখোইবু ফিংহল্লিবা অরোনবা শক্তিশিংগী জ্ঞান অদু য়াউদনা খুৎশেমনা পুমলাক লাকহৎলে। নোংচুপকী লমশিংদা অরোনবা মহৈ অসি ময়ামনা খঙনদবা, ইনাকখুন্দবা অমসুং দর্শনগী য়ুম্ফম বাংপা ফংই। Supernormal (মহৌশা ওইবদগী হেন্দোকপা) ওইবা শক্তি অদু পুথোক্লবা অশম্বা খুৎতাক অমসুং শক্তি শীজিন্ননবা মিত্রং ওইহনখ্রে। White (অঙৌবা), Black (অমুবা) যাদু নত্রগা মুংশি মুংওন নত্রগা thaumaturgic (অঙকপা থৌদোক) কী নৈনতেং ওইনা চৎনখ্রে। অসুম্না পুক্লিংদা থন্নখিবনা ভাকথোকপা বাবা অমসুং চেবদা লাইবা, শোকহনবা য়াবা অমসুং কোমথোকপা ওইনা লৌনরে। ইজিপ্তা অমসুং নোং-পোক্কী লমশিংদা জ্ঞান মখন অসি হেন্না চাউবা অমসুং পাকপা মীগী হোৎনবা ওইনা লৌনরে। ভারতকী মমিং চৎলবা তন্ত্র শাস্ত্রদা মপুং ফারবা অরোনবা মহৈ কংবদু মাওত্রি। Super-normal (মহৌশা ওইবদগী হেনবা) ওইবা মাইকৈ য়াম্বা বিদ্যা ওইবদা নত্তনা ধর্ম্মগী অরোনবা মচাক্কি য়ুম্ফম অমসুং আধ্যাত্মিক নীতি অমসুং ইশা খঙনবগী অকনবা বাখন ওইরি।

খাইদগী রাংবা মখনগী অরোনবা মহৈ অদু অরবিন্দনা পুখোকখি। পুক্লিং, হকচাং অমসুং থরাইগী অথুপ্পা movement ( ঈথক হোৌবা ) অমসুং হোৌংলকপা ওইরক্কদোবিবশিং অদু পুখোক্লগা মশাগী নত্রগা applied (পানশিনবা ওইবা শক্তিনা শীজিন্নদুনা mental (পুক্লিংগী) vital (হিংবগা মরী লৈনব) অমসুং আধ্যাত্মিক ওইনা হিংবদা চৎপনি।

ময়াম্মা থাজনবদা অরোনবা মহৈ হায়বসি মিত্রং অমসুং মদুগী ফোরমুলা (অশম্বা মওং) অমসুং Supernatural (মহৌশা ওইবদগী হেন্দোকপা ) ফংনবগী mechanism ( যন্ত্রগী মওং ) ওইনা লৌই। অসিদা নত্তনা অরোনবা Nature force (মহৌশাগী শক্তি) গী মপান্থংবা শক্তকতা য়েংবা মীশিংনা কুপথনা খঙদে। পদার্থ বিজ্ঞানদা মইপাকপা অদুগুম্না পুক্লিং শক্তি অমসুং পুন্সি শক্তিগী অরোনদা শীজিন্নবদা ফোরমুলা অমসুং মদু পানবা অরোনবা শক্তিগী পোৎকী তৌবা ঙম্বা অদুসু য়াম্না ভরা মাইপাকহনবা য়াই মসি হন্থবা অমসুং অপিকপা মাইকৈনি। পুক্লিং অমসুং পুন্সিগী শক্তি অসি বনদে, হাংদোক হোৌজিন য়াই; মখোইবু অখোৎপা intuition ( ঈশ্বরগী ওইবা জ্ঞান ) ওইনা খঙই। য়াম্না কর্নশিনবা mechanisation (যন্ত্রগী ওইবা মওং) ওইরবদি জ্ঞান হন্থবা অমসুং কান্নবগী শক্তক্তা অরানবা অমসুং শোইবা থোকহল্লি হৌভিক ঐথোইনা অবিবা পোৎশক্তা হেনবদু তোক্তুনা পুক্লিংগী অথুপ্পা লৈনবা হৌরকলে। মচেৎ ওইনা মসিগী কান্নবসু উনরে। মসিনা তানলিবা খাইদগী চাউবা পন্থুংদি পুক্লিং শক্তি অমসুং পুন্সি শক্তিদা নত্তনা অরোৎপা থরাইদগী অহেনবা শক্তি পুখোকপনি। অরোনবা মহৈ হায়বসি ইশা অমসুং জগত্তা লৈবা Subliminal ( মচেৎ ওইবা ) জ্ঞান অদু লৈনবনি। Subliminal ( মপূং ফানা তাদবা জ্ঞান) দা Subconscient (শেংনা খঙদবা) অমসুং Superconscient

( হেন্না থঙবা ) সু য়াউই। মখোই অপুম্বা ইশাগী অমসুং জগৎকী জ্ঞানদা শরুক মচেৎ অমা ওইনা থমগনি।

## ৬। জ্যোতিষ বিদ্যা

পাঞ্জিগী মহৈ অসি Occult ( অরোনবা মহৈ ) ওইনা থম্মে অমসুং হৌক্তিকী অনৌবা জ্ঞান তাম্নরবা মীনা করিদা যুক্তম ওইবগে অমসুং করিদা চুমলিবনো হায়বদু কন্না য়েংই। মসিগী মনবিজ্ঞানগী ওইবা অমসুং mystic (অথুপ্পগী) ওইবা শরুক লৈরি তৌইগুম্বসুং মদু অমম্বা থঙনবা নত্তে। অতৈ বিজ্ঞানগুম্না অচুম চুমদা কেপ্পা য়াবা আইন কয়া লৈ। যুক্তমদি astronomical ( নোংথকী মহৈ ) অমসুং অঙ্কগী ওই, মচাক খোমজনবদা অরোৎপ' লৈতে ; অথুপ্পগী ওইবা অমসুং লোৎহুনবা লৈতে। Why ( কারিগীনো ) হায়বসিদা তশেংনমক নৈনদে, তৌইগুম্বসুং মরম অদু করম্না থোকই, ফল করম্না লাকই হায়বদুদা কন্না নৈনৈ। সাইন্সকী বিষয় অতৈগুম্না পোৎশিংগী পেংথবা মরম নৈনদে তৌইগুম্বসুং Process (মওং) তা লুপই। অকক্নবা মতম লেপ্পুনা হীরমসিবু যাদুগী মহৈ অমসুং demonology (হিংচাবগী নৈনবা) ওইনা লংথনৈ ; মখোইনা পুকচেন তিংনা অচুম অরান থীখিদে। অদুবু বিজ্ঞানগী অকনবা শাপনা মুৎহনবা ঙমখিদে, আইননা মসি শিনফম ওইহনবা থিংনবসু ইউরোপতা মসি হৌগৎলকই, ভারতদি মতম পুম্বদা হিতুনা লৈ, আইন অমা ওইনা মহৈ মশিং হৈবা মীপুম্নমা মমিদা থাজবা ঈকাইনৈ। ভারতসু অমসুং ইউরোপকি লমদসু পাঞ্জি তাম্নবদি ফম কারমদাই, পুঞ্জিগী থোদোক থোক্লমদাই অমসুং অরা অনা থঙবা মতমদা তৌনৈ। মসি চুমথোকক্নম থোকই। অচুম্বা সাইন্স ওইরবদি অশোইবা লৈবদু নৈনদুনা চাউথৎহনক্নম

থোকই ; ঐখোইনা থাজরিবা অদুগী প্রমাণ নাত্তে চেৎহনগনি। শাক্তিন্নবা বিদ্যা ওইরবদি ঐখোইনা পঙনা থাজবা নত্রগা লোৎনা লৈরিবসিদগী মাঙখিনবা সূক্ষম অসি ককথৎকগবনি।

অওইবমক জ্যোতিষ বিদ্যা অসি শেমজিনবা অমসুং সূক্ষম য়াউদবা ওইনা থক লোনাথত্রি। করিগুম্বা মতমদা অমসুং মাগী প্রভাব কয়াদগী বিদ্যা অসিবু অঙাংগী মহৈ ওইনা লৌনৈ। পাণ্ডিশিংবু মীনম্বা হায়বা ওইনা শিংথানৈ; লাইফাউ অমসুং হান্নরা ফল পীবসিসু লানবনা নমই; পোৎশকী মওং, জগৎকি অচুম্বা থিওরি নৈনবা গ্রহশিংনা মীগী লমচৎ, পুক্নি অমসুং থবক্তা করিসু প্রভাব তাহন্দে হায়বা ফৎই। মথকী মরমশিং অসি মতিক চাদে। পাণ্ডিবু হীদাক্তা মীনম্বা মীওইগা মান্নহল্লবদি হীদাকী মীদসু জাৎ তাহনবা মীওই কয়া য়াউখি। Moliere নচিংবা রাখন থোবা মীওইনা হীদাকী মরম অসিসু শাশিন্নবা বিদ্যা, থওইদবা, ওইদবা অমসুং নমথাক তৌবনা থনলি হায়বা মত পী। মীন মশাগী অনাবা ফনিংবা অমসুং মশা অদু কান্নবা অমসুং উপাই অতৈ লৈরক্তবদা হীদাক অদু য়েংনিংই। পাণ্ডিশিংগী পাউজাক লানবা য়াউহ নত্রগা ডাক্তরশিংনা অনাবা ফহনবা ঙমদে হায়বগী খুদম কয়ানা মথোঙ্গী সাইন্সপু হন্তহনদে। পাণ্ডিগী লাইফাউ অদুনা লানবগী অহানবা মরমদি মথোঙ্গী পুম্বা মী পেনহননবা চিনভেন ফজুনা মীনমদে; লাইফাউ অদু বৈজ্ঞানিক ওইবা নিয়মনা ইনলি। পৈশাদা থনবা তৌদে। অহৈবা পাণ্ডিশিংনা শোইরবদি মহু বিজ্ঞান অদু মপুং ওইনা empirical (ইন্দ্রিনা পীবা জ্ঞান) ওইবা অমসুং মথোইগী থীউরি অমসুং রুল অদু অরানবা ওইবননি। বিজ্ঞান অপুম্বা Empirical stage (থেংনবা জ্ঞানগী থাক) তা চৎপা তাই; অনা লায়েংবগী বিদ্যা অসিসু মসিগী থাক্তগী লান্থোক্তি; বিজ্ঞান অপুম্বা চাউথৎপগী থাক্তা লাম্না generalise, খ্বাইগী

ওইহনবা ) তৌথোকপা, চুমদবা থিউরি য়াউবা, অমসুং মপূং ফাদবা নিয়মগী অরানবনা পোৎলুম ওইগনি। অশোইবশিং পুম্বা থাদোকপা নত্রগা শেমদোকপা তাই অনাবা য়েংবগী লোন্দা মনামশিং, পাম্বী অমসুং ঋতুশিংনা মীগী হকচাংদা করি-গুম্বা ফল পীত্রা পীত্রবরা অমসুং মখোইনা থবক তৌবহু খুদম মতিক চাবা কয়াদা ঐখোইগী থেংনবনা সমর্থন তৌবরা হায়বগুম (ফল অমসুং মরমগী মরী পুথোক্লবা ) পাজিগী শাস্ত্রদা ঐখোইনা গ্রহগী মতিক ময়াইনা ঐখোইগী নৈবাক অমসুং জীবশিংদা তাইনবা গুমত্রা য়েংই।

সৌরজগত্তা গ্রহশিং, মথক্কাই পানবা জীবশিং অমগা অমগা মরী লৈনৈ অমসুং মতিক ময়াই তাইল্লি হায়বদা অরানবা লৈত্তে। বাকম অসি ছন্দোক্তি্ভৈগী মমাংদা চায়না থোকপ্রা অমসুং করম্বা মওংদা অমসুং কয়া য়াম্না অমনা অমদা মতিক ময়াই প্রভাব তাইনবগে হায়বা য়েংবা চুমই। জ্যোতিষ শাস্ত্রগী মতুংইন্না প্রভাবশিং অসিনা ঐখোইগী ইশাদা নত্তনা Physical being (পুক্কিংগী জীব) দসু তাইল্লি হায়রি। Matter (পোৎশক) অমসুং পুক্কিং অনীসি অমনা অমগী মনীংতম্বা নত্তে। Materialist (পোৎশক্তা থাজবা) শিংগী মত্তা জগৎ অসি পোৎশক্না শাগৎলি ; পুক্কিং অসি মতাং পুম্বদা Matter (পোৎ) না লেপই অসিনি। হকচাংদা গ্রহগী প্রভাবনা পুক্কিংগী জীবম অমসুং মওং কয়া তাইনলি হায়বদা লান্দে। অশেংবা Rationalistic (মরমগী ওইহনবা) ওইবা মত্তা পুক্কিং অমসুং matter (পোৎ) অসি অমনা অমবু প্রভাব তাইনলি, জগৎকী ওইবা পুক্কুং অমসুং পোৎশক (matter) অমনা অমত্তা ওইবা পুক্কিং অমসুং পোত্তা থবক উৎলি, গ্রহগী নিয়ম অসি লেংওৎপনা মখোইগী থবক হৌবগী অহানবা nodus (শম্বা বিন্দু ) নি হায়বা য়াই অমসুং পাজিগী বাকম অসি থাজবা য়াই।

পাঞ্জিনা নৈনবদা গ্রহগী প্রভাবনা ঐখোইগী পুন্সি পুম্বা লেপই অমসুং খাইদগী মরুওইবা মচাক্তি মতমনি হায়। মরী নৈনবা বাফম্না মতম্ ঐখোইগী পুান্সগী ইচেন অমসুং মীওইবগী শক্তম পুম্বদা লেপ্রা? অমসুং লেপ্লবদি কয়ামুক অমসুং করম্বা মওংদনো? পোকপগী মতমনা পুন্সিগী ঈচেন অমসুং পুক্নিং হকচাংগী মফম লেপ্রা? মামং অমসুং গ্রহ অতৈগী নোরবা মফম্না অকনবা খুদম ওইব্রা? অনৌগুরকপদা তুঙ্গা লাকপা মতমগী ফীবম পোকপগী মতমগা মরী লৈননা ঐখোইগী পুক্নিং হকচাংগী মফম আস মতম মতমগী ওইনা লেপ্রা? ঐখোয়গী চিংবগী মতৌ অমসুং পুান্স চেপ্লবা পুখোকপদা মখোইনা অশেংবা খুদম ওইব্রা? পাঞ্জনা পুখৎলকপা মরম চাবা য়াহং ছাকনি। পঙনা থাঙবা নক্ষত্রগা অঙাংগী অপাংবা পুবা চুমদে। পোং পুম্বা chain of cause and effect (মরম অমসুং ফলগী পবেং লেংথবা য়োংহিং) ওইনা লৈ খঙলবদি অমসুং মরী শম্নবা অদু খঙবমথৈ বিজ্ঞানা হায়া লাই-ফাউ তৌবা ঙমই। মীগী থৌদোক্তা অমসুং গ্রহ অমগী খোঙ-চত্তা অমনা যাউশনবগী সংক্তিন পুথোকপদা কনানসু য়েৎপা য়ারোই। Astronomy (নোংথক্কা নৈনরোল) হায়বসি অহানবা পদার্থ বিদ্যানি, মরমাদ পোং অতৈদা মখোইগী মফম পীরিবা অহানবা থৌদোকশিং অসি নোংথক্কী বিদ্যানি; Psycho-physical পুক্নিং পোৎশক্কী গী মাইকৈদা রুল অসি অম্নম পানলি অমসুং মসিদা অহানবা থৌদোকশিং অদু astrological (ফলিত জ্যোতিষ) ওই।

বৈজ্ঞানিক ওই হায়বগী প্রমাণ তৌরবা মতুংদা ঐখোইনা পাঞ্জিগী অচুম্বদা শীৌজিন্নবা মতিক চাবা থেংনবগী জানগী case (কিডম) লৈব্রা? হৌজিক্তদি মরী তোঙান্ তোঙানবা মীশিংগী থেংনবা থরদা য়ুক্ষম ওইবনা পেনরে। তৌইবদসুং থেংনরিবা

অসি খোমজিনবা, অখোই অহেন য়েংবা অমসুং কোক্তোক্লবদি পাঞ্জিশী অকবা অমসুং অকনবা খোদোক ওইগনি। Psychical Research কি সোসাইটিদগী হেক্লা কনগনি। শ্রীঅরবিন্দনা ভারতকী পাঞ্জি অমগা খক্তহৌদনা খেংনরুবচু কয়া খোগক্তে। মহাক অচু পাঞ্জি নত্তবা রাখন পাখোকপা হৈবা মীওইনা খেংনখি। ক্তাক্তখোক্তবা পুক্লিংনা খনখিবা রাজংশিং অচু মানা হায়বা ক্তমই। মানা পীখিবা পাউখুম অচু অচুম্বদগী লাপথোকই হায়না ইবন্সি। অতৈ পাঞ্জি তৌবা মীওই অচু চিঙ্গীবা অমসুং মীনময়না ক্তাক্তবা ওই। বিদ্যা অচু কুপখনা তম্বা নত্তে হায়না ইরন্সি। অখক্তবা অমসুং অহৈবা পাঞ্জিশিংদদি ব্যাখ্যা পীবদা চুম্বা পীরম্বা ওইগনি হায়। শ্রীঅরবিন্দ মশামক্তা মাগী মরূপ অমগী মপা অমখক বিদ্যা অসি য়াম্না হৈ, পাঞ্জি শাবা নক্রবসু মশাগী শিগদবগী পুংশিং, থা, মতম, চহি খোংখোংপা হায়খিবা ইরম্মী। মশাগী ফল য়েংবদা পোকপগী চপচাবা মিংকুপ লেপ্পা ক্তমদবনা ফল অচুম্বা অচু হায়বা বাই; অচুম ওইনমক ফল থরদি য়াম্না চুমখি।

অরবিন্দগী Public career (ময়ামগী ওইবা পুন্সি) গা মরী লৈনবা খোদোক অনীথক পাঞ্জি অমনা চুম্না ফাউখি। অহানবা খোদোকনা মহাকী রাজনীতিগী জীবন তাক্লিন্তৈ ময়াম্না খক্তনক্লিন্তৈদা পাঞ্জসিনা মহাকপু মপানগী সরকারগা অকনবা লাম্নেংনবদগী মতম থরা-থুদোংথীবদা তাগনি হায়খি। অতোপ্পা খুদমনা বন্দে মাতরমগী রাখোক্তা অহানবা Prosecution (বিচারশক্তদা পুথংপা) তৌবা কান্দা লাইফাউ পীখি। লাইফাউদা মথং মনাক্ত ওইনা criminal trial (ময়াল লৈবগী বিচার) অক্তমথক মাগী মথক্তা তৌবচু মাইপাকলোই হায়বচু চুমখি। মসিগুম্বা প্রমাণ মক্তিকচাবা ময়াম খোমজিনবা অমসুং অকনবা empirical proof (খেংনবনা উংপা প্রমাণ) তৌরবদি পাঞ্জিশী শাস্ত্রদা অচুম্বা য়াওই হায়বা অরবিন্দনা থাজখি।

মসিনা অহানবা থোঙথাংনি। পাঞ্জিগী শাস্ত্র অসি বিজ্ঞান ওইরবদি অমসুং চপচাবা মকম থম্বা তারবদি অহানবা তৌগ-দবদি ময়ামগী পুং দা অমসুং চিংনগনবা মীওইশিংদা পাঞ্জিগী মায়রোক্তা লৈবা থীজন্দনা লৈবা অয়ানবা কয়া চাইথাইবা চুমই। ঐথোইনা এন: পি, সুব্রামানিয়া অয়ারনা kaleprakasika অদু হন্দোক্লগা অকবা থাহৌদোকা কোম্বনা ফোঙদোকপা তম্বা কৈ। অনীশুবকপদনা বিজ্ঞান অসিগী empirical truth (থেংনবদগী থঙবা অচুম্বা) অদু ময়ামদা সাক্ষী উৎপনি। লাইকাউ অদু কুপথনা উৎপা কৈ। রুল অদুদা থোদোক্লা যুক্তম ওইরিবা মওই, থোদোকী অকুপ্লগা লাইফাওগী তকুপ্লগা চান্নবা অদু থঙহনবা চুমই। মতুদা বিজ্ঞান অমসুং দর্শনগী চিংনবদু থম্নকম ওইরকনি, অতুম ওইনমক থাহং অমসুং সমস্যা কয়া থোক্লকপদু তুংদা লৈনরক্কবা থম্বা পামই হায়বা মক পীর।

পাঞ্জিগী অচুম্বা অদু থাজরে হায়তুনা কর্মগী আইন নক্লগা লাইবক্তা তম্বা হায়বদু য়াবগী বা নত্তে। ভারতকী থিওবাদা মীওইবগী অনীংবা অমসুং তোংনমন্না লেপ্পগী বা লৈ, মরমদি লাইবক্তা তম্বা হায়বসি হায়গী থবক্তা মরু ওইনা লেপই অমসুং অনৌবা অনীংবা অমসুং থবকনা মতু ককপা ঙমই; য়াম্না কনবা কর্ম অতুমক হোঙদোকপা য়াদবা অমসুং তঙাই কদবা ওই। মসি ফাউবা কনাগুম্বনা Spiritual conscious-ness (আধ্যাত্মিকী জ্ঞান গী নীংতম্বদা চংশল্লগা ককপা ঙম্বা য়াই। মাগী মঙা থাজবা অমদি মী অদুনা জগম্বা লৈরি-বমথৈ পুন্সিগা জন্মকুঠীদা তাকলিবদুগা চান্নৈ তৌইগুম্বসুং আধ্যা-ত্মিকী পুন্সিদা চংশিনখিবা মতুংদগীদি correspondence (চান্নবা) গী থাকম অমুক চংল্লে।

ধূমকেতু থোকপসি অরবিন্দ অমসুং মাদরনা করবা plane (লৈমাইদা) থবক থরা তৌবগী তঙ্গীবা থুদমলি হায়।

হৌজিক্কী মীনা পাজিগী বাবু পঙনা থাক্কবনি হায়রবদুদা অরবিন্দনা মীদগী হেনখিবা কিবমনা মীবু লাকশিনবত্থু ফনবা মীগী মগুণ হাপকৎপা মতম্বীনি হায়রিরি। ভারতকী চৎনরোন্দা মীনা কর্ম্মগী ফল অমসুং লাইবক অদু হৈজরগা ফল লৈহন্দবসু ওমই হায়না তম্বী।

## ৭। হকচাং নাদ য়ক্কনা থম্বা অমসুং ফহনবা

শ্রীঅরবিন্দনা খনলিবা মপুং ফাবা ফীদমসিদা জগৎসিগা অমসুং পুন্সিগা মরী থম্নদবা মাল্লা ময়াম্না লৌনৈ। মশামকী বাহৈদা জগত্তা লাইগী মপোক পুরক্কে হায়রবদি জগৎকি অচাবা পুন্সিদগী তোঙানফম থোক্কে হায়রি। মমাংথৈদগী মান্নরা চৎপা থদম অমা পুথোকলি—"মমাংথৈগী ঋষিশিংনা মখোইগী আশ্রমদা মসিগুম্বা নক্কবা থমই; মখোই পুম্বা শেম্বিবা হৈবা, মীবু লম-জিংবা, অমসুং মমাংথৈগী মতমগী ভারত মচাশিং পুন্সি অসি মখোইগী মওং শেমনিঙাই ওইবা প্রভাবনা মরুওইনা চাওখৎ-হনবা অমসুং তাকপা ওইনা তৌই।" মমাংথৈগী সংস্থানদা লেনবা পুন্সিগী ফীদম অমসুং মওংগা হৌজিক চৎনরিবশিংগা খেন্নবা কয়া কংই হায়বা য়াই। হকচাং চাওখৎহনবা অমসুং নৈনবনা জাতিগী পুক্নিং অমসুং নীতি চাওখৎহনবা অমসুং নৈনবনা জাতিগী পুক্নিং অমসুং নীতি চাউখৎহনবদা হাকথেং-নবা মরী লী হায়বসি মহাক্না আশ্রমগী মীওইশিংদা তম্বীরম্মি। Bulletin of Physical Ebucation, Vol. I, No. I অমসুং No. II দা-মাগী পাউজেলশিং অদু ফজনা উৎলি।

ভারতসু World Olympic Organisation গা লয়না olympic games শিনলাংই। কেন্দ্র অমসুং লম লমগী

সরকারশিংনা হকচাং কহনবা অমসুং শাসখোৎনবা ফগৎনবা হোৎশন থোৎচন তৌই। ভারতকীদি মশা মউ হন্নরকপা, হোকিদা মিং থম্মা ভমদবা ওইরক্ই। অদিকপা Hungary অমসুং Czechoslovakia দগী ভারতদা হন্নবা ফংই। লাইরবা অমসুং চেকশিনবা রাৎপদগী শাসরোই অমসুং হকচাং নৈনবা মীওই কয়া মতিক চানা থাকপা ভমনদে। মসি চুমথোককম থোকই।

পণ্ডিচেরীগী আশ্রমদা হকচাং চাওখৎনবা তৌবসি মহৈ তম্বগী শরুক অমা ওইবদা নত্তনা আধ্যাত্মিকী নীতি ওইরি। মপুং ফাবদা হকচাংগী জ্বালা করি থোদাং লৌবা হায়বদু পনবা চংই।

মীওইবনা হকচাংগী মরমদা থনবা ভাব অসি তোঙান তোঙানবা থেংনৈ। করিগুম্বদা হকচাং অসি থরায়গী অথিংবা পীবা পোৎশক, মতম অমদনা খুদোংচাবা পীবা পোৎশক ওই-হনলি। অরিবা মতমগী ধর্ম্ম অমসুং আধ্যাত্মিক শাস্ত্রদা হকচাং অসি পাপনি, মহু হুন্দোকপা অমসুং জয় তৌগদবনি হায়বা মতম্বী অহু মীপুম খুদিংদা তম্বী। আধ্যাত্মিকী মপুং ফানবা লম্বী ওহদনা নমথনবা তম্বীবাস জৈন, খৃষ্টান, গ্রীক দর্শন অমসুং ভারতকী দর্শনদা ফংই। ফত্তবা Matter (পোৎশক) না শাই অমসুং থরাইবু চিংথহনা থবক ভমদবা, অরাম খোরাংবা, অনাবা অমসুং অশিবা থোকহনলি, হায়না থঙনৈ।

ফত্তবা থোকহনবা পুম্বা পুক্নিংনা থোকহনবনি, হকচাংনা নত্তে হায়বা ওয়বা মতম্ পুথোকনৈ। Browning নচিংবা কবি থরনা মখোইগী শৈরেংদা হকচাংনা থরায়দা পীবা মতেংনা থরাইনা হকচাংদা পীবদগী হেনলি হায়না ইরম্মী। যোগ দর্শন অমসুং মরুওইনা শাক্ত তন্ত্রদা হকচাংগী তোঙান তোঙানবা শরুক-শিং অহু পুক্নিং থিংজনবা অমসুং কুপ্পা শান্তিমরবা ওইথোকপা

শক্তি ঋংগনি হায়রি। কুপথর্না হকচাংগী শরুক নৈনবা অমসুং হকচাংবু অশিকপা জগৎ ওইনা নীংবসি যোগ অমসুং তন্ত্র শাস্ত্রদনা ইত্তেন হেনলি।

হকচাং ফজন্নবা অমসুং নাদ য়েক্তনবা শন্দোক্লম্বা

শ্রীঅরবিন্দ অনৌবা যুগতা যোগ অমসুং তন্ত্রবু পৃথিবীদা খঙহনখিবা মীশক অমনি। মাগী বাখল্দা spirit (থবায়)গা পোৎশকা মতেং পাংনবগা মাই পাকই, হকচাংগা পুক্নিংগা কক্লদে অমসুং হকচাং অসি শেংদোকপা য়াই হায়বসিনি। মনোবিজ্ঞানগী অমসুং আধ্যাত্মিকী থৌদোক অদু হকচাংগী নিকপা অমসুং হায়বদা ফোঙদোকই। অবা, অনা, অপাম্বা অমসুং খোয়াংবদা হকচাংনা য়াউবগুম্বা ফীদম অমসুং অরু অহেননবগী বাখল পোকহনবদসু য়াউই। অকোনবসি য়াউবদা হকচাংগী খোদাং মপুং ফাত্রবসু হকচাংগী ওইবা য়াবা থবক অদু mechanical function (যন্ত্রগী ওইবা থবক) ঙাক্তদা থমদে। অহিংবা পোৎশকী হায়বা ঙমজবা শক্তি অমসুং হৌকম কয়া হকচাংদা য়াউরি।

হকচাং মপুং ফাহনবসি হকচাং নৈনরোলগী পান্দমনি। শাস্ত্রদা শরিরম আদ্যাম খলু ধর্ম্ম সাধনম (ধর্ম্ম পাংথোক্লবগী অহানবা খুৎলাইদি হকচাংনি) অমসুং হকচাং ফবা লম্নি হায়না লাউরি। জগত্তা লৈবা থবাইগী পুক্নিংদা অমসুং material (পোৎশকী) জগত্তা হকচাং হুন্দোকপা চুমদে। হকচাং অসি হোঙদোকপদা থাইদগী অথোইবা শক্তি লাকনি হায়বসি মাগী মতনি। থবাই অদু পোৎশকা কুমথরক্লগা হেন্না divine (লাইগী ওইবা) ওইহনবনি।

মপুং ফাবসি মাগী বাখল অনী ওই: অপাম্বা মওংদা হকচাংগী vital (হিংবগী মতৌ) অমসুং পুক্নিংগী পান্থৈনা কংবা; অতোপ্পনা থবাই অদু হকচাংদা কুমথহনা হোনহনবদগী [illegible] আধ্যাত্মিকী

মপূংফাবা অহানবগী অচম্বা মওংসি মমাংদৈভদগী মী পুম্বনা হোংনরকই। মদু শাম্নবা, পুক্নিংনা হকচাংদা লাকশিনবা অমসুং অভ্যাশ কম্না তৌরগা হকচাংগী ওইবকপা য়াবা কয়া পুথোক্লে। নীংবদনা থম্মোই দৈবা থিংবা ঙমই, থাজবা অমসুং suggestion (পাওতাক পীবা) না মহৌক মনাক চেনবা ফহনলি। ফুইনা থাংবা কনবা, চোকথদব খোনা ফবা অমসুং মতম কুইনা নাদবা, মখন কয়াগী মাইপাকপা অমসুং ওইথোক্কবা কয়া পুন্সিদা পাংথোকপা হায়বসি মপূংফানা পাংথোকপগী শরূক অমনি। খুদোং চাদবা লান শোক্কবা, ঙম কোইবা অমসুং থোনাগী থবক পুথোকপদা হকচাংনা লেংদবা অমসুং মাই ওন্দবা পাউথুম পীবা থেংনৈ। হন্থবা মানলবা হকচাংনা অহেনবা থাক উংলকই।

হকচাংফবা অমসুং পাঙ্গল কনবসি হকচাং ফহনবগী অহানবা ফীবমনি। তোংসা কনবা, কায়াথশিং মপাঙ্গল লৈবা অমসুং থাংবা কনবগী গুণদা নত্তনা ফজবা, মিৎশিং নাশিংবা অমসুং হকচাং অমসুং শিংলিশিং অসি চান্নবা শেমদোকপা য়াই। অসিদা নত্তনা হেন্না শিংবা, থাংবা অমসুং থবক পুম্বদা হৈশিংবা ঙমই। মতিক চাবসি মী খরদনা ঙম্মি। হকচাংগী মহৈমশিং অমসুং নীতি নিয়ম চৎপনা ময়াম পুম্বা ওনহনবা ঙমগনি। শাম্নবা অসি পামহনবা অমসুং হকচাং শাজেনগী খুদোংচাবা শন্দোক্লগা তঙ্খাই ওইনা ঙমগনি। ময়ামগী থবক্তা কাংবু তম্বীবা, পুম্না চংমিন্নবনা নীতি পুরক্কনি। মীগী হৈশিংবা চাউথৎপা, পুক্নিং অদু হৈশিংবা, থুনা খঙবা অমসুং শক্তি লৈবা থবকশিং চঙবা থবক য়াম্না লৈ। মথোই পুম্বা ঐথোইগী হকচাংগী মহৌশাগী ওইবা শক্তিশিং অমসুং মদুনা ঙম্বদা য়াউকম থোকই।

হকচাংগী মপুংফাবা অদু ফংগে হায়রবদি লোত্তুনা অমসুং

অরোনবা মহৈ পুম্বদা যোগীশিংনা ভানবদা ( Divine ) গী লম্বী চংবা অমসুং ঈশ্বরনা মুঙাইনবা শান্নবা লীলা অদু থঙবদা মখোয়দা পীরকপা মচাক অমসুং পামবৈ অদু থিজিনবনি। যোগীশিংনা থনবদা কলা হায়রবসি হুম্বা পুক্নিং অমসুং হিংবগী মতিক কোঙদোকপা মতেং তৌরগুম্বসুং মফম পুমবদা ঈশ্বর উবা মসিগী থবক্তী অর্থগা য়াউনা থুরুম্বা মী লাই অমসুং পোৎ-পুম্বদা লাই অমথক কোঙদোকপা অসিনি। ধর্মগী থৌরাংবগা কলাগী খ্বাইদগী হেনবা অমসুং চুমম্বগা নকশিনবা (Theory) অদু চুমই তৌইগুম্বসুং য়ানশিনবা অমসুং চিংনবা ধর্মগী পুকচেল অদুগী মহুৎতা Spiritual গী মীৎয়েং অমসুং থবাই য়াওনা চিংবনা মহুৎ শিনফম থোকই।

য়েংবদু অদুক্তী মতিক পাব্রগা মী অমসুং পোৎ পুম্বদা য়াউবা ঈশ্বর শাক্ত হেন্না চংশিন্দুনা অশোহবা মীৎয়েং অদু লুসনবা, ঙানথোকপা অমসুং আধ্যাত্মিক পুন্সি ওই। অহেনবা পুক-চেল্দগী লাকপা কলা অদু য়াম্না শক্তি লৈ।

Classical art কৌবা কলাগী থুৎশেম অসি মরম, technique (হৈশিংবগী মওং) শেংবা অমসুং মপুং ফাবনা য়ুম্ফম ওই। অরবিন্দগী মত্তা অকনবা থেম্বনা থম্বা মরমদগী মাসম্ব চিংনি। classical art অমসুং কলাদনা universal (খ্বাইগী ওইবা) ওইবদু পুথোক্কনা মতুগী ফজ্জবগী অচুম্বদা individual (মী অমতগী ওইবা) ওইবদু হুম্বল্লি। Romantic ওইবা কলা অমসুং কবিতাদনা হেন্না পানবা মশাতগী ওইবনা হেনলি। মাগী মত্তা অশেংবা কলাদি Romantic সু classi-cal সু ওইগনি। অসিদসু নত্তনা Realism গী মচাকসু বাং-লোই। Realism (পোৎকী ওইবদা পাম্বা) হায়বগী বাহ-ন্দোক্ত পোৎপুম্বগী মপানগী অচুম্বা পুথোকপা হায়বনি,— অশেংবা অদু মশক থিহন্দুনা, অথিবা, মমল হোংবা নত্রগা

অনাবনা হেনগৎনা পুক্নিংগী মপুম অচম্বা অদু মাংহনবা মখো। কলা অসি করিনা কবিনো হায়বদু মচাক হেনবদুগী মতুংইন্না হায়বদি অপানবা spirit (থবায়) অদুনা অতৈবু চুম্নহনবদু য়েংনৈ। ক্লৌইশুমসুং classical art অসি বুদ্ধিগী নিয়ম ইনদে; অপাকপা মীৎয়েং অমসুং খাখল্লগী লাকই। চম্বা মওংগী classical art অমসুং সাহিত্য অসি মীগী বুদ্ধিনা মতৌ তম্বা মপানথংবা কুম্মোমদমক উৎলি। হম্বা শক্তি কৎলবদু থম্নিঙাই ওই। পোলোইদদি formal (মওংগী), মতৌগীদা ওইরক্নবা শক্তি অমসুং পুক্নি য়াউদবা, হাংনা কজবা মওংগী মীনাই ওইরকই। ভাবনা শীজিনলক্নবা technique থবা চৎলগা পুমম্বা য়াররোই। নীংই। অশেংবা কলা ওইরক্নদুনা অঙাংবা অমসুং খুৎলাইনা চৎহনবা থবক মপু ভারকই।

কলাগী সমালোচনাদা অরবিন্দ অমসুং রবীন্দ্রনাথ অনীমক মান্নৈ। কবি ওইনা ফজবগী পাউপুম অদু টীকা পী। Anand Coomarswamy গুম্বা tradition ইনদে। অদুম ওইনমক ভারতকী কলা অমসুং সাহিত্যনা নোংচুপলোমগীদগী হেন্না আধ্যাত্মিক চাউথৎহনবা ওই হায়খি।

## ৯। শৈরেং অমসুং সিম্বোলগী নৈনবা

শৈরেং নত্রগা কবিতাদগী ঐখোইনা কংবা পাম্বা অহেনবা শক্তি করিনো? কবিতাগী মওং, অচংবা আইন অমসুং মতুদগী অশেংবগী মন্ত্র শীজিন্নবা করম্না খোকলকপা হংনিংঙাইনি। কবি কল্পনাগী থর হোনবা অদু ভাব্রবা অরেম্বদা হোৎনবা সরস্বতী খোপা মত্রগী লং মমাম অদু থুগাইহনা নৈনবদা অবাবা ওইপনি; হোৎনবা পুম্বা অবাবা ভাগনি। ঐখোইনা খিবদা মঙাল পীনম্না লম্নিং জ্ঞান চৎই, Definition (মশক খঙহনবা) নত্তবা

তুম্মহন্না লৈবা শক্তিশিং অদু হৌগত্তুনা থবক ফজনা তৌরম্ল খোকই। হকচাংদা পুক্নিংগী অশিংবা য়াউদনা মথন্তুনা তৌবা mechanical ওইবা থবক থবা লৈ। চাখিবা তুম্বা ঈ চেনবা, মীংথাম অমুক হন্না adjust (চাশিন্নবা) তৌবা, অমসুং অতোপ্পা থবক থবা পনবা য়াই। হকচাং তম্বিবা য়াবা লৈংথৎপা থবা লৈ অমসুং লৈংথৎপশিং অদু automatic (মথন্তুনা তৌবা) ওই। তম্বীহনা মথন্তা তৌগল্লকপদু করিগুম্বদা মীংকি মপুংফানা হৈশিংবা অমসুং থবক তৌবনি। নাকোং নত্রগা হকচাংগী কায়াৎ অৃংস্থ অস্থম তৌই।

হকচাংগী খ্বাইদগী হেন্না মপুংফাবদু কংগে হায়রবদি ঐখোইনা খরাইরোমদা চংশিনকম খোকই। মনুংগী নত্রগা অবাংবা জ্ঞানগী হকচাং অমসুং মাগী শক্তিশিংদা অহেনবা প্রভাব তাহনগনি।

হকচাংনা মীতগী, জাতিগী অমসুং জাতি ময়ামগী পুন্সিদা ফংফম খোকপা মরুওইবদু পীগনি। মহৈ মশিং তম্নগী অমসুং ময়াম পুম্না হিংবগী নমুনাদা অচৌবা মফম পীবা চুমই। ঈশ্বরনা লৈবদা মতিক চানবা অমসুং মীথয়েং অচৌবা ফংনবা হকচাং অসি থবাকগী জ্ঞানদা চংশিনদ্রি। পুন্সিদা লাইগী শক্তি কোঙ-দোকপদু যুগ যুগ খুদিংদা ভারতকী কলচরগী অচৌবা পোৎ-লুমনি। হকচাংনা থবাকদা মচাল অদু ফাবা ওয়বা হোৎনফম খোকই। অরবিন্দ আশ্রমগী Mother (ইমা) না (youth) (নহা) হায়বসিগী অর্থ পীখি। মাগী মতা নহা হায়বসি চহি য়ামা হিংজ্রিবা মীওই নত্তে, তৌইগুম্বসুং চাওথৎপা অমসুং হেনগৎপা ওম্বা শক্তিনি। চাউখৎপা হায়বসি মীগী তৌবা ওম্বা, মনুংদা য়াউবা শক্তিনা চাউখৎপবুনি—হায়না লৈজরম্বা শক্তি অদু পন্থনা মপুং ফারনি। চহি য়ামা হিংদুনা লৈববু অহন কৌদে, তৌই-গুম্বসুং চাউখৎপা অমসুং হেনগৎপা ওমদববুনি। মতৌ অসিগুম্বা

চহি কুনশুবা অহন অমসুং চহি ৭০ (হুক্ষুতরা) শুবা নহা ফংই। চাউখৎপগী লম্বীদা চৎপা ওমদবা মতমদা মী অমু নিংহন্নে অমসুং নহা ওই।

হকচাংদসু মসিগী চাউখৎনবগী ওমথৈ লোইবা নাইদে। তৌবদদি অচুম্বা মওং অমসুং অচাবা মকম পুথোকপা ওম্বা তাই। মীওইবগী ওইরকপা য়াবাস ঐখোইনা পাম্বদগী হেন-দোকই হায়বসি উৎপা চাংয়েং অমু আশ্রমনা হোৎনরি।

## ৮। শ্রীঅরবিন্দগী য়াথনদা আর্ট (কলা বিদ্যা)

খঙননবগী থবক পূমবা অচুমবা ফংনবা হোৎনৈ; মপুং ফানা কৎথোকপা অমগী অচুম্বা মচাকনি। লায়গী ওইবা পুন্সিদগী (Divine life) ওগী অপাকপা মশক্তগী করীমতা খায়দোকপা চুমদে। আইন পুথোক্লিবা পুক্লিং অমসুং পোৎশক্কী বিজ্ঞানশিং লোল সমাজ রাজনিতীগী বিষয়শিং অমসুং কলাপুম্বা শৈরেং লাই মুর্তি নত্রগা য়ুমশাবা অসি পুম্বা জ্ঞান পুথোকপা অচুম্বগী মশক অমসুং ফোঙদোক্লবা অচুম্বা ঈশ্বরগী মান্নবা থরদং ফোঙ-দোকপনি মখোয়না। ফোঙদোকলিবা অদুকী মতিক ঈশ্বর ফংনবগী পাম্বৈ ওয়হনবা য়াই। যোগীশিংনা মখোইবু খওয়দবা মখোইগী পুক্লিংগী মচেৎ অমা ওয়না লোদে ভাম্বোকনা জ্ঞান খঙনবগী মচেৎ Spiritual consciousness (আধ্যাত্মিক জ্ঞান)গী খোংচৎ ওইথোকই হাইবা য়াই।

ঐখোইনা তৌরিবা থবক পুম্বা অমতা ভাইবা ঈশ্বর ফংনবা তানবা যজ্ঞ অমনি। যোগীগী পম্বুংদা জ্ঞানগী মখোদি মী অমসুং লেংলি পানলিবা পুম্বদা থবক তৌরিবী জ্ঞানগী লাই-রেম্বী অমু পুথোকপনি। পোৎশক্কী শাস্ত্র পুক্লিংগী নত্রগা

চুম্না মশক তাকপা ওইনা উৎপদা কবিতাগী অচংবা মগুণশিং পুম্বা তাকপদা ওইখোক্কবা নত্রগা কান্নদবা ৮ইরোই।

য়াম্না তোইনা লানগনবা মখল অনীথক উই, অমনা অচম্বা পুক্নিংনা পুথগনবা, অমদনা তাকমল্লবা ক্রিতিক নত্রগা জ্ঞান হেনমল্লবা খুৎশা-হৈবা অমসুং কলাকার অসিনি। অচম্বা পুক্নিংদদি চংসিন্দনা কবিতাগী অফ ফত্ত লেপ্পসি কল্পনাগী অপেনবা নত্তনা কবিসু নত্তে, বুদ্ধি অমসুং নাকোং অসি হেনগৎপা শাম্নবুং ওই। মসিনা পুমলোই লোইববদি ঐখোইনা মনুংগী আইন অমসুং spirit মথরাই) অতু শিক্নবা কান্নদে। বারন ফজবা য়াউবা করিশুম্বা নুঙাইবা অমতনা ঐখোইদা থবক উহনলি। কবিতা অমসুং কলা পুম্বদগী ঐখোইনা পাম্বা ফজবা মপান ইন্দ্রিয়গী ওইবা নত্রগা মনুংগী কল্পনানা মচাক খরদমক পী।

লৌশিং, ভাব নত্রগা নাকোং অসিনা কবিগী নুঙাইবা চপচানা ফংবা ঙমদে, ১খোইনা খুৎলাইনি, অশেংবা শেমলিবসি থরাযনি। মখোইনা মচোই মচোই ওইনা পেলহনবগী মহুত্তা পুনশিন্না অমসুংময়েক শেংনা থাদোকপগী মথৌ তৌবদা বাহৈনা থরায়দা লুপশিনবা অমসুং অফবা কবিতা ফংই। থরাইগী নুঙাইবতু য়োৗন্দ্রিবমখৈ কবিতাগী অচৌবা থবক তৌই হায়বা য়াদে। কবিগী নুঙাইবদি Divine Ananda (লাইগী নুঙাইবা) নি। মাগী থবক্তা খুদোংথিবা লৈবতু জয় তৌবদা ফাউবগী নুঙাইবতু মতিকচাবা মীওইদা য়েঙ্খোকই। মসিগী নুঙাইবসি ঈশ্বর মানবা পোত্থাবগী শাম্নবা নত্তে; শেমগৎপা অমসুং ঙাম্খোক্নবগী শক্তি অচৌবা অমনি।

বুদ্ধি তানা লৈবা কলাকারশিং নত্রগা সমালোচক থরনা কবিতা হায়বসি পুমচুম চুম্বা নত্রগা য়াম্না হেনবা তেকনিকী মওংনি হায়। অওইবমক অফবা তেকনিক (হৈশিংবগী মওং) অতু মাইপাক্নবগী অহানবা খোঙথাংনি; তৌইগুম্বসুং অচৈ

খোঙথাংসু য়াম্না লৈ। খোঙথাং অদু চুম্ন পাংখোকপ্রবসু মমন য়াম্বা থরাই অমা অচৌবা কবিতা অমা শেম্বদা করিস্সু থীংদে। অতৈ কলাদগী কবিতাদনা তেকনিক্কী মফম ইপিক পিকই— (১) কবিতাগী খূৎলাই ওইরিবা rhythmic (তান, তাম্বাগী) রাহৈ অদু ফজবা অমসুং immaterial (পোৎকী নত্তবা) ওইবা মচাক ওাক্তনি। অতৈ কলাদগী হেন্ন লুবা, চিংথোকচিংশিন য়াবা ওইবনা মাইকৈ কযাদা শব্দোকুবগী শক্তি লৈদ্রে রাহৈগী ফজরবা sensible (জ্ঞান লৈবা) ওইবা মচাক লৈ, খোঙ্গেলগী মমলনা য়াম্না মচাক য়াউদবা ওই, অর্থ নত্রগা রাথনগী মমল অমসুং অনীসিগী খোঙ্গেল অমসুং ভাব অদুনা spiritual (আধ্যাত্মিক) শক্তি পী, মথোই অাস য়াম্ন মরু ওই। তেক্নিক্তা মতেক থরা চংদুনা কবিতা পোক্লবসু থিন্দনা, পায়খৎপা হৌবদগী মেকানিকেলগী আইন কযাগী মথক্তা চেনখৎপা কবি শক্তিনি।

কবিতানা মশাগী মওং লেপই। আর্টকী তেকনিক্তা কবিনা মমিৎ মিৎফম থিংজিনবা তাই। মদু মানা খঙলবসু শেমগৎপগী মৈশাদা লৈথিবনা বুদ্ধিগী থবক অদু হস্তরকই অমসুং মশাগী অফবা মিৎবুপ্তা মথোই পূম্বা কাউরকই। খোঙ্গেলগী থোঙচৎ অমসুং style (ইবগী মওং) অদু থরাইদগী মথন্তনা চেম্বা ওই, অহেংবা, ঈথক হীবা ওইবকই থ্বাইদগী হেনবা রাঙাঙ অদুনা কাবগী লোম্লে কপা, কবিতাগী শিদবা মচাক ওই, অমসুং মতুগী শরুক থরনা মাগী থবক অদু কাউহন্দে।

কবিতানা মমাংলৈগী মতমদা Life soul (থরাই মথন অমা) উৎলম্মী, রাহৈনা ফোঙদোকপা রাথনশিংদা নত্তনা মিৎয়েং রাথন অরাংবা ফোংদোকই। মশাদা য়াউবা অপাকপা থরাই অদু ঐখোয়গী পুন্সি বুদ্ধিদা শেংহনবা অমসুং রাহৈগী মতেংনা ঐখোইবু spirit (অশেংবা থরাই) কী থোংজিন্দা হাংদোকই।

রাহেংগী style (ইবগী মওং) না চুপ্পা শীজন্নবদগী হেন্না

শক্তি কনলি, তৌইশুঙ্গসুং শৈরেংদগীদি হৈঙ্গ। শৈরেংনা বাহৈগী জ্ঞান পীবা মমলদা কন্না উংলি। অচম্বা ৱাহৈনা শীজিন্নদবা rhythm (খাম্বোক্তা চাংনাইনা হাইগংপা নত্রগা কুমথবা) অদু শীচহৈ। Movement (পূক্লিং লেংহনবা) কী মহীলাংবা স্বর চান্নবা অদু য়েংই। কবিতাগী ঙহাক লেপ্পদা মিংকুপ অমগী বাখল অদু লেপ্লুনা অৱাংবা জ্ঞানদা চংশিনলি। বুদ্ধি অসি শেংদোক্লবা অমসুং পেলহন্নবা ৱাহৈ লোন্নবা, য়ান্নহনবা অমসুং ফেঙদোক্লবা তৌই ৱাঙাঙ অদু থৱা হেন্না মতিকচাবনা অহানবা object (পাংশক) নি। জ্ঞানগী শক্তিনা মীগী থম্মোইদা ঋৈনবা অমসুং কনশিন্নবা rhetorical (শুন্নবা ঙাংবা) ওইবা পাম্বৈ শীজৈ। পাখৈ শৈরিবশিংদগী লাম্বোক্লবা অমসুং অনেম অৱাংগী শুংই অদু মাগী শক্তক লাম্বোক্লুনা কবিতাগী মনাক চংশিন্নৈ। মাগী ৱাহৈদা Poetical prose (মশুগ ৱাংপা : শৈরেং) নত্রগা কবিতানা ৱারেংগী অমানবা মওং শীজন্নবা কীজেং নত্রগা কোমলপ তৌবা ফিজেং কৌই।

শৈরেংগী ইগদবা মওং অমসুং অনেম অৱাংগী থোম্বোক অদু ফোঙদোক্লিংবনা খোন্নাংনবা থৱাইগী মীংয়েংনা থোকহনবা Spiritual (আধ্যাত্মিক্কী মওং) ময়াই কাবদগী লাকই। মিংয়েং অদু লাই, মহৌশা লাইরেম্বী, ফজবা পুন্সিসিমগী নত্রগা মসিগী ৱাংমদা লৈবা অমগী ওইবা য়াই। থৱাইনা উবা ঙাকনি; মিং, উনশা, থম্মোয় অমসুং পূৱিংনা থৱাইগী থৌদবা থুংলাই ওইবনি। অসিদা ঐথোইনা অশেংবা অমসুং অৱাংবা শৈরেং কৌই। থৱাইদা লুপশিন্দ্রবা, বুদ্ধিগী শক্তা হেনলবদি ফোঙদোকপা অদু য়োদে, হন্থবা মওংগী শৈরেংদা লাকই শিদবা ওইবা হীরম য়োদে। ৱারেংদা তাথরকই; ৱারেং অদু মমাইদা শৈরেংনা উপসনবা ওইরকই। ৱারেংদগী থৱা ফোঙদোকপদা হৈনজরবদু শৈরেংগী অশেংবা মশক্তি ওইবা ঙমদে।

শৈরেংগী লোন্দা অসি কূপথনা থীজনবা ফোঙদোকই। মীগী পুক্নিংনা থোনাগী খবক উৎপা চংলকই। কাবিগী লোন চংলবা লাইন্স, অঙ্ক অমসুং লোঙজক্তা চংনদবা Symbolic (খুদমগী) ওইনা তৌই; মথোইসিসু কাবতাগা কন্না পুনশিন্নৈ কবিতাদা রাহৈ হৈশিংনা খুদমগা 'বসয়শিং অসিদা খুদম্না তৌবগা খেন্নদে। বেদগী ঋষিশিংনা Symbolic ওইনা ইরম্বদু অরবিন্দনা য়াম্না পামাখ।

রাহৈনা ফোঙদোকপা ভন্না পোৎলম পুম্বদা খৎলাই ওইবা (মপানগী ওইবা) অমসুং অশেংবা Spiritual - আধ্যাত্মিক) ওইবা অনী থোকই। রাখন অমসুং পুক্নিংগী ইথক হৌবা (emotion) অশেংবা মশক্তা নকশিন্নবা থবাইগী রাখন ইয়াউ য়াওই। মসিগুম্না কবিগী ভাবনা য়েংব পোত্তা, মাগী রাভাভদা মহৌশাগী অচুম্বা নত্রগা পুন্সিগী অচুম্বা হাপ্পবা হোৎনৈ। অহেনবা অচুম্বা, মুডাহবা অমসুং ফজবহু কবিনা পাঁ ফজবনা ওইবা অচুম্বা অদু মতমপুম্বদা হুরাউনহোহ ওই, মরমদি হেন্না শেংবা অরুবা অহু পুখোকপদা খরাইগী মুডাইবা পুখোকই। কিগনবা খ্বাইনা শাজন্নবা রারেংগা রাংখৎলবা অমসুং কিগন্দবা খৎইনা মসিবু আহংবা ওহহনাল অমসুং কাবতাগী অহাংবা তাল ধ্বনিনা মশা অপাইবদা পুখৎখিজনা style দগী সু হেন্দোকখি। জগৎসিদগী হেন্দোকপা Soul vision (থবাইগী মৎয়েং) দগী লাকই; মওং অমসুং মমিংগী যাদুগী ইথক্তা ইশা পুখোকপগী ছন্দ খোঙচৎনি।

অরবিন্দনা ইবা শৈরেংশিংদা বেদগী ঋষিশিংগুম্না মন্ত্রগী গুণ ফংই। অথুপ্পা থেংনবা মীগী অরোইবা মরাইবক অদু কবিগী মিথয়েংদনা উৎলি। Particular (অখন্নবা) দগী universal (মরাবগী ওইবা)' চৎপা অদু মানা ইবা Savitri দা "The

Dawn দা থেংনৈ। মাবেংগা ঁশরেংগা নক্কবা অমসুং মাথেং অফবনা ঁশরেংবু মীংশিনহনবা মাগী মতনি।

দর্শনগী ওইবা কবিতাদগী অকন অথৌ শিংথাবা য়াবা ঁশরেংসু পন্ডিচেরী আশ্রমদগী Nationalism কনলিঙৈগী মতমদা চংশিন্দুনা পাবদা থঙৈন। মাগী থৌনা ফবগী ঁশরেং অদু 'Baji Prabhou' দা ফজনা উংনি। মহাভারতগী লৌথোকপা 'Vidula' কৌবা মমাংঙৈগী epic তা ফংই। বিদুলনা মচানুপা সঞ্জয়দা থবাই তিংনবা শান্নগদগী শক্তকপুদ লান্দা শিবনা হেন্না ফৈ হায়থিবদু ইংরাজীদা ইথি।

মাগী ঁশরেংদা হান্না দর্শনগী মওং উবা Immortality theme (শিবা নাইদবগী হীরম) অদু ফংই। Savitri, The Life Divine অমসুং "The Human Cycle" দা উংলি। বেদ অমসুং গীতা ইথোকপদসু ফীরেপ অসি ইকাই কাইদে।

মিংয়েং মাংলবা Coleridge অমসুং Keats কী intuitive utterance (অথুবা ওইনা লোনবা) অদু Philosophy গী মিংয়েংদা কন্না নৈনবা চন্দক মরক্তা কন্না তৌনরে। অরবিন্দগী Letters হায়বসিদা কল্পনা হায়গৎতুনা চংশংপা ফংই। মুণি ওইনা মানা কোঙদোকপদু মথক্তী কবি অনীসিগুম্বা প্রমাণ তৌনৈ। মঙোন্দা কবিগী শক্তক হেনমনবনা থংই অমসুং কোঙদোকপগী অচৌবা শক্তক ফংলি।

Sign (খুদম—সংকেত), Symbol (পরিস্থিতিক) কী নৈনবা উবদা খনবগা অনী থেঁরে। খনবন: মশক নৈতবদু থঙই। পীরিবদুদা অমসুং নৈরিবদুদা থঙবদু অখনবা জীব নত্তে। হন্নবা শাশিং অসি হৌজিক নৈরিবদুদা থঙই, মাংগী নীংশংবা ঙমদে অমসুং তুংগী অন্দাজ তৌবা ঙমদে হায়বা চুমদে। হৌদোং অমা মতম অয়াম্বদা অথোংবা হুইনা তাম্নবা [illegible] নাম্মোকপা ঙমদে। হৌদোংনা হুই থোংবা তাবদা [illegible] [illegible] [illegible]

কোংলি। মচৎ অসি লৌশিং অমসুং রাখন লৈবগী মচাকনি। অওইবমক হৌদোংনা হায়া খল্লগা মতুংদা শবক তৌই হায়বা য়াদে। খবক্তা মাগী রাখন অদু তৌই। মসিনা খনবদা হুই খোংবদু লাকপগী উনবা মচাকনি। অহানবগীনা Sign (খুদম) অমসুং অমসুং অকোনবগীনা Significance ( খুদমা খল্লহনবনি ) নি। হৌদোংনা খনবদু Sign-thinking (খুদমনা খল্লবা) কৌই।

মীওইবা পুম্না খুদমনা খল্লবা ঙমই। তোপ তোপ্পা খল্লবা হায়বদি উবা ইঙ্গিত য়াউদনা খনবা ঙমই। Sign ( তাক্লবা খুদম ) দগী খেন্নবা Symbol (রাখনগীদা ওইবা তাক্লবা খুদম) কৌবা অমদা মীনা শীজন্নবগী মতেংনা মথন্তনা মনীং তম্না খনবনি।

Sign গা symbol গা করি খেন্নৈ। পোৎশক্তী খুদম (sign) হায়বসি কনামতনা জ্ঞান তানা শেমদে; মহৌশাদা অদুম থোকচৈ। তৌইগুম্বসুং রাখনগী খুদম ( symbol ) দি মীনা জ্ঞান তানা শেমহ। মীনা ইরাই লাইনা থোকহনবদু সিম্বোলনি। মীনা ইরাই লাইনা খোঞ্জেল অমা, মার্ক অমা, পুক্রিং হকচাং কোঙদোকপা থবক অমা, মখোই অপুম্বা রাখলগী খুদম ঙাকনি। মখোই মথন্তনা সিম্বোল ওইদে। খোঞ্জেল অদু সিম্বোলগী ওইনবা মশা নঙবা অতোপ্পা পোৎ অমগা মরী থম্নবা তাই। হৌদোং হায়বা খোঞ্জেল অসি হৌদোং শা চান্নবদুগা তরং তরংনা দিকাইন (তাকপা) হৌদোংগী সিম্বোল ওই। হৌদোং শা অদু মীনা থোকহনবা নত্তবনা সিম্বোল ওইদে। য়ুম অসিসু খুদক্তা মীনা থোকহনবা ঙমদবনা সিম্বোল নত্তে। অদুনা Symbol relation (খুদমগী মরী ) অসি ওম্বোকপা য়াদে তৌইগুম্বসুং sign relation ( সংকেত ) দি য়াই। হৌদোং হায়বা খোঞ্জেল অসি হৌদোংগী সিম্বোলনি, তৌইগুম্বসুং হৌদোংশা অদু খোঞ্জেল হৌদোংগী সিম্বোল নত্তে। খোংবা

হায়রসি তুইগী সাইননি অমসুং তুই অদুসু খোংবগী সাইননি। ওন্নতৈনহনবা য়াই।

সাইনসু সিম্বোলসু মখোইনা খংহল্লিবা পোৎশকশিংগা ঐখোইনা থেংনবা মরী লৈনবা তাই। তোইগুম্বসুং সিম্বোলগীদা মরী অদু য়াম্না খুনা লিংখত্তুনা empirical origin (থেংনবা জান্নগী তৌনা) অদু কান্নদে অমসুং মদু রুল ওইথি। সিম্বোল খুদমকা মসুংদা বাহৈশংনা খ্বাইদগী মরু ওই। খুদক্তা, থোকহনব য়াই অমসুং মথন কয়া পুনসন্নবা য়াই। অদুনা লোন্দা বাহৈগী কান্নবা য়াম্না ফংই। বাহৈ শীজিন্নবগী মপান্না মীনা শাদগী থেন্নবা ফংই।

কবিতাদা সিম্বোল

সাহিত্যদা সিম্বোল শীজন্নবা অমসুং শ্রীঅরবিন্দগী মত অদু লৌখৎলে। অনৌবা কবিনা experience (য়েংনবা জ্ঞান) অদু হাকথেংননা ফোংনবা মাগী লোন্দাদা সিম্বোল শীজন্নগনি। মমাংঙৈগী কবিতাদু সিম্বোলনা ফজনা ফোংদোকৈ; তোইগুম্বসুং হৌজিকী মওংগদি চান্নদে হায়নবা য়াউই। কুপথনা লৈনবা মমাংঙৈগী কবিশিং Black অমসুং অতৈনা সিম্বোল শীজিন্নবদা নত্তনা অনৌবা কবিশিংনসু শীজৈ। Frances Thompson না 'Hound of Heaven' দা ঈশ্বরগী সুংশিবনা লাপথোক্লবা মীগী থবাই শোক্লবা মী অদু লেপ্তুনা তানবা অসি খুদমনা উৎলি। W. B Yeats, A. E.—George Russel না মখোইগী ড্রামা অমসুং শৈরেংদা থাইনগী খুদম ওইবা Irish legend (আইয়ারলণ্ডগী বারী) অদু শীজৈ। Deirdre, Countess, Catheleen, Unicorn (From the stars —মচি নামত্তা পানবা শা), Cuchulain (Irish poetic creation — আইরিসকী কবি কল্পনা) অমসুং C. Day Lewis, "Magnatic Mountain", Herbert Read না Mutation of the Phoenix দা সিম্বোল শীজিনৈ। শ্রীঅরবিন্দনা

'Savitri' হায়বসি বাগী অমসুং থৃদম্ তাকপনি। মাগী অতেনবা শৈবেংশিং—The Bird of Fire, The Rose of God, Thought, The Paraclete—খরদং পনবদা সিম্বোল শীজন্নবগী অচকপা ফংবা শক্তি উংলি। কবিগী মতিক মথাই অসি অরবিন্দদা য়াম্না মরুওইবা অমসুং খাইদগী চনবা শক্তমনি। মানা চহি য়াম্নরুগা অস্তম হেনলকই। অদৈগী শরুরুা কবি ওইবা হেনদে মপুম ওইবদা কবিগী ওইবা হেনদে। মপুম ওইবদা কবিগী কলা অড় শমাজ্জনবনা য়ুম্ফমনি।

Sri Aurobindo অসি Sri H. G. Langly না নৈনবদা হৌজিক্কী মতমদা English তা ফজনা য়াহি ফোঙদোকপা অমসুং সিম্বোল থন্না শীজন্নবা মী অমা ওইনা লৌথি। মরু-ওইবা হীরমদি লাই, Eternal (মতম পুম্বগী ওইবনা) মফম, মতম, মীগী পুন্সিদা অমসুং জগজ্ঞা শবলোন উংলকপনি। Savitri অসি থৌনাফবী নিংথৌ মচানুপীনি। মাগী থৃদমদা human divine (মীওহু ভেবা; লাইপোক্কী মতুং তাকপা) হায়না উংলি। নিংথৌ অশ্বপতীনা অশিবগী লমদগী Divine Mother (লাইরেম্বী মমা) গী লমদগী কাথংলি অমসুং মমাংদা লেপ্পুনা মতেং পীত্রবদি মথক্কা কঞ্জবা ঙমত্রে হায়রুই। অথোইবী মমাদা মী কন্নবা মাগী অথোইবা শক্তিদগী মঙান খরা মীগী মশক্কা থাবিনবা থুবমই। Savitri Book III Canto IV দা ইরি। Night Symbol (অমম্বা থৃদম) না Inconscience (জ্ঞান নওবা) তা মতম খরা হজিনবা নত্রগা (ভশেংনা তাবা জগৎকি ওইনা God-oblivious (ঈশ্বরনা কাউবা) মওং ওইনা লৌই। Symbol dawn (ভাম্বোকপা থৃদম) না জ্ঞান খরা খরা হায়গত্তুনা আধ্যাত্মিক মঙাল ফংবা উংলি। মীনা য়াহি শীজন্নবগী মপান্না মাগী মওং উংপা ঙমই। মশাবু মীথা পোক্নবা য়াথক থনবনি উংলি। মনীং তম্বা সিম্বোল শেমই অমসুং [illegible] থৃদম য়াউহনা

থনবা ঙমই। মশানা থনবা অমসুং অতৈগা য়াথল পীনবদা সিদ্ধোল শীজয়ে। পাউ পীরিবা নত্রগা লৌরিবা মী অনীমক্তা সাইননা ঙময়দবা শীজয়ে। তুমলিবা মীদা নত্রগা ঐনা চাঙবহু সিদ্ধোল ওইনা লৌদবা মীদা ঐনা বারী শাবা অমসুং পাউ থাবা ঙমদে। লোন শীজন্নবা মীওইশিংদা য়ারী শানবা ঙমই। লোন অসি মনীংতম্বা অমসুং শেমগৎপগী মীওইশিংগীদমক্তনি।

নাকন অনীমক্তা affect (শোকপা) তৌবা নত্রগা মান্নবা অর্থ পীবা কান্দা সিদ্ধোল অহু মহৈ য়ানলি। ঐনা মৈ হায়নবা লাউরে; মহুনা যোহনদা মনাক নকপা ঘুমদা থুদোং থীবগী তাকই। মৈ অহু ইশানা থূদোং থীবগী সিদ্ধোল ওইনা লৌই; মহু মঙোন্দা থূদম তৌই। বাহৈগী অর্থ অহু মান্নবা লৌবা কান্দা বারী শানবা ঙমই। মা চাঙলিবা মী অহুনা অর্থগী মাইকৈদগী মী অতৈদদা নত্তনা মশাদা অর্থ কোংদোক্লবা কান্দা communicate (থঙহনবা) তৌই। বারী শানবদা শারিবা মীহুনা ভাবকম্ব ওই। লোন শীজন্নরিবা মী অহু self-conditioning individual (মথন্তা লেপচবা মী) নি; মশাদা নত্তনা অতোপ্পা মী অমগী থৌদাংস্থ লৌই। ইশাবু বারী শাজবা ঐখোই পুম্বা থঙলে। মথন্তা বারী শাবদা মী অহুনা মশাদা নত্তনা অতৈদস্থ মান্নবা মওংদা থঙহনাল। মশা মন্থুংদা অতোপ্পা মী অমগী থৌদাং শেম্বাস মীগী থোইদোকপা শক্তিনি। শাদা ফংদবা মীদদা ফংবা মথল অমনি। মীগী শেমগৎপা ঙম্বগী শাক্তদা মসি তাংই।

য়ারী, বিজ্ঞান, কলা অমসুং ধর্ম্ম অসি মথোইদগী হেন্দোকপা অমা থিন্দুনা তাকপনা সিদ্ধোল উৎলি। মথোইনা হায়বহু চুমজ্রিংনা হায়বা ঙমদে। কলচরগী সিদ্ধোলিজম অসি চংদবা য়াদে সিদ্ধোল অহু হাকথেংননা থঙবা ঙমদবনা উৎলিবহু য়াম্বা কান্নে। লৌউবা নিপা অমনা থূৎলাই ওইনবা লৌ উই

অমসুং মরু হনখি। মহাক্না লোংঙী লাইদা হাপেং কংদ্রবদি লাক্নবা কোংয়োকপা মশক উংলি। মরুবা পোৎ পিরকনি হায়বসু য়ংবৈ। লাইনু ঐখোইনা ইপা, ইমা, মরুপ ওইনা থাজবদু সিংলোলনি। মশক উরিবা পোৎচুমগী য়াংমদা নত্রগা মথক্কা মশেংবা মশক অমা নৈ হায়রবা ঙাকই। সাইন্স অমসুং টেকনোলোজি চাউখৎলকপদগী সিংলোল শীজিনবা হঙ্গ-রকরে। মীওইনা নৈরিবমথৈ হাকথেকনবা মরুপৎ খঙবা ওইরোই। মেওয়া লুথবা থুদম শীজিনবা ওইরকই। মাইকৈ খরদা সিংলোল মাঙন্নবসু পুম্নাং মাংবদি মীয়ী মরাইবক্তা তরোই। মতু তৌরবদি শা নত্রগা লাই ওইবা ঙাই। লাইনু মীসু শেমগৎপগী ওইবা অহিংবা নত্তে। মপূ কাবা অরাং অপা লৈতবা ঈশ্বরনা কবিসু শেমজে। শা অলি মপুং কারবসু হায়রা শীরম্বদগী মনীংতম্বা ওয়রে। থাক কয়াদা থুদম শেম্নসি মীগী মথৌনি অদুনা মীনা লোন অমসুং কলচর শেমই।

# ১০। শ্রীঅরবিন্দ অমসুং কলাগী শেমগৎপা

মহৈতম্মক্ষমশঙদা' নৈবা অঙাং অমদা শ্রীঅরবিন্দ বিপ্লবীনি, সাধারণ প্রজাদা ঋষিনি, ভক্তশিংদা যোগী অমসুং জ্ঞান নৈবা মীওইদা দর্শনকনি খ্বাইগী মথক্কী কবি, সাহিত্যগী আর্টিস্তনি। ইংলণ্ডদা স্কুল তমলিংইদা কবি ওইনা তৌবকই; যোগী, দর্শনিক ওইত্রিঙইদা কবি ওইখি। কবিগী মিৎয়েং লুপসনবা কলাকারগী য়েংশনবা ওইরকই। শেমগৎপা হৈবা অমসুং সমা-লোচনা হৈবা পুরুপ মতোন্দা কংই। দিলিপকুমার রোয়না মহাক্কী লোইরমদাই পুন্সিদা কবি শেম্বা অমসুং কবি হায়বসু ওই হায়রি।

মাগী দর্শনগী অথোইবা লাইরিক 'The Life Divine' কোঙনা কোঙনা দর্শনগী চেকোঙ আর্যদা মথং মথং ওইবা ইবগী শেমগৎপা অমসুং ইংরেজী সাহিত্যগী মহুৎহৎনা নৈনবা সমস্যা কয়া ইথি। অইবশিং অসিনা মাগী aesthetic poetry (কজবা নৈনবা কবিতা) ওইরবা 'Future Poetry' হায়বদু ওইথি। মসিগী মথক্তা অহমগুরকপা মথং মনাউ লাইবা চিঠি কয়াদা কবিতা অমসুং কবিগী মরমদা মাগী মত কয়া ইথি।

Tagore অমসুং Eliot কুম্না মচোন্দা কবি অমসুং সমালোচনা হৈবা ওইবদা কবি শক্তিগী শেমগৎপদা সমস্যা কয়া লৈবা অমসুং মশাগী থেংনবদগী কোক্কবা পাম্বে পুথোকপা সায়য়োক্কবা তাই। অদুনা মাগী আর্টকী দর্শনদা তোপতোপ্না মশাগী ওইবা (পুম্নগী দর্শনগা চায়বা মচেৎ) পুথোকখি। হায়রমসিদা মানা ভক্সীরম্বা অনৌবশিং খরা নৈনরি।

শেমগৎপা অমসুং Passive (থোদবা) কল্পনা :

হৌজিক খঙনরিবা কজবগা নৈনরোল আস ভারতকী চৎনরকপা অলঙ্কারগীগা চায়দে। কলাদা কল্পনাগী থৌদাং উৎপদা Aristotle গী Poetics কপ্পু চায়দে। হৌজিকী অনৌবদি কল্পনাদা থোঙ চঙশিনবা ন। হান্নগা মতশিদা ভাবনা শাবগী মথৌ খরা উৎলবসু কলাগী শেমগৎপদা মনীংতম্বা লাইরিক্তি ওইখিদে। অনৌবা সমালোচনা তৌবা মীশিংনা ভাবনা শাবগা মওং য়াউত্রবাদ শেমগৎপা ওইথোক্কে হায়রে। কল্পনা মখল অনীনি—(১) শেমগৎপগী ওইবা অমসুং Reproductive (অমুক হন্না পুথোকপা) ওইবা কয়া মথৌ পাংদবা অসিনি। মপালগী জগৎকী পোৎশক কয়া পুক্নিংদা হকচাং কায়াৎশিংনা পুশিনলি। পুক্নিংনা নমহুনা পীশিনলকপদু শেমদোক্কনা য়ারবদি কন্দবা অমসুং ইচম চম্না থোকহনবা কৌরে। মসিগুম্বা ভাবনা শাবলি পুক্নিবু মশানা ওইজবদু হুংশেলতম্না [illegible] হাইনখ্রি। পুক্নিংনা

শেমদোক্লনা মমি তাহনবত্থুদি মতৌ তশ্বনি। French Naturalist শিংনা মসিগুম্না মসি তাহনবত্থু বলানি খরমখরু Symbolist শিংনা নীংতম্বদা কনশিনবা উত্থুনা ককখি। ভাবনা শাবা মথন্তা ওইজবা অসিনা কলাগী অয়োইবনি।

শ্রীঅরবিন্দনা মতৌ তশ্বা য়াদে; শেমগৎপগী কল্পনাবু Letters অহুমশুবা Series, ১৯৪৯, পেজ ৫৫ দা পনখি।

অচুম্বমক শেমগৎপা কল্পনাগী যাহুনা মশাগী জগৎ শেমই। কবিগী জগৎপু অশেংবা মশকী মিত্রং (Illusion of Reality) কৌই। কাংবী শেমগৎলিবা মচাকশিং অত্থু পুন্সি মশাদগী নত্রগা অশেংবদগী লৌই। মসিদগী লৌত্রবদি কলাগী জগৎ অসি মথন্তা ককথৎচবা, মহাউ য়াউত্রবা ওই।

অরবিন্দ অসি আধ্যাত্মিকী মী ওইবনা কলাগী মমিংদা মশক উদবা কয়া শেমজিনলি হায়। তোইগুম্বসুং মহাক অসি অশেংবা কলাকারনি হায়বসি পুন্সিদা য়ুম্ফম শেম্বা ৰাঙাঙনা উৎখি।

কবিগী হৌবা ডম্বসি মশাগী দায়িত্ব খঙবদগী থোকই। পোৎ নত্রগা material ওইবা পুন্সিদগী হৌখিবা নত্তে। থরা চাওখৎপা হুম্বা মীদাদ ভাবনা শাবসি হায়গত্তনা পোৎকী মখা পোনলি। পুরিং অসি থরা থরা চাওখৎলক্লগা অহেনবা কল্পনা লাকই। (The Life Divine, New York, 1951, P. 800)

Intuitive ( মমুংগী অথুবা জ্ঞান) ওইনা শেমগৎপা

থরা থরা চাওখৎপগী মতসি কন্না পুসনবা পুক্লিংনা অহেনবা জ্ঞান ফংলক্লনি হায়বা মাগী অথম্বা নীতি পুথোকখি। মাগী মত্তা হৌজিক মীনা ফংলিবা পুক্লিংগী ফিবমসি পংথাং থাজি, মতুংদা supermind ( অথোইবা জ্ঞান ) য়ৌরক্লনি অসিনি। পুক্লিংগা অথোইবা পুক্লিংগী মরক্তা লৈবা থাকশিং

মচুদি খরা হেনবা পুরিং, ঙানখোক্লবা পুরিং, অথুবা মচুংগী জ্ঞান, মথক্কী পুরিং (ov ermind) অসিনি। জ্ঞানগী খবকশিং অসিনগী কথা শেম্বা য়াম্না হায়বসি মাগী মতনি। জ্ঞানগী থাক হেনহেনলগা ফজবা শেমগৎপা হেনলি। লোইবা নাইদনা চাওখৎপদা ঐখোইনা থাজবনা ঐখোইগী ইথৌদি মনাংঙৈগী ওঝাশিংগা অকবা মরী লৈদুনসু মখোইবু হনজিনবগী মহুত্তা মখোইদগী হেন্না হেন্দোক্লা চৎপা অসিনি।

## The Future Poetry (তুংগী কবিতা)

অহেনবা জ্ঞানগী থাক্তা চৎলগা শেমগৎপসি খরাইগী অচুম্বদা লুপ্তনা কবিতা বাংখৎপা মঙাল পী অচুম্বা ফোঙবসি বাংখৎপা অমসুং পাকথোকপনা তুংগী কবিতাগী অহকপা খুদমনি। মওদা তুংগী কবিতানা তেনবা অমসুং শক্তিদা মন্ত্র ওইগনি। বেদগী ঋষিশিংনা মন্ত্রদা খরায় খুরম্নবা মগুণ অমসুং অশেংবা মিংয়েং হাপখি। জ্ঞান হেনলক্লবদি হৌজিক্কী কবিশিং অমসুং কলাকারশিংনা ওহাক্কী ওইনা মমি উরিবসি তোক্না বেদগী মন্ত্রগী মগুণ চেনলগনি অসিনি।

## ১১। সর্বদয় অমসুং শ্রীঅরবিনদ

শ্রীঅরবিন্দনা খমথেংবা রাজনীতি ঈহৌগা মরী লৈনবনা Passive Resistance (খবক তৌদনা থিংবা) গা চানৈ হায়বা ঙমদবা য়াই। অনীশুবা লাঙ্গাউ তৌরকপদা পণ্ডিচেরীনা থিরং শক্তিদা ভুম্বমথৈ মতেং পীবা পামখি; সেবাগ্রামনা লান হৌরকপদা দরকার লৈরবদি Passive Resistance (খবক তৌদনা থিংবা) পীনীংদে, লৈবাক ঙাক্লবা অতোপ্পা লমগী শক্তিদুদা সহযোগ পীনীংদে। সর্বদয়গা অরবিন্দগী দর্শনগা বিনোবাজী বাখল্দা পুনশিনলি হায়বা উৎলি।

## পন্থুং (Goal)

মীগী সমাজগী মতেং পাংনবা, মী মপুং ফাবগী ফিদমকম ওইবগী মতৌ অদু অনীমক্তা উৎলি। অনীমক্তা মী ওইবগী মতৌ অদু exelusive (মখুং চন্দবা) নত্তে ; inclusive (মখুংদা চৈবা ) নি হায়রি।

### নীতি অমসুং আধ্যাত্মিকী ফিদমশিং

গান্ধীজীগী অহিংসানা নীতিগী খোংদা লৈবদু অরবিন্দগী কাওবুনা মপুংফাদবা ওইনা লৌই। তৌইগুম্বসু Spiritual Progress (আধ্যাত্মিকী চাওখৎপা) হায়বসু নীতিদা খুম্ফম ওই। অরবিন্দগী মত্তা নীতিগী খেন্নবা ময়ামসি মপুংফাদবা পুক্নিংগী থাকনি হায়রি। অরবিন্দনসু হন্থবা অদু চাওখৎপা মহুদা অমাংবা য়াউনবা উৎলি। মী অমসুং সমাজগী চাউ-খৎপসি spiritual ideal ( আধ্যাত্মিকী ফিদম ) দি চংদবা য়াদে।

### অহিংসাগী ভাব

বিনোবানা সত্যগ্রহী হায়বসিনা খাগী শক্তি অদু মতমগা চান্না চাওখৎনবা হায়রি। অরবিন্দগী বাহৈগী নকনবা লোন্দা বিনোবানা সত্যগ্রহীবু পুক্নিংগী থাক হেনগত্নবা Supermental (হেন্দোক্লবা পুক্নিংগী) য়োনবা হায়রি। অনৌবা বিজ্ঞান মায়-য়োক্নবা হায়রি। গান্ধীগী অহিংসাসি হেন্না পাকথোক্লবা Evolution গী মওংসিনা সর্বদয়গা অরবিন্দগীগা শম্নহমলি। Social order (সমাজগী মথং মনাউ) গী ফিদম অরবিন্দনা The Human Cycle দা নৈনরিবা ফিদমদু সর্বদয়গা কয়াম নক্লে। সর্বদয়গী ফিদমগী খুম্ফমনি। And the Perfect Social State must be one in which governmental com: pulsion is abolished and man is able to live with his fellow man by free agreement and

co-operation. (অমসুং মপুংফাবা সমাজগী লৈবাক অচুম্বি সরকারগী শুপনম মুথৎপা অমসুং নীনা মরূপ মপাংশিংগা মনীং-ঙম্না য়াম্নবা অমসুং সহযোগ তৌনহুনা লৈমিন্নবা মথন অমনি ) ব্রাহ্মগী অমসুং আধ্যাত্মিকী Anarchism (শাসন লৈতবা) অরবিন্দনা Intellectual anarchism ( জ্ঞানগী থাক্তা শাসন লৈতবা ) কুপথনা লৈননরি। মসিগী অরাৎপচু কোক্কবা আধ্যাত্মিকী anarchism পথোকই। মীওইবনু চাওখৎহনবা spiritual evolution ( আধ্যাত্মিকী অতম্বা চাওখৎপা ) বু পশ্চুং ভইনা লৌবনি। মীতি অসি সর্বদয়নস্থ য়াই। রাজ-নীতিগী ফিদম অচু মীওইবনা মায়োক্কবিবা সমস্যা কয়া মায়-য়োক্কবা বিনোবানা পাকথোকহনলি। বিনোবানা পুক্নিংগী level (থাক) দগী হেনদোক্কবা হোৎলৈ। The philosophy of Sarvodaya is not a set of dogmas in its essence, it is compatible with any attempt of the spirit to prevail over matter and to socialise itself. It is necessary, therefore to bear in mind this essence of Sarvodaya, as distinguished from the limited applications of it under varying circumstances. With the growth of the human spirit, new applications would no doubt enrich our understanding of this truth Perhaps, in the long run, no philosophy would be able to embody or state the unlimited possibilities of spiritual development. (সর্বদয়গী দর্শন অসি থাজবা ময়াম মাগী মচংদা কাওনুপ নত্তে, পোৎশকতা spirit (থবায়) না জয় তৌনবা হোৎনবতুগা চাটৈ অমসুং মশাবু সমাজগী ওইহনবতুগা হাটৈ। অচুনা

সর্বদয়গী মচং অসি অহোংবা ফিবমশিংদা য়ামদনা পানশিন-বগা থেম্নবা দরকার ওই। মীগী লিংজেন অসি হেনগৎলক-হুনা অনৌ অনৌবা পানশিনবশিংনা অচুম্বা অসি ঐখোয়না থজবদা চিংনবা লৈতনা হেনগৎকনি। আধ্যাত্মিকী চাওখৎপদুনা ওমথৈ নাইদনা ওইরকপা য়াংদু বরিগুম্বা দর্শন অমত্তনা কুইরক্লগা য়াউশনবা অমসুং তাকপদু ঙম্বা য়াবা লৈরোই।)

---

# ১২। শ্রীঅরবিন্দ অমসুং তৈল হড ডে চারদিন - চাং দম্নদুনা লৈনবা

শ্রীঅরবিন্দ অমসুং তৈলহর্ড ডে চারদিন অনীমক কুনশুবা খৃঃ চহিচাগী অনীশুরকপা ভক্তাহদা লৈহখি। অনীমক অপুনবা মিৎয়েং (Total vision) গী মী ওইনি। রাথল আস বিজ্ঞান দর্শন অমসুং ধর্ম থনবনা পুনশনবা মওংদা শন্দোকখি। খাইদা মখোইনা বাক্কৎপগী অথুপ্পান। অনীমক্না Evolution (ডগ্না চাওখৎপা) পুক্কং থিংজনাখ।

তৈলহর্ড Jesuit order দা চংলগা পৃথিবীগী অহানবা লাঞ্জাউদা ফ্রান্সকী লম্মাদা চংজ্রিজৈদা পুবিং ওইখি। লান মতুংনা সাইন্সতা ডাক্টরেট ডিগ্রী লৌখি। চহি ২০ মুক হেন্না চীনাদা Paleontologist (লৈবাক ওজ্রিবা উ নত্রগা শাগী লেমহৌবা মথাক নৈনহুনা মালেমদা পুন্সি হৌবগী ইতিহাস) গী থবক তৌই; মথল মথেনগী বিজ্ঞান থীজনবদা শক্নক য়াখি। অ্যারম্ভা খৃঃ ১৯৩৫ দা থীজনবা লাকই। মপুন্সিগী লোইরমদাইদা American Scientific Foundation গীদমক নোমখি অমসুং মসিগী খোশিন্দগী আফ্রিকাদা Paleontological Research তৌবা চংখি। মাগী পুন্সিগী চাংয়েংদি মানা চৎলিবা ধর্মগী

অথরিত্তিনা মানা থনম্বা লাইরিকশিং ফোঙবা য়াহৌনলমদে। মপুন্সিগী থৌনা কবদি কাহৌলুপসিদা লোইবা ফাউবা ঙাকপা অমসুং মানা ঙাক্কে হায়বত্ তায়হন্দবনি। মানা শিরগা বিজ্ঞান্দা লৈবা মাবু য়াবা মরূপ মপাংশিংনা (Julian Huxley অমসুং Arnold Toynbee নচিংবনা) মথুত্তা লৈবা অইবশিংদু ফোঙখি।

খ্বাইদগী কবা মানা ইরম্বসি খৃঃ ১৯৩৮—৪০ দা ইবা The Phenomenon of Man হায়বসিনি। খৃঃ ১৯৪৭—৪৮দা অমুক শেমদোক শেমজিন তৌই। খৃঃ ১৯৫৫দা ফ্রান্স লোন্দা অহানবদা ফোংই, খৃঃ ১৯৫৯ দা ইংরাজীদা ফোঙই। মসিদগী মথাং য়াম্না নমক্লে।

মীগী মচৎ অসি কুপথনা—মালেমদা মীনা লৈত্রিঙৈদা করি ওইবা পোলোইদা মরাইবক করি ওইবা হায়বসি Evolution পানশিন্দুনা নৈনৈ।

Thought (খাখন) অমসুং থম্বা অসি করম্না পোকখিবা হায়বত্ ফজনা তাকলি। হৌনসাদগী খাখন্দা খংচোং চোংবদু মানা Hominstation থোনলি। অপাকপা অর্থদা the progressive phyletic spiritualisation in human civilisation of all forces contained in the animal world." (শাগী জগত্তা য়াউবা শক্তি পুম্বগী মীগী সভ্যতা অদু চঙশিনবগী হৌভম মতুংইন্না আধ্যাত্মিক ওম্বোকপা কৌই)।

শ্রীঅরবিন্দনা হিন্দু ধর্ম্মবু Evolution গী থাক্তা চংশিনবগুম্না Teilhard না কেথোলিক্তা চংশিনলি। পোংশকপু spiritualise (আধ্যাত্মিক ওইহনবা) তৌবা, Supermind (অথোইবা পুক্নিং কুমথরক্তুনা Evolution থুহনবা, খ্বাইগী ওইবা আধ্যাত্মিক পুরকপা নত্রগা মালেমদা লাইরৈবাক্তী মওং লৈংথৎপসি অনীমক্তা নৈনখি। খ্বাইগী নীংতম্না চাওখৎপা ঙাই হায়বসি চংত্রবা য়াক্লে।

ধর্ম্ম খুদিংমক্কা অনৌবা মীওই কাঙলুপ ( Supramental Being ) থোক্কদুনা অনৌবা ধর্ম্ম, অনৌবা আইন অমসুং টাউ অমা পীদুনা ঐখোয় পুম্বনা Socialised existence (সমাজগী ওইনা হিংবা) ওইবা পায়রি। পম্বুং অসি Marx কী Materialist (পোৎশকপু অশেংবনি খনবা) মঙদুদি নত্তে। আধ্যাত্মিকী খুৎনা শোকপা মঙ মথন অমনি। তৈলহর্ডা তুংবু মুঙাইনবা খনবা মীনি। মাগী রাখন্দা অনৌবা order (মথং মনাউ নাইবা) অদু য়েৌরকলে হায়রি। অরবিন্দনা মালেম অমসুং স্বর্গ অসি মান্নহনবা অমসুং অমতা ওইহনবা ঙমজবসু মাগী আশ্রমদা ঐখোয়দা স্বর্গগী লৈবাক অমা লৈ হায়বা উৎপদা নত্তনা পিরূবসু মালেমদা ঈশ্বরগী সহর অচৌবা অমা লৈ উৎলম্মী।

তৈলহর্ডনা মীগী তুংগী ওইরক্কদবা অমসুং মরাইবক অদু মীংথিনা নৈনখি। মীনা হিংগদবসি নৈনবা শরূক অহুম থোক্কা খায়দোকই; অপুনবা রাকম, অপুনবদগী hyper-personal ( ইশাদগী হেনবা ) দা চৎনবগী লম্বী, অমসুং মমৈদা Term (অর্থ লৈবা রাহৈ) নত্রগা অরোইবা রাকম।

মীদসু নত্রগা জাতিদসু isolation ( তোঙান্না থম্বা ) হায়বসি মিৎতাংবা অমসুং অথুবা লম্বীনি। রাখন ময়াম তিন্নবদগী পৃথিবী অসিগী মওংনা অমসুং অনৌবা চৎথোক-চৎশিন্না শাকু পীবদগী অনৌবা mega-synthesis (য়াম্না চাউনা পুনশিন্নবা ) অমা খঙনরক্কে। অনৌবা অশেংবা মশক্তি :mind [পুক্নিং ] হান্নবা কৌবা য়াই। খঙনবগী শক্তি অমা ওইবদা নত্তনা "organic superstructura of souls" মরী থানজবা থরাইগী শাগৎপা ) অচৌবা কৌই।

অপুনবগী অচৌবা পুনশিনবগী রাংমদা অর্থ অমসুং অথোইবা পীনবা করি লৈরি। বিজ্ঞানগী থুগাইহনা নৈনবনা অহিংবগী

খন্তায় পুথোক্পা ঙমদে অদুনা অথোইবা হায়বদুদি শক্তম মপুংফাবদা লৈ খঙগনি। হেন্দোক্লা খন্নবা ইশাগী ওইবা কৌই। জগৎসিবু মরু ওইনা Noosphere হায়না খোন্দুনা closed (থিংজনবা) ওইনা লৌদে তৌইশুম্বসুং Centred (ময়ায়দা) ওইহনলি। মসিদা জ্ঞান য়াউই, মকম মতম অসি মপুং ওইনা মফম অমদা তিন্নে। অদুনা মশীং য়াম্নবা লৈশোনশিংনা অচুম্বা মায়কৈদা ইনলবদি থিন্দু অমদা involute (মন্নুং চনবা) তৌদুনা মশাদা ময়ামবু পূনশিনগনি। মসিবু Omega কৌই। অদুনা ঐথোই ইশা নত্রগা জগৎ অসি Impersonal (করিমতগা মরী লৈনদবা) দা শন্দোকপা লোইয়ে হায়বা চুমদে। Future universal (তুং-থ্বাইগী ওইবা) অদুদি ইশাদগী হেনবা Omega point নি। অকোনবা বিন্দু অসি মশাদা জ্ঞান পূম্বা অমসুং জ্ঞানগী মশক য়াউই। "It is a distinct centre radiating at the core of a system of centres." (ময়ামগী নিয়মগী মরু (ময়োল) শন্দোকপা তোপ তোপ্পা ময়ায়নি)।

অরোইবা মতোন অসি মথন্তা হিংবা অমসুং হেন্দোকখি-ধনি। মফম মতম থোমজিন্নবা মসিনা মথোয়বু নাম্থোকনি; মথক্তা লৈগনি। পোৎশিংনা অহেনবা জামদা চংশিনবগী অরেপ্পা নিয়মনি। য়াম্না কায়গনবদসু ওন্নতৈনমা মপং ওইবা য়াউরম্মী। শিবা হায়বসিসু অরোইবা মতোন অসি উম্মনবা চংশিনবনি হায়রবদি অর্থ চেনলি। জগৎ অসিনা লোয়নকপদা noosphere (পৃথিবী) অসিনা পূম্না বিন্দুদা চংশিনগনি।

তৈতলহৌডনা থনবদা মীওইবনা থীজনবা অছ শেমদুনা মপুং ফাবসিদা চংশিনগনি। মীবু পোৎশক (object) ওইনা লৌবা অনৌবা বিজ্ঞান "Science of human energetics" (মীগী শক্তি নৈনবা বিজ্ঞান) শেমলকনি। মীদা পুক্নিং

থিংজিনহুনা ধর্ম্মদা মায় ওনশিনগনি। মমৈদা মীওইবা পুম্বনা হৌনশা ওইনা organoplanetary foothold (ইন্দ্রিয় গ্রহগী মরী লৈনবগী খোংথাকম) ওন্দোক্লগা অহেনবদা পুরিং হেনজকনি। মসিনা অরোইবা অমসুং মালেমদা Spirit (থৱায়) গী থবক পাঙথোকপা ওইগনি।

মপূং ফানা মুনজকপসিদা ফত্তবা হায়বতু হন্নগনি। মপুং ফানা তিন্নবদা শান্তি ফংগনি। অতোপ্প ওইবা যাবনা ফংবসি চাওখংলকপা য়াই। উন্নফমদা noosphere (পৃথিবী) অসিনা অমগা অমগা চিংখাইনবা মফম অনী থোকপা য়াই। পাংশক্লা থনগৎলবা মালেম অসি Noogenesis (পুরিং হৌরকপা) গী পুনশনবা মওংনা ককপা ভাবনা শাবা শেংদবা চাওখৎপা নত্তে, তৌইগুম্বসুং অউবা বিশ্বগী শফংহৌদগী হেন্দোকপা মুঙাইবনি মুঙাইবা হায়বসি য়ানবা নত্রগা যানদবা মশৌনি। য়ানবা নত্রগা য়ানদবা অসিদা মমুংগী tension (চোকথরবা পুক্নিংগী ঈথক) অহেনবনা থোকহনলি; মাগী মওদা চপচাবা নত্রগা খঙবা য়াবা biological outcome (জীববিদ্যাগী লাকচবা) নি।

তেন্না হায়বা লোইশন য়াদ তৈলহর্ডনা হায মহুদি যীশু খৃষ্ট অমুক হন্না লাকুনা এঁবু কনাবব, অমসুং মপাদা পুশিনবিবসিনা মানা হায়খিবা Omega point (অরোইবা মতোন) অহু মরম থরসিদা চংশিনহনলি: (১) খৃষ্টান ধর্ম্মগী থাজবগা অরোইবা মতোনগী ইশাগী অমসুং খুইগী ওইবা মচৎকা চানৈ। (২) খৃষ্টানগী মুংশিবা হায়বসিদা ধর্ম্মসিগী existence—value (লৈবগী মমল) ফংহ (৩) খৃষ্টান ধর্ম্মসি জগৎসিনা মথন্তদা পুনশিনবা, হেন্না দরকার ওহনা কোংদোরকপা চাওখৎপগী শক্তি লৈজরি। তৈলহর্ডনা মহাকসি খৃষ্টান নত্রবসু বিজ্ঞানগী মী ওইরবসু (অতুপ্পফজনা মপুংফাবা ময়াম তিন্নখসিনা)

ধর্ম্মসিনা, জগৎসিদা মীংথিবা প্রভাব পীরা হায়না হংনীংই।] তৈলহর্ডগী পোইন্ততা মীবু কয়া মতিক ময়াই হায়া, মীগী হৃকচাংদা নত্তনা human psyche, হাখল, মীবু মাং অমসুং তুং য়াউনা য়েংবা ফংই। মীদা মপাললগী অরুবা অমসুং মনুংগী অপুনবা থেংনৈ। জগৎসিগী শক্তি অসি তোঙানবা মচল অনী থোক্না মহাক্না থায় : Tangential Energy (অকোয়বা অমা কক্কনা চাযফেং শোক্তুনা চৎপা লৈইগী শক্তি) না মচল পুবা অতোপ্পগা মথং মনাউ নাইনা শম্নহনলি। (হায়বদি চপমান্নবা চমন্নবা অমসুং চপমান্নবা ময়াম পীবা); Radical Energy (মশেক্কী শক্তি) না মমাংদা পুবা; থরা হেন্না চমন্নবা অমসুং ময়ায় ভমশিনবদা চিংশনবা। Radical Energy গী ভাবনা পোৎশক অসি evolve তোঙলকপা তৌরকনি হায়বা উৎলি। বাকমসি অরবিন্দগীগা চানৈ। লৈন্নুংদা লেমহৌবা শা ভাগী মচাকশিংনা evolution ভাকলৌ পী। তুংগী লৈনবদা analogy (মান্নবা মতৌ) অমসুং থাজবগী মতেং লৌই। মাগী Omega-point অসি বিজ্ঞান্না উৎপা মফম মতমবু পাকথোকহনবা অমসুং থন চানা থম্লনি। হাখনগী চিঙ্তাক অমসুং অপাকপা বিজ্ঞাননা উৎপা ভাব মসিদা তাকই। মীগী তুংগী মরমদা মান্না উৎল-হৃসি থিনিঙাই ওই। লণ্ডননচিংবদা The Teilhard centre for the future of Man হায়না লিংখৎনখ্রে।

শিবগী মখল অনী

শিদবা হায়বসি শ্রীঅরবিন্দ মশামক্কা আশা তৌরম্বা নত্তে। অশিবা, অবিদ্যা নত্রগা অরা অনা হায়বসি হুক্কেকদরনি অচুবু মহাক্কা কত্তবা হায়বসি অথোইবা Reality (অশেংবা মশক) নি হায়রমদে। মান্না ভস্বীমবদা সচ্চিদানন্দনা অশেংবা মশকনি; মায়ানা মনীংতম্বা নিয়ম নত্তে হায়লি। অদুনা হায়রসি সচ্চিদানন্দদা [illegible]। [illegible] দর্শনদা [illegible]

ৱাংগা হায়বসি আশীর্ব্বাদগী মওং অমা অমসুং অশিবনা পুন্সিগী মওং অমনি : করুবা নীয়ম কয়া ফংবত্তু মাগী monism (নীতি অমতমক লৈবা দর্শন ) দা তায়শিন্নৈ। অশিবা হায়বদু পুন্সিদা ওস্তোকপা অমসুং অশিবা মপুং ফানা মাঙহনবা নত্তবা হায়বসি মাগী মতম্ষীগা চানৈ মরম অসিনা মানা শিবসি প্রমাণ চাদবদি নত্তে। পুন্সি অসিদা অহিংবা ওইনা পোক্রবা অশিবা অদু নাকন অমদা থৈদোকপা নত্তুনা চপচানা মায়যোক্লগদবনি।

অরবিন্দনা অশিবা থেংনবা অমসুং লাস্তোকপা ভাই। তৌইগুম্বসুং অশিবগী থয়াত্তা মহাক তাখিবা নত্তে। অদু ওইরবদি অশিবনা অহিংবগা করুরমগদবনি ; শেন ময়েক অমগী নাকন ওস্তোক্লবা ওইরমলোই। অদুনা মানা শিবগী মরম নৈনবা মীনা মহাকসি হকচাংগী লায়নাগী মথা পোনখিদে হায়বা উংলি। মসি উংনবা মশাবু uraemic coma (জ্ঞান মাঙবা অমসুং পংথনা তুম্বা লায়না) না নাহল্লবা ফাউবদা ডাক্তরনা ভল্লরোইদবা মশংদা বা ভাঙখি। অমসুং মশানা চপচানা শিবা মতমদা অশিববু শীংনবা ওইনা মশাদু পৃঃ ১১১ থক পুনথহনদে। মানা শিবসি মঙোন্দা নত্রগা মাদরগী শরুক্তা নীতি অশোইবা লৈবননি হায়বসু ভমহনদে। মানা শিবসি মশানা তৌগে য়াউনা তৌখিবনি। গুজরাটকী পাঞ্জিনা খৃঃ ১৯৫০ অমসুং খৃঃ ১৯৬৪ অনী থাবদা অহানবগীসি মানা থনখি। K. D. Sethna না শ্রীঅরবিন্দনা শিবসি "self-withdrawal" (মশানা লৌথোকপা) অমসুং "self-undoing" ( মশানা তৌদবা ) হায়খি। শিরবসু অশিবগী থায়াত্তা কং-থোকপা নত্তে। অদুম ওইনমক শিবা হায়বসি চাউরবা য়েক্লবা অমনি। অদুনা শিবদা থংনবা অমসুং ফুনবা অমা চংই। অরবিন্দনা অশিববু পুন্সি হিংবগী মওং কৌবনা থাজবা পীখি। মহাক্না Inconscient ( থজদবা ) ওইবদগী লাইগী

ওইবা অশেংবচু চিংথোক্লগা, মাগী অকনবা লাকশিনবগী ফলনা অমুবা শক্তিশিং অচু লোইথোক্লগা মথক্তগী সনাগী ওইবা ঈশ্বরগী মশক মালেমদা চিংথোরকপনি। মানা থংনখিবসি মায়পাক্লা জয় তৌবা অমনি।

হিংবা হায়বসি অশিবগী raison d'etre (অমবু ওইহনবা) নি হায়বসি শেংলে। অশিবা হায়বসি অথুপ্পা ওইনা অচুমক ঐখোইদা লৈবি। মাগী সেবকশিংনা অরান খুভম ফংবা হায়বসিনা অথুপ্পগী অরোইবা পাওখুমনি হায়না থনলি।

তৈলহর্ডকী অশিবা মওং অমা লৈনসি। শিবগী মতাংদা মখোই অনীগী থেন্নবা থরা থেংনৈ। মভোন্দদি শিবা হায়বসি অচম্বা ফত্তবা নত্তে। ফত্তববু অফবগী মওংনি, অশিববু হিংবগী মওংনি ওন্থোকপা মানা য়াদে। মমাংথংবা লাইনদা stretcher bearer ওইনা চহি ৪ থবক তৌবদা তৈলহার্ডনা অশিরসি লেপ্পনা মায়য়োক য়াখি। অশিববু পুন্সিগী শরূক অমনি হায়বসি মানা ইখিদে।

মানা থনলিবা অশিবগী ভাব অসি ভাব তোপতোপ্পা অমনা লেপই। মাগী লাইরিক Spiritual Synthesis কৌবদা পুন্সি অসি (The Divine Milieu) কনাগুম্বনা তৌবা অমসুং ওনবদগী তঙ্খাই অনী থোক্পা থায়। Passivities (থবক তৌদবা, অতোপ্পগী মথা পোনবা) না করিগুম্বদা চাউখৎপগী মচল ওইরবদি মখোইনা তোয়না ঐখোইবু হন্থহনলি। মহাক্পা 'passivities of diminishment' (হন্থহনবগী অশোনবা) কৌরিবসিনা ঐখোইগী পুন্সিগা মরুওইবা মফম অমা ওইরি। মখোইনা অশিবদা মপুং ফারকই। শ্রীঅরবিন্দদদি পুন্সি অসি ঈশা চাওখৎপনি; তৈলহার্ডতদি মীনা মশাবু শেমজরগা তায়োম্বনা মথন্তা শিজ্জগদবনি। লাইরাগী খোম্বাং থৈরকপনি: "He who finds his life will lose it"

(মাগী পূন্সি ফংবা মহাক অচু মাঙগনি)। অমরোমদা যোগীনা মশা মশক খঙবা ঙই। মসিনা শ্রীঅরবিন্দনা অশিবগা থেংনবা অমসুং কয় তৌবা ঙইখি; তৈলহার্ডতদি অশিবা হায়বসি অপাম্বা অমসুং য়াম্বা নাবনি। মঙোন্দা শাস্ত্রীনা থম্মোইদা শোকহনবদা মানা লাউখি "মতম অসি অকিবনি।" মসি অরাবগী খোল্লাউরা নত্রগা হকচাং নাবগী কোঙদোকপরা মসিনা ঙক্না মাগী মপূর্ণ ক্রোসতা শিবগী লাউবদু কৌই।

অশিবসি মশা মথক্তদা শিরিবনি মরমদি কনাগুম্বা অতোপ্পদা হিংনবা শি। "ঐগী দমক পুন্সি মাঙলিবা মী অতুনা মতু ফংগনি" হায়না বাইবলদা লাউরি। অপূনবা (union) খিবিক তঙ্খাই ঙইনা শিবনি: কনাগুম্বনা অতোপ্পদা নপ্পবা মশাবু থাদোকপনি। অছুনা তৈলহার্ডকী মতা অপূনবগী মওংসিনা ঐখোয়দগী হেন-দোকপা মতমদা self-detachment (ইশাবু তোঙান তাহনবা) থোক্লকই। অশিবসিনা ইশাগী নত্তবা মায়কৈদা চৎলকই। অমরোমদা যোগীনা আত্মাদগী হেনবা করিমতা থনদে। ঐ হায়বসি ইশা অশিবু চুম্না লৌবা নত্তে; মশা নত্তবা নং হায়বা অমা মীগী থাক্তা থঙদে শিদনবা আত্মাদা কম্না নপই। তৈল-হর্ডকীদা অতোপ্পা আত্মা অমা ঙাইরি। মশাগী আত্মাদা শিবগী কিবা লৈতে। "I go to meet him who comes" (লাক-লিবা মহাক উনবা ঐ চৎলি) তৈলহার্ডনা শিগদবা হুমিংকী মমাংদা হায়খি। মসি শাস্ত্রদগী লৌবনি। অশিবা অসি en-counter (মায়য়োক্নবা থেংনবা) ওইরবদি করম্না ফজবা ওইরিবনো?

ঈশ্বর উননবা মীনা মথক্তদা শিগনি। অশিবনা ইশাদা থাজরম্বা পুম্বা মাঙহনগনি। ইশাদগী থাদোক্লগা ঈশ্বরগী মথা-পোনবদুগী মুঙাইবদুনি। অরবিন্দগী যোগসু হুঙাইবা ওইনা ডাকই। অমুকন্থ অশিবা হায়বসি অদিং পাংবা অমসুনি। শিরুদা

মীনা মশাগী পূক্লিং হুবহু নাম্বোক্লগা ঈশ্বরবু ময়ায় ওইহন্না লৈ। ইশাদা লৈবা খোঙকম অদু মাঙহনলি। অশিবা হায়বসি পুম্নকায় কায়না থুগাইবনি। ঈশ্বর নত্তবা পুম্নমক থুগাই। ঈশ্বর অসি মথন্তগী অকোয়বদা কংগদবা পৃথিবীদগী হেন্দোকপা অমনি। জগৎ অসিনা ময়েক শেংনা ঈশ্বরগা পুনশিন্নবা য়ারোই; মদু য়াদবদি পুমহোং হোংবা, পোৎ পুম্নমক মতম থরগী ওইনা কিন্থরগা য়াগনি। অশিবা হায়বসি জগৎ অসি লোইবা অমসুং মীদগীদা নত্তনা খ্বাইগী ওইবা মরিং মরাংবা অমনি।

অরবিন্দগী মত্তুদি স্বর্গ অদু মালেমদা পুরকপনি। শ্রীমাগী রাখল অদু নৈনরগা শিষ্যশিংনা অরবিন্দ নত্রগা শ্রীমা অসি শিবরোই থনখি। জগৎ অসিবু শাংথহনবনা স্বর্গ ওইরবা অদুগা ঈশ্বরগী হকচাং অদু জগৎকী হকচাংদগী থোকপা য়ারবদি শিবা নাইদবা মশানা তাই। তৌহৌন্নবসুং শ্রীঅরবিন্দ শিখি। মাগী Integration (পুনশিনবা ফিভম) গা চারে। Divine Life (লাইগী ওইবা পুন্সি) অসি অশিবদগী পোকই, অমসুং অশিবা অসি পুল্লপ খোপচিনবা অশেংবা মশক্তা য়াউই। অদুনা ভক্তশিংনা মবুঙোগী লৌশিংদা থুরুমখি।

তৈলহার্ডনা অশিবদা পুরিবা ভাব অসি ওন্নবা ওইনা Resurrection (মোংফমদগী হৌগৎলকপা) দা থাজবনা লানবা তৌই। মহাক্না শিগদবা থা অমা ফাত্রিৈদা মাগী পুন্সি বারী ইবা মীতুনা ইরম্বদা ঐখোইনা থঙই—মহাক্না হিংগৎলকপা মুমিৎ ইস্তরদা শিবা পামজৈ। ঈশ্বরগী শক্তি ওইবা হকচাংগা লোইননা অশিবদগী হৌগৎলকপদু থাজবদা কন্না ফোঙদোকই। শ্রীঅরবিন্দনা মশাবু থঙবা self-withdrawal (মশাবু হন্দোকপা) তৌবগুম্না অথন্নবা মুমিৎ অমদা শিবা লেপখি। মবুঙোনা মানা পামজবগুম্না এপ্রিল ১০, নোংমাইজিংদা মাবু কৌশিনখি। মহাক

থাজবগা লোইননা মশাবু কথোকচনা শিখি। হিংগৎলকপা হায়বসি, অয়োইবদা ঈশ্বরনা পীবা মনানি। অরবিন্দদদি মসি ঐখোইনা ফংগদবা মনানি। পূম্নমক পায়শিনলিবা ঈশ্বরগী খুৎপায়দগী কনানশু নাম্থোক্তে। ঐখোইনা ঈশ্বরদা কথোকনি। তৌইগুম্বসুং শ্রীঅরবিন্দ Divine নি।

অয়ান খুন্ভম ফংবা হায়বসি অশিবগী অয়োইবা মওংনি। শ্রীঅরবিন্দ মশামক্তা কনবিহৈবা ওইরি। তৈলহার্ডতি মশা নত্তবা কনবিগদবা অমদা হায়জরি।

অনীশুবা শরুক

## ১। আশ্রমগী মাদর (শ্রীমা) গী শরূপপা পূন্সি রারী

খৃঃ ১৮৭৮ ফেব্রুরারী তাং ২১ দা পেরিশতা পোকই। মাগী পারী পুরীশিং অদু ইজিপ্তগী ফ্রান্সতা লাকই। মপা অদু বেঙ্করনি, মমানা Rationalist নি। অঙাং ওইরিঙৈদগী তপ্পা মথন্তা লুপ্পা খন্নজবা হৈনৈ। য়াম্না থেংনা মহৈ তম্ফমদা চৎলি অমসুং ঈশৈদা থুনা হৈখি। মাগী মহৈ তম্মিন্নবশিং ঙকহনবা থরা লৈ। মখোইগী খৎনবদু মঙোন্দা হেক হেক তাকই, অমসুং মানা বিচার তৌবদু য়াখি।

নহা ওইনা Fountainbleau গী উমংদা কোয়বা চৎলি অমসুং কুইরবা উপালগী মখোঙদা পুঙ কয়া কমই। উচেকশিং অমসুং থৈরোইশিংগা মাগা মরূপ ওইনৈ। চহি ১২ দগী মঙ মঙবা, উবা অমসুং কৃষ্ণ কৌবা মায় অমা হন্না হন্না উখি। অহিং খুদিংগী জগৎকী অবাবা পোৎলুম মঙোন্দা তারে হায়না মঙ মঙখি। তৌইগুম্বসুং মাগী কহনরা খুশোয়া পোৎলুম অদু

তানখোকখি। হৌজিক্কী চহি চাসিগী হৌগৎলকপা চহি থরদা অলজিরিয়াদা M. Theon (কৌবা মিউ অমদগী অরোনবা মহৈ (Occultism) তম্বা হৌই। থুনা চাওখৎখি। পেরিসতা হল্লক্লগা থিবা পাম্বা ছাত্র কয়াগী ওঝা ওইখি। মখোইনা বারী শাবা, নৈনবা অমসুং পাম্বৈ কয়া তৌনখি। মখোইনা থওইদবা, মী ওৎপা অমসুং তমথীবা হায়বা ফত্তবা অহুম অসি মায়োক্নদুনা মায়থীবা পীগনি অমসুং জ্ঞান, মীংতম্বা অমসুং শান্তিদা ওন্থোক্কনি নীংখি। খৃঃ ১৯১২ দা শোয়দনা থোক্কদবা পোৎশক অমা ওইনা রেকোর্ড তৌখি: "খ্বাইগী ওইবা ফংগদবা পান্দমাদ চাওখৎপা খ্বাইগী ওইবা তিন্নবনি"। খৃঃ ১৯৬৮গী ফেব্রুয়ারী ২৮ দা হৌদোকখিবা পোন্দিচেরী মনাক্কী অরোভাইল হায়বা নোঙাপগী সহর খ্বাইনা থঙনরবদু শেমগৎনবগী মরু হুনখি।

Monsieur Paul Richard কৌবা ফ্রান্সকী নূপা অমা খৃঃ ১৯১০ গী ময়াইরারদা অরবিন্দগা উন্নখি। ফ্রান্সকী মখাদা লৈবা পোন্দিচেরীদা মাগী মরূপ অমগী ভোট থোম্বীবা লাকপনি। মাগী নূপী (আশ্রমগী মমা ওইরক্কদৌরিবী) সি Mirra Richard না মঙোন্দা যোগ চক্র (থম্বালগী খূদম) অমসুং মানা মমঙদা উবা থরা থারকখি। Solomon গী খূদম মানবা diagram (অয়েকপা মরুওইনা লৈইনা) অমা অপোম্বা থম্বালগা থারকখি। মসি অমগা অমগা কক্কবা ওন্থোক্লবা ত্রিভুজশিং মাননি। ইঙ্গরেলদা চৎপা মীনা মসি মখোইগী নীংশং খূদমদা থম্বা থেংনগনি। আশ্রমগী খ্বাইদগী কুইরবা নলিনি কান্তনা মসি শ্রীঅরবিন্দগী খূদমনি হায়খি। শ্রীঅরবিন্দনা থম্বালগী খূদম অদু মাগী থরায় অদু অহেনবা জ্ঞান্দা হাংদোকপগী খূদমনি হায়খি। মসিনা মহাকপু আধ্যাত্মিকী লম্বীদা চিংবিবা গুরুদি অরবিন্দনি হায়না থাজখি।

খৃঃ ১৯১৪ দা M. Paul Richard অমসুং মাগী নুপীন অমুক পন্দিচেরীদা লাকপদা মতম থরা লৈখি। শ্রীঅরবিন্দনা M. Paul Richard পু মাগী থাজবা, থম্মোইদা হিন্দু অমনি, মাগী পুন্সি অশিনা মীওইববু মরুওইনা ভারত অমসুং এশিয়াবু থাজংপগী ফিদমদা লুপচবা, অকনবগী মায়য়োক্তা অশোনববু শোগৎপিবা মীনি হায়খি। শ্রীবোয়না ফ্রান্স এসেম্বলীগী ভোট লেপ্পদা মাবু শোগৎপিনবা হায়খি। অতোপ্পা মতাংদা মতৈ মনাউবু তাঁংলবা ইউরোপকী যোগীশিংনি হায়খি।

নুপী অসিনা ভারত অসি মীথা পোনলি, অনৌবা বিজ্ঞান অমসুং খংজু খংলাইদা হৈষ্ট হায়বড় থখি। খৃঃ ১৯১৪ দা মাগী নুপাগী ভোট খোম্বা করিকল (এতমচুদা ফ্রেন্সকী মথা পোনবা লম) চংপদা অমোংপা অমসুং অমম্বা কাদা লৈবা অমসুং ককচেং অঙৌবগী স্বর্গ অমা উবা থেংনখি। অসিগী মথক্তা ভারতকি আধ্যাত্মিকী মানা মুংশিবড় থক হুম্বদে। আশ্রম অসি মাগী মফম অমসুং থবক তৌফম ওইনা লেপখি। মরিদগী মমুং মপান পূনবা নোংপোক্কী আধ্যাত্মিক অমসুং নোংচুপকী বিজ্ঞান অপুনবা মালেমদা Life Divine অমা শেম্বা ওইহনখি।

খৃঃ ১৯১৪ দা মার্চ ২৯ দা পোন্দিচেরীদা লাকখি অমসুং মমঙদা উবা কৃষ্ণ অড় অরবিন্দমকনি হায়না মাগী ডাইরিদা ইখি। অমনা অমবু মতেং পাংনবা ফংখি। অহানবদা খৃঃ ১৯১৪ দা ফ্রোঙবা দর্শনগী চেফ্রোঙ Arya ফ্রোঙমিন্নখি। চহি ৭ লোম্ন থা খুদিংগী থোকহনখি লাঞ্জাউ মতমদা মহাক ফ্রাংলতা হুনখি অমসুং জাপান চত্তুনা টোকিও অমসুং ক্যোটিওদা মুন্নাইবা মতম লেনখি। খৃঃ ১৯২০ গী এপ্রিল ২৪ দা পোন্দিচেরীদা হল্লকখি। অরবিন্দ অমসুং মাগী সেবকশিংগা লৈমিন্নবা লেপখি। অহানবদি পোন্দচেরীগী মপান্দা লৈহুনা

মরক মরক্তা অরবিন্দগা উন্নখি। অরবিন্দবু গুরু ওইনা লৌবদগী অশা কখোকহ্রে। ভারতপু হুংশিবনা আধ্যাত্মিকী মসুম ওইনা লৌখি। (এনিবেশান্ত, মিস্তর নেভিন্সনচিংবগা নীংশনম্বিরবা থৈ।) মহাক্তা মায়না গীতা, উপনিষদ, যোগ সুত্র অসি মরান্না লোন্দা হন্দোকখি। পূর্ন্ন খুদিং শা, ত্তা অমসুং পাম্বীমু হুংশি। হৌদোং য়োকপা পামই। হৌভোই অমসুং কাক কাউবা মঙ্গৈনে। নমিনি কাস্তনা মাবু ওসখৈ নাইদনা ফজবদগী হেন্না হুংশিবা, য়াইদগী ফজবশিংদগী হেন্না ফজবনি হায়খি।

অরবিন্দনা মাবু হৌগৎপন্দা মিরা অমসুং থন্না নৈরগা মাদর থোনখি। আধ্যাত্মিক্তা অনীনা তিন্নবদগী অঙকপা অমা পোক্লখি। অরবিন্দনা অরুংবা হুমিংনি, মাদরনা পূর্ণযোগ খিবা খিবিকী মমা, আশ্রম শেমগৎপিনি। খৃঃ ১৯৫০ দা অরবিন্দনা সংসার থাখিবদগী খৃঃ ১৯৭৪ ফাউবা শেমগৎপা হৈরবী মাদরনা আধ্যাত্মিক পুন্সিগী ওসখৈ পাকথোকহনখি। মানা অরবিন্দ Project শেমলম্বনা Unesco অমসুং পৃথিবীগী বোদ্রি কয়াগী মিৎয়েং চিংশনখি।

মানা শেম্মম্বাসি জগৎ অসিগী মনুংদা লৈবা অপিকপা জগৎ অমনি। মহৈ মশিং, কলা, পোৎথোক, লৌউবা, শিনলাংবা খিবক য়াউবা মপুং ফাবা ওইরক্লিবা জগৎনি। "যোগ কর্মসু কৌশলম" (যোগদি থবক্তা হৈশিংবনি) হায়বগী ভাবতা থাক-উৎলি। থবক তৌবা পুম্বা ঈশ্বরদা কৎথোকচবনি লৌই।

শ্রীমাগী মিৎয়েং তুংগীদা থমই। আশ্রমগী অঙাংশিংবু শেমগৎলিবা লাম্বী থোনলি। লোম্বা নাইদবগী মচাশিং কৌই। মাগী লাইমীংদি ইশাগী ওইববা, অকিবা লৈতবা, মঙালনা অপুম্নবা, শক্তি অমসুং নীংতম্বা পীবা মঙালনা থিব পূবা শন্দোক-পলি। মাগী আধ্যাত্মিক শিক্ষাশিংদা মহাক্তনি মশক ঊত্না তৌরিনি।

মাগী মত্তা ইশা হোংবা অমসুং জগৎ হোংবগী যোগ অসি অশাংবা অমসুং অরুবা নিয়মনি। মহাক্না অতেনবা নিয়ম অমসুং ওইথোক্লবা থবকশিংদা থাজদে। তোইগুম্বসুং মাগী রাইহৈশিং, অইবশিং অমসুং থবকশিং, মানা পাম্লম্বশিং, খণ্ডল-স্বশিং ঐখোইগী মরক্তা মানা লৈবিরম্বশিংনা লাইগী শক্তিনা ঐখোইগী পম্বু শেমই হায়বা অচুম্বদা থাজহনলি। মশাগী থবকনা অমসুং খুদমনা ভারতনা মশাবু কজবা অমসুং জগৎপু সমজিংবা ওমই হায়বসু তমই।

শ্রীমাগী আশ্রম অমসুং দর্শন অসি রাজনীতিগী মীওই, দেশকী নেতাশিং অমসুং রাখন লৈরবা পণ্ডিতশিংনা হেক হেক চৎলৈ। Inspiration (রাখন; শক্তি হাপ্পা) হেক হেক লৌলৈ। মাগী কুমওন চহি ১০০ কাবকপদা ভারত সরকারনা মপুংকানা পাংথোক্লবা খোরম পরেং কয়া লৌখৎখি। পোষ্ট অমসুং টেলি-গ্রাফ বিভাগনা টিকেট পুথোক্তুনা শীজিন্নখি। খন্ন লৈনবা, স্কুল, কলেজ অমসুং মহৈমশিং ভক্তম কয়া মাগী মমিংদা লিংবা মমিং কৌনা মাগী মতম্বী অত্তু ওমহনবা, মানা পাম্লম্বা কয়া থবক্তা ওন্থোকপা, মরী লৈননা নুপীগী ফিবম ফগৎনবা শেমগৎপা অসিনচিংবা কয়া চংখি। শ্রীমাগী থৌজাল মবিক অমত্তং হাপ্পীনবা ইশানা অদম্বা কয়া ইতুনা ইমালোন্দা ফাওদোকচৈ। মাগী মতম্বী লৈনবা সাহিত্য থোক্লবা ইশাগী মায়কৈদগী লাইরিক ফোঙদোকচৈ।

## ২। শ্রীমা (মাদর) গী সাধনা

মাদবনা তৌরিবা সাধনা পূম্বা জ্ঞান মপুং কানখনি। অধ্যাত্মিক পুন্সি চংবা মীপুম্বা অরুনবা সাধনা চংই, করিগুম্বদা গুরু য়াউই, করিগুম্বদা চংদে। অবতার ওইরবা অমসুং অচৌবা

মীংশিংদসু মসি মঙাই। বুদ্ধ অকনবা তপস্যা তৌখি। চৈতন্য, শ্রীরামকৃষ্ণ, স্বামী বিবেকানন্দ অমসুং শ্রীঅরবিন্দ পুম্বা অসুম তৌখি। তৌইগুম্বসুং মাদয়না ধ্যান তৌনবা কনাগুম্বদগী তম্বা তৌখিদে। মথন্তগী ওইনা তৌখি। তুংগী থবক তৌনবগী তম্বসি মাগী মঙদগী মাদরনা তমখি। মহাক্না গুরু কয়া উনখি অমসুং চহি অমগী মুমদাং থ্ৰদিংদা মাগী মঙশিংবু মশাগা Identify (চপ মান্নবনি উংপা) তৌনখি। মাগী ডাইরিদা থোকখিবা পুম্বা ইমিনলি।

নহা ওইরিঙৈদা মাগী মঙশিং অদু পাঙথোকপা ঙমগ্রবসু মতুগী মসুংগী ওইবা প্রভাব অদু কাউবা ঙমখিদে। চহি য়াম্না লৈরক্লগা মানা তৌগদবা থবক্তি অরাবদা মতেং পীবা, মকম থ্ৰদিংদা লৈবা অঙাংশিংদা মাগী থৌজাল পীবা অসিনি।

মাগী পুন্সি অসি লাইপোক ওইরবসু মাগীসি মুঙাইবা ঙাক্তনি হায়বা য়াদে, থুদোং চাদবা কয়া, পরীক্ষা কয়া অমসুং চাংয়েং কয়া, থুদোংচাদবা কয়া থোনাকনা মায়রোকুবা ডাখি। মানা সাধনা তৌবিঙৈদা কয়া থ্ৰদোংচাদবা নংখিবগে হায়বসু ঐথোই খঙদে। মতু মানা থক পনদে। শ্রীঅরবিন্দনা পুম্নমক খঙই অমসুং মানা ইখিনা চিঠিদা থরা উংলি। মহাক অমসুং মাদরনা থেংনগদবা থ্ৰদোংচাদবা, থাঙগদবা অরাবা কয়া লৈ হায়না পনশী।

মহাক্না Prayer কয়া পীবদসু সাক্ষী কংই। মথোইসু অহানবদা ফ্রেঞ্চ লোন্দা ইরম্মী, মমৈদা ইংরেজী লোন্দা "Prayers and Meditations of the Mother" কৌদুনা কোঙখি। হেক হৌবদগী মাগী লাইদা মহাক্না কয়ামুক লুপ্নগে হায়বসু লাইরিক অসিনা ডাকই। লামাই থ্ৰদিংদা মানা লাই খুরুমই, রাগী শাই অমসুং পাউথুম কংই, থ্ৰবক্তা ইশিনলি। মানা পনলিবা লাইগা মায় মায় হাকথেংনবা পনলি। মমাক্না

কাননবা মাধা শীঙ্গিবা লাইরিকনি। মণিমুক্তানি। মাগী খ্বাইদগী অপুনবদু তাবা ফংই। মাগী ডাইরিদগী ফবা মাবা পোৎ কয়া ফংই। সাধনাগী তাক্তক অমসুং মাগী পুন্সিগী তোঙান তোঙানবা মতাংদা তৌখিবা সাধনা অমসুং কিশি খোকপাদু য়েংলৈ।

ডাইরি অসি খৃঃ ১৯১২ গী নবেম্বর ২দগী হৌই অমসুং খৃঃ ১৯৩১ গী নবেম্বর ২৪ দা লোইশিনখি। মদুদগী খণ্ডদি অকা অকুম কয়া লৈ অসিনি।

অহানবা লাইশোন অদু অসুম্না চথরি :—.........ঐ হায়বা ভমলক্তবা, নঙ ওইরকদবা মুমিৎ অদু ঐনা খোয়াংই। "ঐগী থবক অসি নংগোন্দা consecrate (কৎথোকপা) তৌদনা নোংমদা মতম কয়ারক ঐনা থবক তৌগনি। খ্‌দক্তা ঐগী খম্নোইগী অনাবা অমনা হকচাংদা ইথন্তগী ওইনা কাওরকপগী ফহন্দবদু ঐনা খঙলকই। ইথন্ত দা ঐগী থবক অসি objective (পোংশক্তি ওইনা) ওইরকপা অদু ফাগী, অঙাংগী ওইবা নত্তগা চৈবা য়াবদু খঙলকলে। নঙোন্দা ঐনা লুপশিনদ্রিফাউবা ঐনা রাজবা অদু মিংকুপ অমদা ঐনা তেংথাবা (deplore) তৌরে। অঙাংগী থাজবগুম্না ইথন্তাদা মাংজদ্রনা নঙোন্দগী পূক্লিং খৌগৎপা লৌই, ঐগী অকোয়বদা লৈবা অরানবশিং চুমখোরবা পাঙ্গল লৌই— পোংলম অনী অদু অমতা ওইবক্লে, মরমদি খ্বাইগী ওইবা পুশনবা অদুনা থবক পুম্বগী অমগা অমগা মতেং পাংনবগী লেপ্পদু ঐনা লেপ্পনা অমসুং শেংনা উরক্লে।"

মসিনা তাকপদি মাদুর অসি আইগা হায়দগী মরুপ অনিবগুম্বা ময়ী লৈনরে। তোঙানবা মহাত্মা মাগা উমরে, অদুগ্না ওইনমক মাগী কান্নবা থাজবা তাকপা ওইমদু পূর্ণ্ণতা লেপ্পা থাজনি, অদু চুমখোরবা অমসুং মঙোন্দা থাজদুনা মাদু লৌকপা পাত্রী।

মতুং মুমিং থরা লৈরগা মহাক্না চপচানা লাই উনবা অতু উংলি। লাই অতু মহাক্না উনরে, মশাগা-অমতা ওইরে অমসুং ফিবম অসি মঙোন্দা হন্না হন্না লুশিললকলে হায়রি। মশানা লাই ফংবা অমসুং beautitude (স্বর্গগী মুঙাইবা) গী মওং অসি মাগী পন্থ,গী থোঙথাং অমতনি, জগৎ অসিদা শান্তি অমসুং মুঙাইবা অতু পুরকপা পামই, বাররা, চোকথরবা অমসুং আশা লৈত্রবা মালেম অসি ফহন্নবা মাগী লাইশোন ফোঙদোকই। জুন ১৭, ১৯১৩

"............................মী পুম্বা য়াম্না মুঙাইখ্রে, থওইনখ্রে, মখোইদা মতেং পাংবা চংলে।

"ঐনা নঙোন্দা থাজবা, ঐগী মনুংগী অচুম্বা নোংমা নোংমগী হেনগৎলকলে, নোংমা নোংমগী ঐগী থম্মোইদা নংগী মুংশিবা অতু হেন্না অহিংবা ওইবতু ফংলে; অমসুং নংগী শক্তি কনলবা মুংশিবা অতুনা জগৎ অসিবু কনবিগনি।"

মাগী সাধনা অসি জগৎ পুম্নগীনি, নোংমা নোংমগী ওইনা লাইশোন অসি মঙোন্দগী হৌরকই। মাগী লাইনীংবা অমসুং অপাম্বা নত্তনা অতৈ বিষয় অমদা মাগী লাইরিক্তা ইদে। কবিগী নত্রগা সাহিত্যগী ওইবা শাজেন নত্তে। অশেংবগী কবিতা মীগীদমক বাবিবদি ইরি। হৌজিক্কী জ্ঞান অসি হোঙদোক্নবা শক্তি অতু ফংনবা থুবমলি। মানা পামজবদি জগৎকী অরাবা অসি কোকহনবা অমসুং অনৌবা মথনগী হিংবা অতুনি। মহাক্না পেরিস থাদোক্তু,না ভারত্তা লাকপগী মতম য়ৌরে। পোণ্ডিচেরীদা লাক্তি,ভৈদা মাগী ডাইরীদা অসুম্না ইরম্মী:—

খৃঃ ১৯১৪, মার্চ্চ তাং ৪,

"মসিনা অকোনবা মতমনি, নং লৈবা চিক্লবা কা অসিগী তেবলদা ঐনা মসি ইরি.........মনুংগী পুক্লিং লুপ্পা মওংদা

লামাই অসি ঐনা খনলী..........লামাই অসি মমাঙৈগী মঙ ওইনা মাঙলে, অতোপ্পা লামাই অমনা হাংনা লৌরে, তৌই-শুম্বসুং মন্নুংগী শক্তিদদি তুংগী মঙ ওইবা কয়ানা খনলি। ............হে ঈশ্বর, নংবু ভক্তি তৌনবা পুম্বা ঐভোন্দা পীবিয়ু পুম্নমক শান্তি লৈরসনু।”

সমুদ্র খোঙচত্তা মসিগী মওংদা লাইশোন কয়াসু ইখি :—

“............ঐগী লাইশোন নঙোন্দা হোই, নংগী মুংশিবদা লৈবা নংগী মুংশিবা শন্দোকপা (radiate), মদু শন্দোকপদা শক্তি য়াউদুনা মী পুম্বা কন্না ভাকশিনবা, ঐখোইগা শম্নবদগী মীপুম্বা অমুক হন্না তেকখৎপা অমসুং ভান্থোকপনি। পুন্সি অসি ফহন্নবা শক্তি লৈবা, অৱাবা কোকহনবা, শান্তি শন্দো-কপা............খোইশাউনবদু চান্নবা নুঙাইবনা মহুৎ শিনবা, ঈশ্বরদা যুম্ফম ওইবা অমসুং শিথদবা নুঙাইবদুনি ”

খুরুমজিবা মীদা লাইশোন মখৈনা থুনমক ঈশ্বরবু য়ৌহনগনি।

# ৩। ঈশ্বরগী খোঞ্জাল

হিন্দু বৈষ্ণব লায়নীঙ, শৈব লাইনীঙ, শিখ অমসুং খৃষ্টান লায়নীঙদা খোঞ্জালগী মঙ, নীংখিনা নৈনৈ। হিন্দু ধর্ম্মদা গুরুগী খোঞ্জাল অমসুং মথংদা ঈশ্বরগী খোঞ্জালদা কন শিনবা ঐখোইনা খঙনরে। শিখকী আদি গ্রন্থগী অধ্যায় খুদিংদসু খোঞ্জালনা হেক হেক হোই। গুরু অর্জ্জুন্না শুখমনি (পুক্লিং ইংবা) তম্বীবদা খোঞ্জাল অসি মথন্তনা লাক্তে; ঈশ্বরগী ওইনা তৌই হায়। খৃষ্টান ধর্ম্মদসু যীশুসি খোঞ্জালগী অবতারনি তম্বী। যোহান লাই পাউদা “খোঞ্জালদা শাদোং ওইরক্লুনা ঐখোইগী ইরক্তা লৈরে” হায়রি। অনৌবা লাইগী ৱাদা অরোইবা শ্লোক ওইনা

থৌজালনা মুনিশিংদা লৈসনু; আমেন হায়না লাউই। থৌজাল হায়বসি লোজিক্কী রাংমদা লৈ। নংনা ফংফম থোকত্রবসু ঈশ্বরনা পীরকপা ওইনা নঙোন্দা তাকত্রবসু লৈ। মরম হংবা য়াদে। মীনা শেম্বা আইন নত্তে। আইনশী রাংমদা লৈ।

থৌজাল অসি সুংশিবগা মরী লৈনৈ। সুংশিবা লৈবনা অমসুং থৌজাল ফংবনা ঐখোইগী পুন্সি অসি হিংবদা মতিক চাই, নত্রবদি মসি কায়বমলোই।

সুংশিবা অমসুং থৌজাল মথক্কী লাকই। থৌজাগ্না সুংশিবগী মরক্তা লৈ। Divine Consciousness (লাইগী ওইবা জ্ঞান) কী অথন্নবা মশক অমনি। ঐখোয় মীওইববু কনবিনবা অমসুং ভাকপিনবা তৌ্রিবানি। মহৌশাদদি হোংদবা আইন কয়া লৈ। ইমাগী থৌজালনা আইন থুগাইবা ঙমই। মরোম থোক্কবনা রা ভাবেবা অমসুং মখোও েকপন চৌঙ কাবা ঙমই। থোজালদগী বিল্বমঙ্গল, জোগাই মাধাই, সেন্ট আগস্টাইন অমসুং অতোপ্পা কয়ানা ভক্ত ওইখি।

থৌজাল অসি পীগদবা অমসুং লৌগদবা মী লৈ। 'state of grace' (থৌজানগী মওং) কৌবা মীগী পুক্কিংনা লেপ্পা ঙমদবা মথন্তুনা থবক তৌরকপা মওং লৈ। ইমানা মালেমদা লাক-লিবসি থৌজাল অসি পুংনিবক্লবনি হায়না অরবিন্দদা হায়বিরম্মী।

থৌজাল ফংলবদি মীশক হোংলক্কনা ইনা অমসুং মুঙাইনা লৈবা ওইরকই। পুম্নমক ঈশ্বরদা য়াউহ হায়না খঙলকই।

লাইগী থৌজাগ্না পুম্নমক তৌরবদি মীনা হোংনবা করি কায়গনি। ইশাদা থাজত্রবরা হায়বগী রাফম লৈরি।

অরিবন্দনা তস্নীরম্বদা থৌজাল অসি মীনা হোংনবদগী হেন্না কনলি। ঐখোইগী পাঙ্গল লৈজরবসু অনৌবা কলদি থৌজাগ্না পী। দাবী তৌবা অমসুং মতম লেপ্পা ঙমদে। মথন্তনা মাগী মতমদা লাকচৈ।

অরবিন্দ অমসুং মাদরগী মতৌ খোঙজাল অসি মী থরগীদা নত্তে। পুম্নমক্না ঙৈরবনা মদু ফংবা অমসুং লৌবা ঙম্নবা মনুংগী খোরাং তৌফম থোকই।

ঐনা করম্না খোরাং তৌগনি? পোৎলম অনী চংই — মাম্না aspire (আশা তৌবা) তৌবা অমসুং পুকচেল শেংবা। ঈশ্বরদা হায়জবা অমসুং খোঙজানগীদমক কখোকচবা অসিদনি। তপস্যা চংদে। কখোকপা অমসুং থাজবদা পুম্নমক লাকচগনি।

থাজবনা হুংশিবা অমসুং পুক্নিং চংবা পুরকই। শ্রীরামকৃষ্ণনা হায়খিবগুম্না হৌদোং মচানা মমা কৌবগুম্না লাকাত্রবফাওবা কৌগনি। হৌদোং মচাগুম্না খোরাংজবা মীদা লাইগী খোঙজাল লাকই হায়না অরবিন্দনা তম্বীরম্মী। মানা মসিবু Sunlit path of Reliance (থাজবগী হুংশানা ঙানখোক্লবা লম্বী) কৌখি।

সাধনা অসি তৌনবা মতম পুম্বদা থবক তৌবা, চাবা, তুম্বা অমসুং পোত্থাবদা লাই নীংবা চুমই। লমচৎ অসি মতম চংলবসু খোরাংবা শক্লবদি মথৎতা লাকচগনি। অশংবা মতম নত্রগা ধ্যানগী মতমদদা ওইবা ঙমলোই। পুক্নিং মনুংদা ঈথক অসি মতম চুম্না হৌহনবা ফৈ। মসিদা ঙামথবা লৈরবদি কৌরকপা অসি ফংজবা ঙমগনি। লম্বী অমতগী নত্তে। মথক অমসুং মথাদগী লাকতুনা উম্নগদবনি।

ইশাগী মায়কৈদগীদ মনুংগী মওং অসি শাগৎপা চুমই। থুবা চুমদে। তপ্না মতম চংনা তৌগনি। পুক্নিং অসিদি রাথনগী ঈথক ময়াম তিনবা পুক্নীন। পনলমদবা, পোত্থাদবা কোঙ্গোন (ripple) শুমই। তপথদবা পুক্নিং অদু মতম থরদি পোত্থাহনগনি। স্বর্গদগী থাগী মমি অদু ইকাই কায়দনা অতপ্পা পুখ্রীদা চুম্না মমি তাহনলু। লাইশঙ অদু থুনাম্বা লৈহনগনু। মদুদা লাই অদু চংলক্নুনা পনগনি। পুক্নিং তপথরবা কালদা

অচোইবা রাখন থরা মপান্থংবা শরুক্তা লাকপদা মমুং চংহনগনু। লাপনা লৈথোক্লবদা অপায়বা লৈচিনগুম্বা মথোয় মাঙজগনি। পুক্নিং চেৎলবদা ইমাগী থৌজান ফংজনবা মঙোন্দা থম্মোই হাংদোকউ।

ং ববসু মসি ওইথোকপা য়াই। থৌজাল লাক্লবদি ঋীবম অসি লুনা লাক্লনি। থওইদবা অমসুং লাইরিক হৈজদবা মীদসু মওং অমদা মসি থোকই, মথোইসু পুক্নিং তপথংহনবা ঙমই। চেকশিনগদবা থরা লৈরি। নংগী পুক্নিং অহু হাংলকপা মতমদা ফত্তবা রাখল্লা পনখিহুনা অচুম্বা লম্বীদগী চিংথোকথিবা য়াই। অহুনা অচুম অরান থিজিনবহু ঙম্নবা চেকশিনগদবনি। ঐথোইনা থৌজান হায়বসি করম্বা মতমদা লাক্লনি খঙদবনা মহু পুমনৌ নৌই অমসুং চাক্লনা লৈ। মহু ফংনবা থৌরাং তৌহুনা লৈগদবনি।

পুক্নিংদা খঙজিনগদবা অমনা পীবগা লৌবগা অনীদা অহাংবা করিগুম্বা থরদং লৈবা য়াই। ইমাদা মাগী থৌজান পীবিরক্লবা হায়জবদা খুদোং থীরোই। পাত্র অহু মতিক চাদবনা মহু ফংবদা থরা পনবা য়াই। Lurking (লোত্তুনা লৈবা) ওইনা পুকচেন শেংদবা, মপুং ফাদবা অমসুং অবাৎপা লৈবা য়াই। হকচাং ওইনা নক্লরগা থৌজাল অহু ফংবা য়ারোই। হকচাং লাপ্পরবসু মতম পুম্বদা মমুংগী নক্লবদি কনাগুম্বনা মহু ফংবা য়াই।

মশিং থিবা ঙমত্রবা থৌজাল অহু ফংবা মতমদা পুম্নমক হীমায় চুমই। Evolution ( তপ্পা চাওথংপা ) গী থোঙচং থুজনগনি। মপোক কয়াদা ফংগদবা অহু পুন্সিদা কোম্বা ফংগনি। থৌজালনা অরোইবা পম্থুং য়োইহনগনি। মসি থোঙনা লম কোয়বগা থুনা এরোপ্লেন্না পুবিবগা থেন্নবগুম্বনি।

থৌজাল অসি নংগী নশা কাম্নবগীদমক নত্তে। মসিনা পাঙ্গল কলহন্দুনা ইমাগী থবক অমসুং ঈশ্বরগী থবক্তা মতেং পাংগনি। ঐখোইগী অনৌবা শক্তি অদু ঈশ্বরগীদমক নোমগনি।

## ঈশ্বরগী থৌজাল অমসুং হৌজিক্কী চকথববা পুৰিংগী

### ঈথকশিং

বিজ্ঞানগী চাওখৎলকপগা ঈরোইননা মীওইবা পুম্বা মতম পুম্বদা পুৰিং অসি লাংতরবা হৈনগৎলকলে। বোম পোকথায়-দুনা মিংকুপতা মাঙখিগদবা পুন্সিনি। মীনা জগৎ পুম্বদা অমত্তনি থন্দুনা পুম্না লৈবদা চংখিবা নত্রগা ওল্লাংবা অসি শাংথহম্নবা হস্থবা শা ঙাগী থাক্তা কুমথবা – অনীগী মরক্তা অমা তৌবা তাই।

হৌজিক্তা ওল্লাংবা হেনগৎপসি মাদৰ (শ্রীমাগী) গী পাউজেলদা অনৌবা জ্ঞানগী অমসুং হিবগী শক্তি অমা পোংকী জগৎতা কুমথরক্লে; মসিনা মীওইবগী পুন্সিদা অহোংবা পুৰক্লবা ঈথক ঈপোম অমসুং অমম্বা থোকহনবান হায়রি। থুনা হোঙবা লাকপাসনা মহৌশানা শাফু পিবদগী অক্লবা মতাং পাকহনলি। অনৌবা রাথনসিনা অথোইবা মী থরদা শন্দে ক্লগা মনৈদা মীওইবা পুম্বগী শরুক থবদা য়োৌখগান। বিজ্ঞানগী চাওখৎ-পদগী জগৎ অসি পুনশিন্না লৌবগী ভাব লাকলিবনা উৎপদি অচুম্বদু লাকলে অমসুং মশক ফোঙদোক্লবা হোংনরি আসনি।

মাদরনা ওস্বীবদা অনৌবা শক্তি কুমথবসি মীওইবগী ইতি-হাসতা মাঙতাকপা থোকহনবগী ঈথক ঈপোমগা নক্লে। মঙাল অমা লাকপদা অদু থিংনবা অমম্বা মথাদগী চোংথোরকই। হৌজিক্কী অনাবশিং অসিসু মসিগা পাংথক্লি। অমুক শাথীবা ফত্তবা থোক্লিবসিদি মফম নাইবা অমসুং শক্তি লৈবা মীওইনা ফত্তবা শক্তিশিং অসি পায়শিনখিবনি। কৈরেং তুরেং তৌখিবনা ভেসু (এমস) অত্ত ঈরাক্লরে।

মহৌশাদগী ফত্তবনা মালেমদা থমগৎলবদা ঈশ্বরগী থৌজাল দা ওনশিন্দুনা শান্তি থিনখি। মসি অমনা তম্না হকচাং মহুংদা খম্মহুনা অরান খুভম থিখি। শান্তি হায়বসি আধ্যাত্মিক মীংতম্না ফংনবগীদমক চংদবা যাদে। তৌইশুম্বসুং শান্তি হায়বসি মথন্তমা অথোইবা নত্তে। পুন্সি অমসুং থবক কয়াদগী মানা ঐথোইবু শুম্বা যাগ্লোই। অদুনা শ্রীমানা শান্তিগী অতোপ্পা মশক অমা তম্মীরি—খুদোংথীবা পুম্বা লাকহৎপা মীবু অনৌবা ম্বাংখৎহনবদা পুবা ঈশ্বরগী শক্তি ফংহনবা অমসুং অনৌবা জগৎকী লম্বী হাংদোকপনি।

অদুনা মীওইবনা থৌজালগী মমায় অনীদা শান্তি অমসুং চাওখৎপা ফংনবা থৌশিনগনি। তৌভিকী মীওইনা মহৌশা চৎনরম্বা বৈরাগ্য হায়বা জগৎতগী লাপথোকখিবতু পায়রে। জগৎগী ফত্তবা শক্তি ফারগা শীজিন্নদুনা লাইগী ওইবা মতৌনা চয ওইবা উৎপা পামই জগৎ অসি জ্ঞান তেমগৎনবা শেম্নি হায়বা মালা থই। মদু ফনবা থবক্তা পাঙ্গে ওই। মরম অসিনা লাইগী থৌজালগী চন্না মপাঙ্গল লৈবা মশক্তা মী পুম্বা চংশিনবা অমসুং তৌভিকী শাপাইরবা অরাবশিংদগী ফনহনবা পামই। দফহদবা অংসু ফত্তব খিবক জয় তৌরবদি মীওইবনা মালেমদা ঈশ্বরগী লৈবাক লিংখৎপা ঙমগনি অমসুং শান্তি, অমসুং নুংঙাইবগী অনৌবা order (মথৎ মনাউ থম্বা) হোদোকপা ঙমগনি।

রাথন অসি Dr. Pitrim A. Sorokin কৌবা অচৌবা Sociologist না মাগী লাইরিক Reconstruction of Humanity দা চপথাননা কোঙদোকখি।

শ্রীমানা পনলিবা অহেনবা শক্তি অসি ঈশ্বরগী থাইদগী হেনবা শেমগৎনবা শক্তিনি; শ্রীমানা মসি কুমলকলে হায়রিবসিনা পুন্স অনৌবা লম্বা অমা হাংদোকপগী সাক্ষীনি। হায়রদগী

হেন্নবা মপা লৈত্রবা মুঙাইবনা হৌজিক থেংনরিবা কয়া থীরবা অরুবা মতাং অসিবু মহুৎ শিন্নগনি।

## ৪। শিবা কিবা

ঐখোই পুন্সিনা শিববু কি। মী পুন্সিদা শিবদগী হেন্না কিবা অমত্তা লৈত্রে। Bacon দা হায়খি—"অঙাংনা অমসুংদা চৎপা কিবগুম্বা মীনা শিবা কি।" শিবগী অথুপ্পহু কুপথনা থম্মরবদি মপানলোমদা অমম্বা অকিবা ওইবহু অশেংবদি আশীবাদনি। খঙদুনা অশিববু শাপ অমসুং তমখিবগী মপু কৌরুবনি।

কিবগী মরম—শিদবা হায়বহু হৌজিক ঐখোইগী পুক্লিংনা শোয়ত্রে হায়না লৌবা ঙমদ্রে। ঐ হায়না খঙনরিবসি মতম কুইনা লৈবসি থাজবা নত্রগা পামজনা নীংবদা ওই। ঐ হায়বসি হকচাংগী occupying tenant ( মপু ওইবা অবাইবা মীরা ) কিরায়াদা লৈত্রা ? ঐখোইনা লৈরিবা মালেমসিদা হিংবা ঙমদবসি অকিবগী হৌফমনি। মপুং ওইনা মীওইবগী পুন্সি অমসুং মমি শামি ওইনা শা, ডাগী পুন্সিদসু শিবগী থোদো অসি মায়য়োক য়ানবা হোৎনৈ।

অশিবনা থোকহনবা অকিবা হায়বসি মীওইবনা হকচাং পোলাংদা কনশিনবা পীবা অমসুং মতুগা লোইননা থুদোং চাবা থম্বননি। শিরগা মথন্তা তাহৌগনি অমসুং চান্নবা মরূপ মপাং কায়নরকনি থনবদগীনি। হৌজিক্তা কন্না য়েংসনমনবনা মমাংদৈদা থোকখিবা অঙাং ওইরিদৈগী মুঙাইবহু কাউথোকই। অঙাং ওইরিদৈদা অহন ওইবা অমসুং অশিবসি ঐখোইবু ভাইরি হায়বা ঐখোইনা কাউই ; মখোইনা লাকপদা ঐখোইনা কি।

অসিগী মথক্তা মহৌশানা ঐখোইনা পুন্সিগী ৱাথনগা অশিবগা লোইনহনলি। অশিবনা ছিংবদগী হেন্না খুদোং থী নীংই। ধর্মগী লাইরিকশিংদা মী মশানা খুৎ মত্তোন চপথায়বা মন্ত্রগা শুংপদা কয়াম অৱাবা ওইবগে হায়বতু থনগনি হায়রি। মশা অপুম্বা মোংহনবা অদু মাঙহনবদা হকচাংদা কয়াম নাগ-দগে থনবা চুমই। গরুড় পুরাণদা মীনা শিরগা অৱাবা নংবা কয়া অকিবা মওংদা নৈনরি। তৌইগুম্বসুং মখোইসি ভাবনা শাজিনবান। খন্থরবদি মী অমনা শিবদা মাগী খঙনবগী ইন্দ্রি কায়াং পুম্বা শিজ্জরে; মখোইনা অৱা মুংঙাই খঙলরোই। অশিবনা হিংহৌবমথৈ ৱাহনলি অমসুং অশিববুদি শোকহন্দে।

মীওইবগী নাপন—অকিবগী হৌরকফম অমদি ঐখোইনা শিরবদা সমাজগী অমাঙবতু হঞ্জিনবা ঙম্মরোই অসিনি। ইশাবু কান্নহনবতু হেন্না চাওথোকনবা অপংবা ভাবনি। Tennyson না হায়খি—মহৌশা লাইবেম্বীনা মীবু থওইদবমুক species (কাঙলুপ মচা) বুদি চেকশিনলি। মীনা অশিববু নীংশিংদুনা লৈরববু মতমনা ফহনদুনা কাউথোকহনলি। সমাজনা মহৌশাগী থবক অদু কায়দনা চৈথে। লুপা য়াম্না পায়বা অমসুং অচৌ অশাংগী মীওইসু নীংশিংনদে; অকাউবগী থায়াত্তা তাখি। মোংফমগী ৱাংমদা শন্দোকপসি অচুম্বগী মুংশিবা মনমদনি। অচৌবা নিংথৌশিং অমসুং শক্তি পায়রবা জেনেরেলশিং কুয়না নীংশংনদে।

অপিকপা লৈবাক ঙাকপা, অপিকপা শাসন ওইরে
অচৌবা অমসুং অকনবশিংনা লৈগদবা
পোকপদগীনা শিবা ফাউবদা।

ঙাকপীহৈবা লানবীবা—শোয়দনা থোক্লগদবা অশিবা অসি অশোন অনা অমসুং অৱাবদগী লানবিবনি। অতেনবা মিৎ-য়েংদা অশিবা মথন য়ামই : অহন ওইরকপা অমসুং লায়নানা

শিবা, লান, হাৎনবা, মথন্তা শিজবা অমসুং থংগৌদনা শিবা। নৌনা পুন্সি কেম্বা নত্রগা তিংহৌরিবা মবীমতা নত্রগা জগত্তা হক্তিনবা ভমদনা অবাবা থোকহনবস্থ য়াউই। শিরিবা মীদদি অবাবা লৈতে, জগৎসিগী অরা অনাদগী কোকংনবনি। থরায়বু পীরিবা মপুদা হক্তিনবনি। শিংলবা Socrates না হায়খি "অশিবা হায়বসি মতমপুম্বগী ওইনা তুম্বা অথুম্বা লোম্বা নাইদনা কাউথোকপা মতুদা হাৎনবা, অরান্বা, অবাবা লৈত্রবা নত্রগা মালেমদগী স্বর্গ কানবা লম্বী, ঈশ্বরগী কোম্নুং য়োনবা হন্দোক হক্তিন চংনবা কা অমনি। মানা মথা তাথাখ, "মশাগী মত কোঙদোকপগীদমক মী কনামতা হাৎখিদ্রে, অতুনা মরূপশিং, ..........চীংলেম্মু, অমসুং ঐনা শিবদা করিস্থ তেংথাগমু।"

আত্মাদি শিবা নাইদে; লেংদবা মশক থরায়াদ মাঙবা নাইদে; শিরিবদি হকচাংদনি হায়বসি উপনিষদশিংদা তম্বীর। গীতা অমসুং মৈতৈ পাউরোদা শিবা হায়বাস হকচাং পোলাং অমনবা থাদোক্ননা অনৌবা ফিজোন লৌবনি হায়রি। Socrates না মাগী মরূপ Crito দা মহাক ফুম্বা পাম্বগী মরমদা হায়খি। অশেংবা হকচাং নত্তে, ফাবা শুকঙম ভমলোই। অশেংবাদ চাহ লৈতবা অমসুং শিবা লৈতবনি। ঈশ্বরনা কৌত্রিবা ফাউবা যুমশুম্লবা হকচাং অসি শংনবা মাগী মুংশিংরা অঙাংশিংদা শিম্নবনি। থাদোক্নবা মানা মুংশিনা কৌরকপদা ঐথোয় পুম্বা চৎকদনি। থাজবা অসিনা কবি রবীন্দ্রনাথদা ইহনখি—"I will die again and again to know that life is immortal." (পুন্সি অসি শিবা নাইদে হায়বা খঙনবা ঐনা হম্না হম্না শিগনি)। Epictetus না অশিবগী মরমদা নীংখিজনা হায়খি:—"When life according to Nature is no longer possible, He, the Supreme Captain, in sounding the bugle for retreat. He, the Master

of the great household, is opening the door and saying to us, "come." and when he does so, "instead of bewailing your misfortune, obey and follow. Come forth, not, murmuring, but as God's servant who has finished his work, conscious that He has no more present need of you here." মহৌশাগী মতুংইনবা পুন্সিনা শাংথনা লৈত্রবদা, তাইবঙ মপূনা, (থৌবুনা) হল্লক্লবা মাগী বেঙ্গুল থোংই। য়ুমজাউ মপুনা (মহাক্না) থোং হাংহুনা ঐখোইদা হায়, "লাউ" অমস্থুং মসি তৌবদা ঐখোইনা জাইবক থীবহ্নু চমম্নবগী মতম্তা হায়বা ইনগনি অমস্থুং মতুং ইনগনি। মুক্নম মুক্নম শোন্দনা তৌইগুম্বস্থুং মথৌ লোইরবা, অসিদা নংবু মানা দবকার ওইদ্রে হায়বা থঙহুনা থোরকউ।"

অহেনবা পুন্সিদা য়াকাংবা :

অহেনবা পুন্সিদা মিং পাঙহনবা : থরায় শিদবনিনা অশিবা হায়বসি ঈশ্বরগী জগৎকি শব্দক অমদা মিংকপ থোকহনবনি। মপূংফাবা শান্তি, মনীংতম্বা অমস্থুং মাঙবা নাইদবা ময়াম তিনফমদা চংশিনবনি। থংনবা, অৱাবা অমস্থুং থওইদবগী মকোন ওইরবা জগৎ অসি ঐখোইগী ঙহাক পনবদনি। অশেংবা য়ুমদি লাই লৈবাকনি। Milton না অশিববু "a golden key that opens the place of Eternity" (লোম্বা নাইদবগী মফম হাংদোকপা সনাগী শোঙ্জৈ অমা) কৌই। মত অসিগা হায়কেং চান্নবা ৱাথল শ্রীঅরবিন্দ অমস্থুং মাদরগী দর্শনদা ফংবহ্নু লৌথংসি।

অরবিন্দগী পূর্ণযোগ থঙদবা মীওইনা অরবিন্দ অমস্থুং মাদরনা সংসার থাজিবসি করিগীনো হায়না চমম্নবা ৱাহং থোকহনলি। অশিববু জয় তৌবসি মখোইগী সাধনা ওইরবদি অশিবনা 'necessary end' (দরকার ওইবা অরোইবা) ওইফম থোক্কে।

অশিববু জয় তৌবসি পূর্ণ যোগগী পন্থ: নত্তে। জয় তৌবা হায়বসি হকচাং অসি অকরবা লৈতনা হিংথবনি। হৌভিক্কী পুন্সি মওংদা মীগী হকচাং শাংথনা হিংবসি ঈশ্বরনা নোম্বীবা ওইরমগদ্রা? Life Divine গী fortnote অমদা শ্রীঅরবিন্দনা অস্নুম্না খনবত্থ ৱারনিং পীখি: "সাইন্স Physical Science (পোৎশক্কী বিজ্ঞান নত্রগা occult Science (অরোম্বা মহৈ) না হকচাং অসি অকরবা নত্তনা হিংতনবগী কিবমশিং অমসুং পাম্বৈ পুথোক্লবসু, মনুংগী চাওখৎপা অচুগী ফোঙদোক্লবা মতিকচাবা থংলায় হকচাংনা ওইবা ডংক্রবদি হরায়না মা থাদোরবা লম্বী অমা ফংগনি অমসুং অনৌবা incarnation (অবতার) অমা চংখিগনি; মসিগী অচুম্বা মনু, খ্বাইদগী ওইবা মবমদি অনৌবা Being (মশক) Evolutionগী আধ্যাত্মিক দরকারনি"

## Self-Fulfilment (ইশা ইথস্তা পাংথোকপগী যোগ

শ্রীঅরবিন্দ অমসুং মাদরগী মচং ওইবা পাউজেলদি অহেন্বা মওং মতৌ অমদা ওইবকপনি। তপ্পা চাওখৎপা মওংগী অনৌবা খোঙথাং ওইনবা মীওইবনা মশা পাঙথোরবগী যোগ অমা পাম্বা তাই। ঈশ্বরনা মীগী মপোক অমসুং জগৎ অসিদা (জগৎকী রাংমদা নত্রগা পুন্সি অসিগী মথন্দা নত্তনা) শক্লোন ফোঙদোক্লবা ভাইবিরি ফোঙদোক্লিবনৈথ মীওইবনা অহেনবা পুন্সি ফংনবা শিবা "need of death to find a greater life" চংই। মরমদি অশিবা হায়বসি মহোশা পাইরেম্বীনা পুন্সিদা ইরেপ লেপ্তনা হংবা বাহ নি অমসু মানা হন্ন হন্না নীংশংবত্থ মতুগী পাওখুম ফংদ্রি।"

তৌইগুম্বসুং অশিবগী তমথীবা অমসুং ভক কনবত্থ মতম পূম্বগী ওইনা চুমগদবা নত্তে। মীওইবগী পিক্লবা অমম্বা পুক্লিংনা খওইদবগী অমসুং অরাবগী উতোং অসি লিথোক্তনা Light Supramental (অথোইবা মঙাল) গী থাক য়ৌশনবা মতম

অমা লাকখিগনি। মতম অদুদা মীনা অশিবগী মথক্তা জয় ওইগনি। মুমিং অদু পংলাপ লাগুবা য়াই, তৌইগুম্বসুং মসিগী হৌরকপনা মীনা খোঁরাংজবা ঈশ্বর, মঙাল, নীংতম্বা অমসুং শিদবা (immortality) চুমহনগনি।

তৌইগুম্বসুং ঈশ্বর, মঙাল অমসুং Spirit (থৌনা) কী নীংতম্বা অসি মীনা মশাদা শিদবা ফংত্রিবৈদা Realisation (শেংনা খঙবা) শিং অসি ফংনবা চংবা নিয়ম অদু Trans-formation (হোঙদোকপা) কৌই। শ্রীঅরবিন্দ অমসুং মাদরনা মথোইগী মশাদা হোঙদোকপগী মওং অসি ফজনা উৎখরে— হাম্বনা হোৎনরমদবা আধ্যাত্মিক ওইবা হোৎনমনিনি। ফজরবা চাংয়েং অসি উৎপদা মাদরনা অরাবা কয়া নংথি অমসুং অশিবগী মরমদা মানা খঙহনবা অদু য়াম্না মরু ওই। মসিনা খঙহনবদি হকচাংদা ওইবা য়াবা পুম্বা মানা তৌগে, spirit না (আত্মানা) Matter (পোৎশক) বু জয় তৌবগী লম্বেলদা পাংথোকপা য়াবা মথৈ পাংথোকখ্রে।

# ৫। লৈশিংনা ফোঙলিবা

লৈশিংবু ফজবা অমসুং মনম মুংশিবগীদমক পাম্নরি। অরাবা অমসুং মুংনাংববু তাম্থোক্তুনা মায়থোং মকা লাম্বদু লৈশিংনা উৎলি। অশেংবা অমসুং মরাল লৈতবা শন্দোকই। মালেমদা পোক্লবসু মসিদগী হেন্দোকপা স্বর্গগী ওইবা মিংচৎ থিন্দুনা উৎলি।

ফজবা অমসুং মনমদগী হেনবা মউৎ অসি ঐথোইনা খঙনদে। লৈনা উৎপা মরোল অদুদি মমুংগী ওইবা, থৌনা হাপ্পা অমসুং মতম পুম্বগী ওইবনি। ,ফজবা, আধ্যাত্মিকী ওইবা পাউতাক শন্দোকই।

পৃথিবীগী মকম পুম্বদা আধ্যাত্মিকী মীশিংদা মীওইশিংনা লৈ পাম্নবা অমসুং শীজিন্নবসি ফজবগীদা নত্তনা মখোইদা তুমিন্না অথুপ্পা অমা উৎপগীনি হায়রৈ।

লম লম খুদিংগী অমসুং সভ্যতা খুদিংগী ওইনা অথন্নবা লৈশিংবু ঈশ্বরদা কৎনরি। ধর্মগী শবক খুদিংদা থম্বাল, থরো, সঙ্গোই হীদাক অমসুং আতবগুলাপনচিংবা কৎলৈ। মখোইগী মমুং হঞ্জিনবা তম্ব থমলৈ।

মকম পুম্বদা লৈশিংবু মীগী থম্মোইগী লুনা ফাওবগা নক-শিনহল্লি। বৈষ্ণবশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা তুলসী কৎলি, তান্ত্রিকশিংনা শক্তিদা জবাকুশুম, শৈবশিংনা শঙ্গোই হীদাক মপাল শিবদা কৎলি। মণিপুরগী শলাই ওরেংকী অপোকপা খুরুম্বদা তোঙান তোঙানবা লৈশিং—লৈরুমলৈ কাকৈল, খোংগমমেলৈলনচিংবা শীজল্লৈ। লৈ জাৎ খুদিংগী তোপপোপ্পা অর্থ অমসুং থম্মোইদা পীবা পাউজেল লৈ। ইন্দ্রদা মুঙাইবা পীবতা নত্তনা থরায়দসু পীরি।

পণ্ডিচেরীগী শ্রী অরবিন্দ আশ্রমদা লেনবা সাধকশিংনা লৈরোন কয়া লৈলৈ। কনাগুম্বনা আশ্রমগী অকোয়বদা চৎ-লুবদা লৈ মথল মথেল উবদা ঙক্কনি। পৃথিবীগী মকম পুম্বদগী পুরক্কনা থারবনি। ফুগাইনা শাৎলবা লৈরাংশিংনা গুমাং, লবুক, চীঙ্গোল অমসুং দলান মথক্তা পংতি কয়াগী ওইনা লৈতেংখি। সাধকশিংগী থম্মোইদা লংহনলি। অরোন অথুপকী পাউজেলনা সাধকী থম্মোই জ্ঞান হেনগৎহনলি। আশ্রমগী মাদরদা (শ্রীমা) দা সাধকশিংনা লৈ কৎলি।

মখোইগী মরোল করিনো? পাউজেল করিনো? শ্রীমানা লৈশিং অসিনা পোৎশকী ওইবশিংগী Soul-consciousness (থবায়-জ্ঞান) নত্রগা Psychic (পুক্নিংগী) জ্ঞান ফোঙদোকই হায়রি। মালেম ইমানা ঈশ্বরগীদমক ফাওরিবা অপাম্বা,

হুংশিবা অমসুং নীংলিবদু লৈশিংনা তাকই হায়। Matter (পোৎশক্কা) শুজন্দুনা য়াউবা অরোৎপদুগী অকবা পূম্বা মৈরিক কাপথোকই।

Flower Service (লৈগী সেবা) কৌদুনা অয়ুক্কা লৈকোন-দগী লৈ হেক্লগা শ্রীমাদা থাই, মেম্বর অতৈদসু কৎনবা থাই।

মীনা শ্রীমাদা লৈ কৎপদা মখোইনা পাম্বদু লৈশিংনা ফোঙদোকই। শ্রীমানা মখোইদা লৈ পীবদসু মখোইদা রা ভাঙদবা অর্থ অদু ফোঙদোকই। চপচানা লৌশনবা ঙম্বা মীনা অর্থ খঙদুনা মখোইদু ফজনা থমই। সাধকশিংনা শ্রীমাদা লৈ কৎপদা মদুনা থুদক্তা মখোইনা পামজবা অমসুং থুরমীংবদু তাকই। শ্রীমানা হায়বিখি; "ঐনা নখোইদা লৈশিং পীবদা জ্ঞানগী মথনশিং পীরবনি।" সাধক অদুনা চংলিবা আধ্যাত্মিকী থবক অমসুং মঙোন্দা শ্রীমানা চাৎখৎচন্নিংবদু য়াউরে। সাধক-শিংগী পুন্সিদা লৈশিংনা কান্নরবা থোদাং লৌরি।

শ্রীমানা লৈ পীবা অমসুং থাবদা আশীর্ব্বাদ পীবদা নত্তনা কান্নবা শক্তি পীবা অমসুং healing (অনাবা ফবা) শক্তি পীবীবসু তৌই। অরবিন্দ মশামক্তা মসিগী মরমদা ইখি: "শ্রীমানা লৈ পীবসি আশীর্ব্বাদত্তা নত্তনা অনাবদগী কনবিনবনি।

লৈ মখলগী অর্থ তাকপা অমসুং মচু খঙনবা বুক লেত মচা অমসু ফোঙলে।

গুলাপ মচু অঙাংবা—ঈশ্বরগী নুংশিবা
গুলাব অঙৌবা—শেংলবা মুংশিবা
গুলাবকী নাপু—ঈশ্বর থীবা, চঙজবা
থম্বালগী অঙাঙবা—শ্রীঅরবিন্দগী খুদম
থম্বালগী অঙৌবা—ঈশ্বরগী থোজাল।
থম্বাল—ঈশ্বরগী জ্ঞান
Jasmine—অপুনবগী অশেংবা

কদম্ব—Supramental (অহেনবা জ্ঞানগী) মুমিং
Chrysanthemum—পুক্নি শক্তি
Zinnia—খাংবা কনবা
Dahlia—Dignity psychic
(অচৌবা পুক্নিংগী মওং),
মুমিংলৈ—Supramental
(অহেনবা পুক্নিং) দা ওনশিনবা জ্ঞান
Hibiscus—ঈশ্বরগা অমতা ওইরবা জ্ঞান
চম্পা (লৈহাউ)—অশেংবা
Gaillardia—ভুংদা মায় পাকপা
Dianthus--Collaboration
( থবক তৌমিন্নবা )
Euphorbia—পুক্নিং থিংজনবা
Canna—Emotion (পুক্নিংগী ঈপোমগী) ময়ার
Petunia—হৈনীংবা
Begonia—থনচাবা
Magnolia—মিৎনা শিংবা
Allmanda—পুক্নিংগী মায়পাকপা
Datura ( শঙ্গোই হীদাক)—তপস্যা
Daisy—অপুনবগী অচম্বা
Siris—লৌশিং
ঈশিং থরো—লম্বুম
নাপীগী লৈ—অনুতাপ
Gold mohur—খঙবা
Bougainvillea—ভাকথোকপা
Russels—ঈশ্বরগী মুংশিবা, পামজবা
Shefali—অপাম্বা, অনীংবা,
Orchid—আধ্যাত্মিকী শুভাইবা

Babul—জ্ঞান
Poppy—পোথাবনা থনবা
Henna—ঈশ্বরগীদমক শক্তি লৈবা
Madhabi—আধ্যাত্মিকী মায় পাকপা
Mangolia—মপুংফানা মিংনা শিঙবা
মালতী —থোকললক্লিবা থরানমিচাক
চম্পা (লৈহাও)—Humility (নোল্লুকপা)
Bela, Juthi, Mallika
Kamini = Psychic অশেংবা
কফোই—ঈশ্বরগী সুংশিবা
তুলসী—ভক্তি, লাইশোন
বিল্বগী মনা—পূজা

মরুওইনা শ্রীমানা কনাগুম্বগী মপোক মুমিত্তা লৈ ফংবা অমসুং পীবা তৌই। অবাপ্পদগী মীনা মাগী আশীর্ব্বাদ পাম্বদগী মথ্ুত্তগী লৈ ফংনবা আশ্রমদা লাকই।

মসিগী মথক্তা চহিগী মনুংদা মুমিৎ ৪নিদা মীপুম্বদা লৈ পী। (ফেব্রুবারী ২১, এপ্রিল ২৪, আগষ্ট ১৫, নবেম্বর ২৪)। শ্রীমা দর্শনগী মী য়াম্না মুমিৎশিং অসিদা লাক্নে। মখোইনা লৈ মরাং কাইনা ফংই। মখোইনা পুম্বগা মরূপ মপাংশিংদা য়েনবি। আশ্রমগী মেম্বরশিংনা চেথাওদা লৈ হাপ্পগা মরূপ মপাং অমসুং মরীমতাশিংদা থাই। লৈশিংনা শ্রীমাগী থোজাল ফংই। লম পুম্বমক্তা য়ৌথি। জীব থ্ুদিংবু মানা মুংশিবী।

অথনুবা মতাংদসু মানা লৈ য়েম্থোকই। মদুদি এপ্রিল তাং ৪ (শ্রীঅরবিন্দনা পণ্ডিচেরীদা থুংলবা), অষ্টমী পূজা, বিজয়া দশমী, কালী পূজা, লক্ষ্মী পূজা, স্বরস্বতী পূজা, খৃষ্টমাস অমসুং চহি হৌগৎলকপা মুমিৎ।

শ্রীমানা পীবা লৈশিং অসি মখোইদা dynamic force (পাঙ্গল শক্তি) পী। ভৌইগুম্বসুং মপূংফাবা কান্নবা ফংনবা মী অদুনা থবক ভৌবি।

জ্ঞানগী ভোঙানবা মথলশিং শক্তিশিং, থৱায়গী মগুণশিং, ঐখোই ইশাগী ভোঙানবা মওংশিং—অনৌবা মপোক, হৈনীংবা, লাইগী থৌজাল, ইশাগী অপেনবা, পূরিংগী লৈথোক লৈশন, ফজবগী শক্তি ঈশ্বরনা লৈবা, শ্রীকৃষ্ণনা জ্ঞ'নদা লৈবা, অরান খূভম, রাধাগী জ্ঞান, ঈশ্বর নুংশিবনা মালেম থনবা শান্তি অসিনচিংবা।

লৈশিংগী অর্থদা অথুপ্পা মখল কয়া থল্ল' লৈ। লৈশিংদা নত্তনা ভোঙানবা মচুশিংনা অর্থ ভোঙান ভোঙান উৎলি।

Pink rose (গুলাব মচু) না চংজবা, নাপুনা পূক্লিংগী চংজবা, অঙৌবনা ঈশ্বরদা মপূংফানা নুংশিবা তাকই। মচু মখল কয়াগী লৈশিং অসি মখোইদদা জগৎ অমা ওইরবনি। মোমোন নোক্তুনা অথুপ্পা পাউজেলশিং অদু থম্মোইশিংদা শন্দোকপা, ইমাগী শক্তি খঙহনবা থবক ভৌরি।

ঈশ্বরদা চংশিনবা মতমদা যোগ অমসুং পুন্সি অমদি মহৌশা অসি য়াম্না নকশিন্নবা লৈমিন্নে। মসুম্না পুনশিননা নৈনবদা পামলিবা থৱাই ঈশ্বরদা থাঙ্গৎলি।

---

# References ( তান্নখিবা লাইরিকশিং )

১। শ্রীঅরবিন্দ: লাইফ দিভাইন, ভলম ১ (১৯৪৩) অমসুং ২ (১৯৪০), The Riddle of this world, Letters of Shri Aurobindo, all the Series, সাবিত্রী, The Synthesis of Yoga ১৯৪৮), Bulletin of Physicrl Education, Vol. I, No. I, II, The Foundations of Indian Culture (১৯৫৩)।

২। ডাক্তর কে: আর:, শ্রীনিভাস আয়েঙ্গর: On the the Mother ( ১৯৫২ )।

৩। কে: ডি: সেটনা: শ্রীঅরবিন্দ—দি পোইত (১৯৭০)

৪। The Phenomenon of Man, London Collins, 5th Impression ( 196 ).

৫। R. C. Zachner : Evolution in Religion-A Study in Shri Aurobindo and Peirre Teilhard De Chardin—Bombay

৬ Arya, "The Future Poetry", Vol. IV, (1917—18).

৭। ডা: এম: কীর্ত্তি সিংহ, অসপেক্টস ওফ অরবিন্দজ থোট ( ১৯৭৮ )।

৮। " " কোন্তদোকপ্রবা আর্টিকলশিং।

৯। অরবিন্দগী ভক্ত ওইববা ডাক্তর ডি. এস বোয়, রিসাব-চান্দ, নলীনিকান্ত গুপ্ত অমসু· এম: পি পণ্ডিতনচিংবনা মরক মরক্তা কোন্তদোকখিবা আর্টিকলশিং ভরনেস কয়াদা কোন্তদোকখিবশিং।

১০। V. C. Joshi (Ed.) Sri Aurobindo An Interpretation (1973).

১১। Sri K. R. Srinivasa Ayenger Ed.) Shri Aurobindo A Centenary Tribute, (1974).

১২। Some Answers from the Mother (1964).

১৩। A Scheme for the Education of Bengal (1957).

---

• ( মপাদা লৈরিবা মণিপুরীশিংগীদমক অইবগী লাইরিক পুস্থ। মমল তথাই )

# অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | চুমথে ক্লবা |
|---|---|---|---|
| ১ | ২৩ | Backk | Back |
| ১ | ২৪ | Natuare | Nature |
| ১ | ২৭ | শেমগৎলকসি | শেমগৎলকই |
| ১৭ | অপুম্বা | ব্রাহ্মন | ব্রহ্মন |
| ২০ | অরোইবা | ৩০ | ২ |
| ২১ | ৫ | নল্লিকনা | মল্লিকনা |
| ৪১ | ৬ | নাদয়ক্কনা | নাদয়েক্কনা |
| ৫২ | ২০ | মৎয়েং | মিৎয়েং |
| ৬৪ | ৭ | তৈল হুড | তৈল হুর্ড |
| ৬৬ | ২৪ | Superstructur | Super-aggregation (মরী থানদ্রবা থবাই-শিং অপুম্বা) |
| ৬৮ | ২ | organoplanetary | Organo—planetary |
| ৭৩ | ১১ | নৈনবগা | নৈনরগা |
| ৮৫ | ৫ | লবনসু | লুববসু |
| ৮৭ | ৪ | চকথরবা | 'চোকথরবা |
| ৮৭ | অরোইবা | পুন্স…লম্ব | পুন্সি …লম্বী |
| ৯২ | ৪ | fortnote | footnote |
| ৯৫ | ২৪ | খদম | খুদম |
| (i) | ৫ | হায়রিবম্বা | হায়বিরম্বা |
| (ii) | ২১ | Girl's | Girls' |
| (ii) | ১৬ | লিসিথ | নিসিথ |
| (iv) | ৭ | থুবো | থুরো |

লেখকী য়ামদা লৈরিবা

Religious Developments in Manipur in the 18th and 19th Centuries, Ph.D. Thesis Royal, 8 Vo.

## থুনা ইবা ওইনা লৈরিবা

১। মণিপুরদা অনৌবা লিজমগী ইতিহাস—

মণিপুরদা চেকোক তৌদোবকপদগী হৌজিক ফাওবদা কংলক্লিবা অমসুং তোকলক্লিবা চেকোকশিংগী থৌদাংশিং ইসিংগা ওইনা লৈরবনি। অরবেলিক্তশিংনা থমদবা য়াম্রবা লমশিংগী মশাক কয়া লৈনরবা খুৎইনি।

৩। হুবান চৌহ্নী ভাকপা মীওইশিংগী খঙবদা কায়বা—

পোলিস হায়বগী ভাব, নোংপোক অমসুং নোংচুপ্তা করম্না খোকলকপা, সর্বদয়গী দর্শন অমসুং থানা চৎবা মীওইশিংনা পাবদা মুক্তাইগদবা পৌদোক কয়া থোমজিন্দুনা ফোংদোকপনি।

৪। ফিলোসোফিগী নিয়্যনারী পরেং—

নোংচুপকী দর্শনদা গ্রীক্কী দর্শনদগী হৌজিক ফাওবদা ফংবা রাহৈ কয়ামকমগী চায়বা অর্থ অমসুং রাখল নীংথীনা পীববা অইবগী খ দোলনি। পরেং মথং মথং লেংথরকপদা ভারতকী দর্শনশিংগী শীজিন্নবা রাহৈ রাভা অমসুং শন্দোক রা, অরবিন্দ, গৌড়ীয় বৈষ্ণব, বৌদ্ধ অমসুং জৈনমনচিংবা স্কুল কযাদা ফ'ব' সংস্কৃত অমসুং মপানগী (ইংরেজী, খাগী অমসুং জাপানগী) রাহৈ কয়াসু পীরি।

৫। Studies in the Culture and History of Manipur—

ভারতকী অমসুং পৃথিবীগী ওইবা মাতিন, সেমিনার অমসুং থম্র লৈনবা কয়াদা অইবনা মণিপুরগী মীতুং ওইদুনা চে কয়া পাথোকখিবা অমসুং ভাওখিবদু ইংবাজী লোন্দা ফোঙদোরকদবনি।

৬। Folk Manipur—

লোক সংস্কৃতিগী শরুক কয়া অইবনা ভাওখিবা, কোঙখিবা অমসুং চে পাথোকখিবশিং অদু লাইরিক ওইনা ফোঙদোকপনি। ইংরেজী অমসুং মণিপুরী অনীদা ইরি।

৭। Creative Writing গী নিয়ম—

লেখকনা ড্রামা, নবেল, কবিতা, রাম্নীমচা অমসুং পুন্সি রাকী করম্না ইগদগে হায়বদু চেকোঙ কয়াদা লৈনখরে। রিসার্চকী লাইরিক অমসুং অনৌবা লিজমগী নিয়মশিং ইবা লাইরিক মৈহৈরোল্দা লৈকবনি কোরুবা টেকনিক কয়া পানশিন্দুনা ময়ামগী মুক্তাইনবা ইজবনি।